# অশি ফমুংদা

## ঐগী অরোয়বা পাউদম



# অশি ফমুংদা
# ঐগী অরোয়বা পাউদম

ইকবা :
এনঃ বিশেশ্বর ( অঙৌ )

PAX PUBLICATIONS

PAX PUBLICATION
পিশুমথোং
পোষ্ট বোক্স নং ৮
ইম্ফাল ৭৯৫০০১



অহানবা কোঙবা—জানুৱারী, ১৯৮৮

কপি মশিং - ৬০০০

মমল   কচ্চা বাইণ্ডিং লুপা ১২/-
          পাক্কা বাইণ্ডিং লুপা ২০/-

দকব—(১) মনিপুর ষ্টেসনরী এণ্ড প্রিন্টিং ইন্দষ্ট্রি খ্বাই নাগমপাল
(২) লুকমনি প্রেস, উরিপোক।

# ৱামাং য়ানজবা

তেমথেং অনিথক !

তেমথেং অনিথকী শাফু। শাফুতুগী ঈনোংনা ঐবু মথাগী থারোলশিংসি ইহনখি।

অহানবা তেমথেংদি, শোন্থু-পশ্থরক্রিবা হকচাংগী ফীভমসিনা ঐগী থুম্নাইগী পুন্সিরোলগা যাওন য়াতামীন্নবা ওন্নবোইদ্র। হাযবগী মুংনাংজবা। থোইদোক্নসু, লাকদৌরিবা মাংওইনবা নুমিৎশিংদা ঐগী পুন্সি চেংজেল লৈনি হায়নসু থল্লদ্রবা।

অনিশুবা তেমথেংদি !

ঐনা খিজিন হমজিল্লবদগী থেংনজরকপা, অচুম্বনি হায়না থজবা ঐগী বাথল অসি কোংদোক্লীংবা। মতুগী ইখৌ লাংবতুনি।

# খাহৈ খরদং

মনিপুরগী নহারোলশিংনা ঙসি করিগীদমক পারী-পুরী থিরক্লিবনো ? চৎপমখৈ চৎলুরগা, তম্বমখৈ তম্বলুরগা, হৈবমখৈ হৈরুরগা পীক্লবা চাউখত্রিবা লৈবাক অসিদা হল্লক্কনা মখোয়না কবিগীদমক খোয়নাওনশরিবনো ? পেন্দবা থম্মোয়গী য়াম্বা কোং-দোক্লরিবনো ? নহারোলশিংগী খাথলগী পোত্থাকম লৈত্রে হৌজিক।

পোঙৈরেচা থিবিক্কী মকমদা চোইনৌ সনভীংনা পলোম্লিবা পোক্লক্কম লমদম অসিগী অরম্বনা অপোকপী পলেমগী লাইজ ঈরেন পুণ্ডগুম্বা মতিক্তগী থোইনা হেন্ন' লুম্মী। তাইবং মিকপ তাল্লকভৈ, ঈমানা নাউশুমদগী শকখংনেহনবীরম্লবা পোক্লক্কম লমদম ' মঙোন্দগী হেনবা মকম অমা অমুক কদ ইদা লৈ'রি ? লৈবাক অসি মৈগৌরোলদগী মিংনাইখিদ্রবা, শক্ল।ইখিদ্রবা ইপ' ইপুশি ছুনা শেম্বী শাবীরম্বনি, যুক্ষম থোল্লম্বনি। মখোয়গী হুমংমল ঐখোয়না ঙসি ফংজরি। চীংনা কোইনা নাওয়োকপন্ ওইরিবা লমদম অসি ইপা ইপুশিংহুনা তুম্বা মচেৎ চাবা মচেৎ অহিং মিংশেং থাংনা, থবায় খুবাক্কা হাপ্পা তেমথেং নাইনা ফুক্কিল্লকখিবা হেক্লবা অরাদগী, থাগীদগী, তখেলদগী কনবীরকখিবনি। খণ্ডেনকম য়ৌরুরবা ফুরুপনি। শান্তিদাস গোষাইগী তরেংলৈবীদা ঈনাংকী শক্তম মমশিল্লরে। নমহুনা কিহন্দুনা চৎহনখিবা, শেঙ্গানা লৈহুনা যা-হনখিবা, নমপোয় পোয়হনখিবা, পংপোব পোয়হনখিবা অবায়বা লাঙ্গনিংগী হূগী মথাক অহুনা ঐখোয়গী থোপ্তা ঙসিফাও বৈহুনা লৈরি। লৈবাকসিগী মন্নাইবক্তি হাম্নদগী থীরক্লবনি। মপুং কানা মুংথিগত্রা হায়বগী অকিবা অমনা ময়া চৌনা থিগত্তনা ঙায়হুনা লৈনি। তাংকক অসিদা পোঙৈরেচা নহারোলশিংনা থিরক্লি করিগুম্বা

লাঈনিং অমা। চন্দন থিনবা নত্তে, দণ্ডবৎ তৌবা নত্তে তোপতোপ্পা অখোইবা লাঈনিং অমবুনি মখোয়না থিরক্লিবসি। লাঈনিং অতুদি মরৈবাক নিংবনি। মথায থায়নদগী লৈরম্লবা, চহি চা কথা মাংলুরবা অখোইবা লাঈনিংনি। লাঈনিং লম্বী অসি তাল্লকপদা চেষ্টরক্লিবা মৈহৌরোলগী ঈচেল হঙ্গংনা য়েংলুই অমদি খণ্ডলকই: খোংনাংথাবা টিকেন্দ্রজিৎ, নাওরিয়া ফুলো, ইরাবত— মখোয় থরতং উচুক ওইনা লেপহৌবা নত্তনা অতৈদি কাউশিং কাউরাং ওইনা তাওথখি। কুইদরি অনিশুবা লাঙ্গাওগী মৈথু মমখিবতা ভায়নিভৈ, লমদমসিবু অপুনবা ভাবতকী নাচোমদা লৈচন চাদনা যাওহনখি। অমরোমদনা মীগী মতৌ তমহনতা ঐখোয়গী চৎনবী ঈনংনি হাযশিন্দুনা মীরৈবাকী—লাঈনিংদা লুপ্পুনা, করম্পসন, নেপোটিজমনা লাকহৎতুনা পোঙ্গরৈচা ঐখোয়গী লেসনেল কেরেক্তর মাংশিল্লক্লি। অসিমক্তদা ঐখোয মশেল হাৎনহুনা চৈনহুনা লৈবি। মিং পাংনা পাংনা তুম্লি। কম্না তুমথমন্দুনা চৌদোকপা ইতা তাগন্দবগী মতাং য়ৌরে।

মতাং অসিদনি অরানববু তেমশিংনবা, চুমদববু মায়োক য়াবা নহারোলগী ফুকপ মখং মথং কী শেমহনা চংশিল্লকখিবা। মখোযতুগী মনুংদা এন, বিশেশ্বর অমসুং মহাকী পি এল এস্থ অমনি। মহাক্না ইম্ফাল সেন্ট্রেল জেলদা লৈরিঈদা ইখিবা য়ারেং কয়াগী খোমজিনবা লাইরিক অসিদা লমদম অসিগী থীরবা মরাইরক, পোংইরৈচাশিংনা তিংলিবা পুন্সি খুৎহিং, কাংখোং চায়রবা শক্তম ময়েক শেংনা উই। মশাগী মনাৎ অমদি তোপতোপ্পা মতিং অমা লৈজরকপা পোঙ্গরৈচাশিংবু ইন্দিয়া মচাদি ওইজনিংলগা ইন্দিয়া মপুংলমগী ইন্দিয়া মচানা শকখণ্ডবীদ্রবা ইন্দিয়ামচা, মপুংলমগী ইন্দিয়া মচাদগী হেন্না ইন্দিয়ান ওইরবা ইন্দিয়: মচানি হায়রি। য়াকম অসি কন্ট্রাদিক্সন নত্তে। য়াম্নমক চুমপ্রবা য়ানি।

লমদমসিদা পোকচবা, লমদমসিদা চাউজবা পোঙৈরেচা খিবিরা এন, বিশেশ্বরগী লাইরিক অসি মখুৎ তানা নৈনবীরবদি থংলক-খিগনিঃ—নহারোলগী ইতিহাস জাতিগী ইতিহাসনি। নহারোলগী বারী জাতিগী বারীনি।

অথোকপম তোমচৌ
কোঞ্জেং লৈকাই

ইম্ফাল
তাং ২০।১।৮৭ ইং

# অশি ফমুংদা
# ঐগী অরোয়বা পাউদম

## ঐনা অচুম্বা থীরক ছম্নবা !

**কৈশুম শঙ। কুরাউ হং। মণিপুর সেন্ট্রল জেল।**

কৈশুঃ শংজুদা কুরাউ হংজুনা চন্দুনা থম্লবা ঐহাকপু কবিগীদমক মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টরনা উনবা লাকখিবা ? মদুগী থক্তুংলোন অমা যাগুব্রা ?

. হোয। যাগুই। ঐহাকসে মহোন্দা চংডনিংদে হায়না মালহন্নিংবগী তৌশিন্নবা রাখলগা লোয়নননা মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর ( তাংখুল নাগা ) শ্রীরিশাং কৈশিংনা শাকী লানফী শেংপা লামী-শিং অমদি লৈরাকী রাষেল থৌদারোয়শিংবু দোলাইবেং হুক্কঙ্গা দোলাই লেংজাগ তোংহুনা লাকখি। মাগী লাংলৌ অমসুং পান্দমদি ঐহাকপু ইশাগী লেপচবা ফীবম অমদি ফীনম্বু ( মোরেনগী অমদি পোলিটিকেল্লী ) হাইদংলম্বা অসিনি লোয়নননা পি এলঃ এঃ বু চোইজায়নবা। লালহৌ খুৎপু ( কাংলুপ ) নি হায়না মপানথোংদা উহনবা। থক্তুংদনা হেম্না চাউনা মিশিংগী তেংবাংগা লোয়নননা, মনা মথক্সে পজেং ফিরাল কয়া অমা থোংদোক্তুনা ঈখাং অমদি ঈঙাং পাক্তকুহনববু হেনগংহন্নবগী শবো লালওনি। অহুম তৌরগা

পার্টি অমতংগী মরমদা পার্টি কম্যুনিষ্ট লালহৌ তৌরি হায়না মখোয়গী 'চীক্লা ঈথেং তাহনবগী' শবৌ লালোংছু থওইনা খুমজিন্ন বগী লাংলৌ অমম্ থুখোকপা। লাংলৌ অসিনা থওই অতম্মনা লালহৌ মৈচাক্তা শীঙ য়ানশিন্দুনা মৈচাক হেলহনবনি। অচুম্বমক্তি সীঃ এমঃ অমদি মাগী খাউবুনাইশিংগী মহুংগী পান্দমদি—মণিপুরদা লালহৌ ঈরাংবু অসুম শুংগৎহন্দুনা থবসিনি। ( অহুম তৌরগদি লালহৌ লৈবে হায়বগী মনিলদা দিল্লিদগী মহী মচুম মরাং কায়না লাকপা হংডি )।

হিংচাবীবু শরী শোলহনবগী মোইথেম লাংলৌ। ( ফোবমুলা ) অমা পুথোক্লগা ব্রায়েল থৌদারোয়শিং অমস্যুং লাম্মীশিংগা চুংশিন্ন-রগা বিষেশ্বর সরকারদা চংজখ্রে ( সবেন্দর ) হায়বগী পাওখোক অমা। লাংলৌ অসিনকতি পিঃ এলঃ এঃ বু শিংগুপ শাহনবা। অহুগা মসিগী ঈহৌ অমস্যুং থবকশিংবু প্রিপাকী লালওং অহুমক্তদা হেন্না কৈরৌ অমস্যুং মৈচাং পাইহনবগী শরৌ লাংলৌ লাংথাক্লী। প্রিপাকপু কাংলুপ অহুম থোকহল্লগা মখোয় মশেল তুহৎ-হাইহৎন-বগী পোরম শীনখিবনি। অহুগা লালহৌবশিংবু হাৎ পুনবা ঙম্মী হায়বগী পাওখোক অহুগী মকুমদগী সবকাব ভসিনা হেন্না কন-থৌববা মথা মবে কল্পনা পাজং ফীবাল থেৎলগা পানা ( পার্টি ) ওইনা থোরকখিবনি।

শম্না হায়ববদা সীঃ এমঃ অমদি মাগী খোংলোয়শিংনা মখোয়গী মীতুদি মপী-মপা লৈত্র হায়না থনবীরবা পিঃ এলঃ এঃ বু ওইজ-ভানবগী থুরবা লম্বীদা মখোয়না চিংশিন্দুনা শিক্তিন্ননিংখি। খোং-কক্লাই চুববা অঙাং ওইনা উবীরবা পিঃ এলঃ এঃ নদি মখোয়গী পামজবিবা করাম চাওবা থুনাম অহু থনবা ঙম্মোই হায়বসিম্ মমুৎ অনা থঙজে। পাম্বে অমা থীখি। মহুদা মখোয় থবক চীনখি। মহু পাংথোক্লবা হোৎনবগী পোরম অমা ওইনা ঐবু উনবা লাকখি।

শরৌদি পিঃ এলঃ এঃ অসি অহুগুবা থাক অমদা য়ৌহনখি হায়বদি সীঃ এমঃ না মপৌ লৈরবা লৈপাক্লোনগী শেম্পোং খুবাম ফানা লৌবা ঙমখি। মহমক্না মাগী খাউবুনাইশিং লোয়ননা লৈঙাক য়াথেল থৌদাগী মীনাইরোই ভমদি হুইবোইশিংবু মজেং ফীরাল, ঙাপোৎ খুমপোৎ কয়া পীহনা ঈকাই খুম্নয়া লৈতেংনীখি। ( শামান লেংমাম্বা পাকিস্তান নত্রগা চিনাগুম্বা থেংনরবদি নাস্থে থাহনা চেনবশিং. মচা মনাওদা অকল অরীং শীংবা ) শম্না হায়রবদা, ঐনা লৈবীবা কৈতুমশংদা সীঃ এমঃ না থোংদোই হুনবীরকখিবহুগী পোরমদি ঐগী ফীরেপ শোকথহমবা অমদি মাগী লেঙাক্লোন ( রাজনিতি ) গী শেম্পোংগীদমক চুরান-থাবনা মচা হাৎপগী ( চহু থুগাইবগা ঐখোয়বু ঙামোক তাহন্দুনা ময়াং কাক হনাওনবগা পোং শিল, নশানা মশাবু খোইচাক ওহহঞ্জবশিংগী ) পোরম পোশিনি।

সীঃ এমঃ না মফমদদি ( লালহৌ কমে ) হায়বগী পাওথোকপা দিল্লীদগী থাওনা পোখ উতোং লাংখোকহলগা মাগী চুপিংখাও হেম্না চাওথোক লুমথহনবসিনি। অহুগা লাম্নীশিংনা হেম্না শাদুং হমাং তাদবা, লেংম্বা সেমফংগী পজেং ফীথাল ( তকমাল, বীর চক্র, মহাবীর চক্র ) ফংবগী মবাইক থম্বাজ শাৎপনি। মখোয়না শাক্ক ফানক্কবা ঙমক্কবা শাথীরবা ... নত্র ... পাকিস্তানিশিংগা ... মাক্কবগী লিংজেল নত্তে। ... হুগী মক ... হৈনম লৈনম চুনবা রো-মান্তিক ওইরবা লোংহ ... শান্দুনা শোম্নীং ওপবেসন পৌহসিনি। মসিসি মখুৎ হন্দ্রবা সীওইশি ... যক্ত। শান্দাবা কেক্কা ... শিনিংবা লানফম্নি। অশেংবমকতি, কোম্নীং ... লোংকপ ... ) গা মামনা মুংঙাইবা লৈত্রবনি। ঙাম্নোক চক্রুদগী ঙা ফাবগুম্বনি। তগোক তরাই ফংবা পজেং ফীথাল অমদি মেদলকাদি নত্তে। লেমজনিংঙাইনি হায়না খঞ্জবা, রোমান্তিক ওইরবা সেক্রিফাইসনি। থমদোং মাইতোংবা হায়বসিদি অবাংবা পজেং ফিরাল থেৎপদা

লৈরে লোয়ননা থৌনা ফবা শকপসু শকহেনবী চহুবা কয়াবু নমহুনা শারাক ওইনা পাদোংবিবদা অমদি মখুৎ হন্দ্রবা লাঞ্জবশিংবু হাংভোকপদা লৈবে ( শামান লেংমান্নবগী তাথিন য়াথিন্নবগা কানলকপা লানডম ফিবালদি নত্তে )।

## হোত্রোং উবা, পেনাসুক লায়বা রাজম।

নাগা অমদি মিজোগী রাথোক্না মখনাওদা শরু পনবগুম প্নল্লিবা অসি শত্তোকবা হোৎনজবদা মখোয়দৌ শিক্না কপ্লি। খুৎলং লমনগী পোবমদা য়ুম্ফম ওইবগা দিল্লি সবকাবনা মেইথেম শবৌ কয়াগী পো কাংলি হায়বসি মীপুম খুদিংনা ইখং খংনবি। অহুবু হায়িবা সরকাব অশিমকুদি মৈতৈশিং অমদি অরাং নোংপোক লমশিংগী রাথোকশিংদদি শুপ্নতগী লান্মী হোইজিল্লগা ঐখোব তাহনবা লাকুরি। কবিগীনো? ঐগী রাখলদদি মৈতৈ অমদি অরাং নোংপোক লমদমগী লালহৌবশিংনি হাযনা পাওথোকপিবব-শিংগী পান্দমদি মখোযগী, লমদমসিবু ভারতগী তোউান এাগা মূহৌশাগুম নিং-খা ওইনিংভি হায়বসি মযেক শেংনা তাকতে হায়বসিনি। মন্ত্রতগীনী।

ঐগী রাবেংশিংসি কোক্বা মোনগা তানহনা অশি যমুংদা য়াতাবদা মতমদা ইথিবন্দীনা নবিক চুম্বদি ওইখিদ্রে। অহুগী মুথক্না ঐহাক তসি লাইবিক লাইশু মবিক চুন্না হৈহৌ তমহৌবসু নুৎহৌদ্রে। মসিমসু ভৌশিন্নবা যাদ্রবা, চুমলবা রাফমদি হন্দক মুরকক্তি ঐগী রাখল চোইজাযনবরবা খবদি লৈরে। মসিবু ইহৌ-শাদগীরা মত্রগা মীশেম খুৎশেমগীরা হাযবসিমসু থিজিন হুমজিন ম্নিবা ভারি। অরাল অহুই কযা চুমথোকপীনবসু কোক নোঙ্গরি। থোয়দোকপদি যোংদোবচরিবা রাখল্লোনশিং অমদি হাপচিল্লরিবা,

খুনায়বোয়শিংনা মখোয়বু হেন্না ফীভম শোকহনগত্রা চিংনহল্লে অসিনি। তমুক্তা হন্না, ঐনা তরাং নোংপোক্কী মীশিং অশি মখোয়গী ভারতকী মবুংঙোশিংনা শবথংবীবা ভাবনি হায়বদা ঐনা খংহনিংলিবদি ঐখোয়গী ভারতকী ইবুংঙোশিংনা ঐখোয়বু "মখোয়গী হিংবগী হাংহল্লোক নৈজত্রবা নাঙোন নেম্বা, মমিং তংখায় পাংবা মখোয়সে" হায়রীবা মতমদা ঐখোয়বু নাগাকোন-বীনবা মখোয়দা কোকনোমি হায়রসিনি। অমুক্তা হন্না, ঐনা ঐখোয়সি ইন্দিয়ানশিং মশামকতগী হেন্না ইন্দিয়ান ওই হায়বা মতমদা ঐনা চপা খংহল্লনিংলিবদি ঐখোয়সি ভারতকী অতৈ শরুক্কগী হেন্না সেম্ভবদা 'ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধা' হায়বা ইনবা অমসুং থাজবা লৈ হায়বনি। ঐখোয়বু শাময়োংকুম খনবীবদা অমদি মাংজত্রো হায়রদবাও ঐখোয়না বেরা লৌদে (রাকৎপদি হায়বন্না)। "সেম্ভর লৈত্রবদি অদা নোংপোক মরু লৈত্রে" হায়বদি সেম্ভরনা ঐখোয়গী চৎননবা খোংনি, হিংননবা থরায়নি হায়না থাজজদিবা অমসুং দাবী তৌরিম। হেরাশিকা তৌজদবা অরাং নোংপোক্কী ভারতবাসী ইচিন ইনাওশিং অসিগী চুনবা মিংথোল থিবদা ঐ খনকম থংদে। মসিনদি চিংনদনা হায়রভাই (চিংনানিংঙাই লৈত্রবা রাফমদি, খোয়সি নিংনমলবা ভারতবাসী-শিংদা নপচ-তাংজবা ভারতবাসীশিংগী (উপাংবী ইন্দিয়ানশিংনি)। মরম অসিনা মখোয় অসি ডোমিনিয়ন স্টেটসকী প্রজানি চৈরক-সিদা, ডোমিনিয়ন স্টেটসকী থাখললোনবু য়োকখৎ শোগৎলিবা সেম্ভরদা লৈবিবা সরকার অসি ভারত সম্রাজ্যগী সরকারনি হায়রবদা চিংনানিংঙাই লৈতে।

অথাং নোংপোক্কী চিনে-মনাও তরেৎবী মচুংদা মণিপুরগী হিন্দু মণিপুরী হায়না খঙনবা হিন্দু মৈতৈশিংনা ডোমিনিয়ন স্টেটসকী রাখল পরিংদা অচেৎপা থাজবা থমবদা মকোক থোংলি।

লমদংমসিগী মীশিং অসি "মখোয় হিংদবঃ তারবস্ রু ইন্দিয়ায় গী নপুং শিংদা লেত্রেল লীদরশিং। হোই মাই হায়দনা ঈনবা" হায়বদিবু লাউজরিবা মীশিংনি। অমাং নোংপোক্কী অতে মচিন মনাওশিংগা মায়দবা, মৈতৈশিংগী লু-ভোংদা পকপ্রবা হজীকী অশোয়বশিং অসি য়েংহনা, ঐহাক্কী মীৎয়েংদগী মখোয়বু জান তাহন্নবা থরা হেন্না ইজরকখিগে, ঙাকপীগনি।

## মৈতৈশিং অমসুং মৈতৈ লাইনিংগী য়াওল।

মৈতৈ লাইনিং অসি কংলৈপাকতা হিন্দুইজম চংলক্লিভৈগী লাইনিংনি। মণিপুরদা হিন্দু ধর্মগী লময়ানবা (হিন্দুশিংনা গৌরব-নিয়াজ হায়নস্ রু বৌবা) পামহৈবা নিংথৌগী মতমদা মৈতৈশিংনা হিন্দু ধর্মগা লাইনিং লৌক্রিভৈগী মৈতৈগী পুক্নি লক্পী, মনাং, চংনলোন, পাথাংকোক অসিনচিংবা মসিদা য়াওই। মণিপুর হাংবসিমক হিন্দু নিংনি। পামহৈবা অমসুং হিন্দু ধর্ম লাকক্রিভৈগী মসি। কুইববা অমদি অশেংবা মমিংদি ইম্পিরিয়েলিজমগী মথং কয়া লোয় চনবা কলচর অমদি লাইনিং লক্নী লৌকথংলগী মাংগে (থঙনখিরে), মৈতৈ ফুরুপ অমদি মৈতৈ লাইনিং অসি হৌখ্রবা (কাংথুন মুংগ্রবা) অমদি বাউনগ্রবা পোংশক অমনি হায়বদি ঐখোয় পুন্নক্কা থঙই। অসুম্না কাংখুন মুংলুরবা ফুরুপ অমদি কাউক্লরবা মৈতৈ লাইনিং অসি করম্না হিংগৎলকখিবগে? অসি অশেংনমক মৈতৈশিংগী হন্না য়াকায়রকপরা? (রিনাস) মসি ইতিহাসকী ইচেল চেম্বরক্লিবরা নত্রগা ইতিহাস অমুক হন্দিল্লকপরা? মৈতৈশিংনা মখোয় হিংনবগী পাম্বৈ অমা থিরকপরা?

পাউখুমদি মৈতৈ অমদি মখোয়গী লুচিংবশিংদগী লাকপদা নত্তে শোয়দনমক্কী ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংদগী লাকফম থোকপনিপ

ঐগীসি লৈখুন ভৌছনা থিবা নত্তে। অশোয়বহ্ কদায়দা লৈবগে হায়বহ্ খিন্দুনা ভাককে হায়বস্ নত্তে। ঐদি, চুমতা ইতিহাসকী বাকমশিং খোংচিঞ্জবনি।

নাঙথিবা কুদো, মৈতৈ নেসনেলিজম অমদি লাইনিংগী লম-য়ানবনি। মৈতৈশিংনা য়ানরমলবা হিন্দু ধর্মগী য়েংনভাই লৈতবা মতৌ অমদি দাষ্ট সিষ্টেমবু ফোংনা শীংনখিবা অহানদা লিজেন্দবী ফিগবনি মহাক। মহাক্না মাই পাক্না মৈতৈ-ইনাং অমদি বাঙ্গ লোনবু হিংগংহন্দখি অমসুং শন্দোকখি। মাগীসি মৈতৈশিংগী থম্মোয়দা মরা কাপ্লবা হিন্দু ধর্মবু মুথৎপা ভম্বা মৈতৈ লাইনিং অমদি বাংঙ্লোন্দা য়ুমফম ওইবনি। মহাক্না হিন্দু মৈতৈশিংগী মাথোকতা থোৌনা ফনা শোয়বা লানফমদা হুজিকতি মণিপুরগী মহুং অমসুং মওান্দা এতিক চানা তুং ইনবীনবা খোংইন লৈরবা, মণাঙ্গল লৈরবা "অপোকপা মরুপ" লীংখৎখি।

অক্রিং টুই ওইদি বদি, শক্লাইরবা মৈতৈগী কিগর অসি মৈতৈ মুশা[illegible] লৌনফম মণিপুরদা পোকখিদে য়ুমলোন্নবা স্টেট আসামগী কাচিন অমদা, কাছাড জিলাগী বাবিবোনগী লাইশ্রম খুল কৌবা খংবীদ্রবা খুল অমদা পোকখি। মহাক বৃটিশ শাসনগী মতমদা ইচম চম্বা পোলিস ওফিসার অমা ওইরম্বী। মৈতৈ ঈপা ঈপুশিংনা থম্বীরম্বা পুরারী-পুরাবী হায়বদি মৈতৈ ইনাং, চৎনদোল অমদি পাথাপ কোকত্না য়ুমফম ওইবা মৈতৈ লাইনিংগী বাংঙ্লোনগী পাউ জেল শন্দোকপা হৌরকপদা মীশিংনা মাবু "অপোৎবা মৈতৈ" হায়রগীখি।

ঙসিদি নাপিয়র, ঈ তোংগী হকচাংগা লোয়ননা চৎপ্রে। অদুবু মাগী কীথশিং, রাথুল গোস্বিৎ অমদি আসামগী খংবীদ্রবা কাচিন অমদগী শরুকখিগা ঈপেনা মৈতৈশিংগী থম্মোই ভনিকহল্লি, পুক্লিং ঙুংওজহল্লি, মরুওইনা ঐখোয়গী নহারোলশিংগী। মাইথীববু মাই

পাকপদা ওয়োকপা ঙম্বা বনাংঙম্বা অমগুম, মহাক নোংগাংবসু লানঙম পজেং ফীরাল থেংলবা লিজেন্দরগী ফিগর অমদি ওইবরে। মহাকপু হুজিক নাওবিয়া অহল নত্রগা লাইনিংহন হায়না খঙনহনা ঈশ্বরগী পাউখোম্লোই অমগুম্না মৈতৈশিংনা শক্ত শোয়রগী, শিংখাংনরী ঈরাংনরী )। তশেংনমক মতম অমগী অঙাওবা ফুলো অহু ঙসিদি মৈতৈশিংগী থম্মোয়দা অঙানবা হুদিং, অনম্বদা ডানগা খোইরু থাউমৈ, লম্মাংনবশিংগী চংঙফম লম্বী অমদি থবক্কী লমজিং ওইবনে। ঐখোয়না খঙলিবহুনি, মৈতৈ মশেলনকতদা ঙসি ফুরূপ অনি শুবি। অমনা হিন্দু মৈতৈ অহুগা অমনা য়েলহৌ নৈতৈ। য়েয়াহৌ মৈতৈনা হিংগংলকপদি মচোন্দা লমন তোল্লবা অচৌবা মাই পাকপা অমনি।

অতম ওইনমক, তোপিক অসিগী মতমগী রাজনদি ঐখোয়না মণিপুরনা অপুনবা ভারত্তা ত্রিপ্রিতৈগী নত্তে অপুনবা ভারত্তা শাওক্লৈ মতুংদা থিক্ক হুমলুন্দা ওইগনি। মরমদি অপুনবা ভারত্তা য়াওপ্রিঙৈদা মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম মপান ফনা শাংথি। ইতিহাসনা, ধর্ম্মসিগী মাই পাকপা, য়েংলু লাকউবা ঙমদবা, লাম্বা লৈতবা মতিক অহুগী প্রমান তৌই। মতম অহুদা শক্লাইবদা নাওরিয়া অহল অমদি মাগী মৈতৈ ( লাইনিং ) বম্না হোংনজংনসু মঙম শাল্লমদ্রি, ( মনি শামলি )। ১৯৪৯ গী ওক্টোবর ১৫ দা মণিপুরনা অপুনবা ভারত্তা য়াওরবা মতমদা নাওনিয়া ফুল্লো অমসুং মাগী মৈতৈ রাখল্লোন মশোং কাখংলকখি অহুগী মতুংদদি ভারতকী পুচিংবশিংগী লুজদবা থৌশিল থৌনাংনা মৈতৈশিং অসি নমথাক তৌবীরে, ( মাইথীবা পী বিরে অমসুং লোই চনশিনবীরে ) হায়বা রাখল পোকহনবা হৌখি। তশেংনমক, মৈতৈশিংনা ভারত অমদি হিন্দু ধর্ম্মদা কা হেন্না থখাই য়াওশিন্নবগী খুদোংথীবা অহু ফাওবা হৌরকখি।

মৈতৈশিংগী রিন্‌াসা নত্রগা অনৌবা য়াওন অসি মপুং ওইনা শক্লাইরবা নাওরিয়া অহল অমদি মাগী পাউজেলদগী ওইগত্রা হায়না ইথম্তা হংজবদা কৈদৌগুংদসু চোকথবা লৈতে। মৈতৈশিংনা মখোয়গী য়েলহৌ মতমদা মুমফম ওইহনা রাকায়রকপা অসি, হিন্দু ধর্ম অমদি ঙাংন-শোয়হৌরিবা 'মেনষ্ট্রীম' দা য়াওশিল্লুবদগী মতুম লমদমক্তদা হিংনঙাই উপায় লৈবক্লোইদ্রা কিবদগী নহারোলশিংনা হিংনঙাই উপায় থিবকপসিদগীরা হায়না হংজবদসু ঐহাক অতনবা পেকত্রে। মৈতৈশিংগী অনৌবা ঈহৌ অসি মখোযনা ইন্দিয়াদা তিন-শিল্লুবা মতুংদা ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংনা, মখোয়না থাজবা হিন্দু অমদি হোয়ংফবা ইন্দিয়ান ওইরুবগীদমক ন্যথাক তৌনীরক-খিবা অসিনা মরম ওইখিবরা হায়বসিসু খবগা হেন্না খঙনিংসি। ঐবু য়াবীবদি রাহংশিংসিগী পাউখুম খুনজগনি। পোলিটিক্সনা হিন্দুইজম কৌবা ধর্ম অমা মণিপুরদা শেরায়না শিজিন্নরবা ?

মথক্তা অসিগুম্বা রারেং অমা "মণিপুর মর্জর দে" হায়না নিংশিংনিংঙাই হুমিং অমা ওইনা, মৈতৈশিংনা পালন তৌরিবা ঙসিগী হুমিং ( ওক্তোবর ১৫, ১৯৮৩ ইং ) অসিমকতদা ইবা অসি তশেংনমক মতাং চাই অমদি তৌকম থোকপনি হায়না খল্লে।

ওক্তোবর ১৫, ১৯৮৩ ইং। নামৈরাকপম বিষেশ্বর।

## ঐগী ( কুরুপকী ) মীওইশংগী হিংনলমী থিবদা ঐগী অরোনবগীসু অরোনবা .... . .... — ...

কম্যুনিষ্টনি নত্রগা প্রো রেষ্টনি হায়গে হায়বীয়ু, নত্রগা প্রো-ইন্দিয়ান নত্রগা এন্টি-ইন্দিয়াননি হায়গে হায়বীয়ু, লৈবাকনিংবা পাথৌনি নত্রগা প্রিন্সিপাল্স অমদি ফীরেপ লৈতবা ( অয়াম্বা ) ইগোইষ্টনি হায়গেসু হায়বীয়ু ঐনা থাজজবা থৌরমদি মথক্তা

উপায়শিং অমদি রাখল্লোনশিংগী মরক্তগী অমনা মচিন-মনাও তরেৎকী মীওইশিং, অরাং নোংপোক্কী মীওইশিংগী হিংননবগী থৌরম য়াৎপা অসিদতনি।

ঐখোন্দদি অরাং নোংপোক্কী মীওইশিং অসি ফুরূপ অমত্তদগী হৌরকপনি অহুগা মখোয়গী লোনশিংসু ( পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুনা মাগী ফাওরবা 'দা ডিসকোভেরী ওফ ইন্দিয়া' দা গুপ্তগী ব্রাইবেল ডাইলেক্তনি অমসুং অতৈ ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংগী মোত্তদু ভত্তমক অহুম মহায়বা অহুগী ওম-তৈনবদা ঐখোন্দদি পৃথিবীগী খ্বাইদগী ইনাক খুল্লবা মমল য়ামলবা লোনশিংগী মরক্তগী অমনি। হৌরকফম মরু অমত্তনি, ফাইনেল এনালাইসিসতা মীওইশিং অসি হিংবগী তেমথেং সাথীনা মাখোক্তনিবা বাংখুল মুংশিল্লকবা মীওই কাংলুপনি। ঐখোয়না ওসি মায়োক্তরিবা অমদি য়াম্মক তঙাই-ফদনা চংলিবসি পোলিটিকেল আইদোলোজী অমদি ফিলোসোফী মতে ঐখোয় পুম্বগী হিংবগী রাফমনি। অরাং নোংপোক্কী মীওই-শিংগী শোযকত্রবা অশেংবা আইদোলোজীদি মখোযগী হিংবগী পোবম য়াৎপনি, মত্তগী লম্বীদা মখোয কম্যুনিষ্ট ওইরগা হিংগত্রা, প্রো-রেষ্ট ওইরগা হিংগত্রা ইন্দিয়াগী মেনষ্ট্রীমদা নপশিল্লগা হিংগত্রা, নত্রগা মখোয়গী মনিংতম্বা মমালৈবাক অমা শেমগৎচদনা হিংগত্রা হায়রিসিনি নত্রবদি অতৈ করি লৈবি ?

ঐখোন্দদি ঐগী অরাং নোংপোক্কী মীওইশিং অসে ইন্দিয়াগী মমিত্তা ( ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংগী মিত্তা ) মশাক্তা ইন্দিয়াননি হায়জবা শাজিন্নবা ইন্দিয়ানশিংনি. শকথঙনীত্রবা আইম্মা য়াবীদবা ইন্দিয়ানশিংনি, ইন্দিয়ান এম্পায়ারগী কোলোনিয়েল স্টেটস নত্রগা কৌলোনি অমগী, নত্রগা মসিমক্তু হায়বা য়াংই হৃদি য়োকচবী মম্না ইন্দিয়াগী পোকমিন্নদবা মচাশি ওম খঙত্রবীত্রবা ভন্দোকপীরবা লমজা শাবাগুম পোকমিন্নদবা ইন্দিয়ানশিংনি। হৌথিবা চাই

কয়াংকম অসিদা অরাং-নোংপোক্তা খুংলাই পায়বগী নরগা মখল কবাগী ঈহৌ অমদি লালহৌ বয়া থোক্লিবা অসিনা রাফম অসি চুম্বী হায়বা তাকই।

## ঐহাক অসি তোখায় তানিংবা মীশক্লা ?

ঐহাকী মপুং ফাবকপা. হকথেংনক্লনা ( অমদি উক্ক তাক-বদগী ) অমদি খঙলকপা লৌশিংনা খঙই মহুন্দি ঐসি তোখায় তানিংবা মীশক অমরা হায়না শেংনমক হেক থল্লিবা মখোয়শিং অহু তশেংনা অপঙবনি অমসুং নিংয়েং থেনবনি। মখোয়হু তশেং-নমক অসুম ইরাল শীবকপা অসি ঐনা প্রপগন্দা াব অনানি হায়না নত্তনা অতৈ অমা খনবা উমদে। ঐদি চাওথোকনবা অমসুং ওক কনবা মীশক অমা ওইবনা. খায়দোক খাযজীননী ( দিভাইদ এন্দ রুল ) মোংলবা থৌশিল শান্নাদং নত্তনা অ ক হীনকদি ঐহাক ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংগুম মপুং ফাবা মীশক্কি হায়না দানি তৌনি। থোইদোক হেন্দোক্লা ইন্দিয়াগী মহুংলা কনাগা খঙনীজনা খাপ্পনা কাচিন অমদগী ওইবসু ঐহেন্দগী মখোয়না ( ভানকী লুচিং শিং ) ওইবা কয়া লৈ। ইন্দিয়াগী লুচিংবশিং অসিনা অচুম্বা শকওং অমদি অশেংবা শক্তম খঙবা ফনবনি। ঐহাক ঈমু নাইমু ভানবু মাজনিংদে শান্তিবু শৌগৎচে ডেমোক্রেসীবু চুংশিনজ। মপান্নল কনবা চাউরবা ইমা লৈবাক অমা হাযবা অসি ঐগী তাথায় রানি। অশেংবা হয়াবদা, মসিনি ঐগী রাশক্লা পুরবা থৌনা ( কমিটমেণ্ট )।

অরাং-নোংপো ক্তা হৌরিবা ঈহৌশিং অমদি মখোয়গী বাই পাক্লবা লম্বীগী মরমদা ঐগী তোঙানবা মীৎয়েং লৈজে। অদুবু শক্লাইরবা কাওরবা ঈহৌ লুচিংবশিংবু ইকাই খুম্নজবা ওইনা ঐগী মীৎয়েং অসি লৌথোকচবে। অহুনকপু, ঐবু মৈতৈশিংগী মরমদা ইজবদা ঐগী ইকুপ ইশীজাশিংগী ইন্টরেষ্ট শোকপা করিগুম্বা

য়াওরবা থোক্লবদি ঙাকপীনবা নীজবি। অওইবমক্তি ঐনা ইজ. রিবগী পান্দমদি মৈতৈশিংদা থবক থওংশিংগী অশেংবা মওং খঙহনবনি অমসুং অরাং নোংপোক্কী মচিন-মনাওশিংদগী তমজনিং‧ ঙাই কয়া তমহনবনি অহুগা ঐনা মখোয়গী পুন্সি খুংহিংবু শাথীনা শোকচিনহল্লবপা, মখোয়গী তুংলমচৎ অমদি খুদিংমক মখিং-মরাংবা অমম্বা ফীভম অমদা ওইশিল্লক্লিবা অসিদা মৈতৈগী অশোংগ অভাগহু কদায়দা লৈবগে উৎননবা ঐনা ঙাইঙমদনা ইরকপদা শেলহৌদবা, মিৎযেং পাক্কবা, মতাং চাদবা রাহৈ-রাত্তা শিজিন্নখিবা যাওরগদি ঐগী চীংমী ঈপীজাশিংনা ঙাকপীগনি অমসুং মখোয়গা মবী লৈনদে খঙে। মৈতৈশিংনা থাজবিবদি, চিংনদনা হাংবা তাববদা, অশেংবা তারবনা অশেংবমক্তি মখোয় কাংখুল মুৎলবা গীওইনি কাংবগী অকি তুজুংনিঙাই শকওং অহুনি। ইন্দিয়াগী লিংগোয়েষ্টিক অমদি কলচবেল মাইনোরিটিগী কীদা কনবীরি হায়নরিবহু বদাইনা লৈবগে? ঐখোয় কাংখুল মুত্তি হায়না তৌশিন্নবদি পামদে।

# ঐগী পুক্কিংগী থোদাং

ঐহাক্কী করিসু লৈতবা শক্লাইদ্রবা, অশেংনক মৈতৈ মাইচৌ অমগী মফমদদি অঙাং নরা অমনি হায়না ফোংদোকচরি। অসিমসু শেংদোকপা ( admit ) তাই মহুদি ঐনা মৈতৈশিংগী হকচাং খায়দোক্কনা মসুংদা ( করি শোয়রবগে ) যেংশিন্নবগী হকসু লৈতে। মরমদি ঐনা মৈতৈশিংগী মরমদা খংলিবা লৌশিং খজিক্কনি অমসুং ঙমখ নাই। মফমসিদা ঐনা ইশ্বিবসি ঐনা নীংশিংবা খরহুতক্কী মরমদনি। ঐনা অন্দরগ্রাউন্দ। লৈরবা মতমদা মৈতৈ অমদগী অমদা ( কোইচৎ ) চঙে। মৈতৈশিংগী তোঙান তোঙানবা রাখল্লোন অমদি মীপাই রাখল লৈজে। মফমসিদা ঐনা খ্বাঙনা য়ানবা শক্তম অমা ইজরি।

হিন্দুগী মিংদা গরিবনিৱাজ কৌবা মৈতৈ নিংথৌ পাম্হৈবগী বাক্তগী মৈতৈ নিংথৌশিং অসি হিন্দু বৈষ্ণব ওইরক্লে। ওপেংদা মক মথোয় খোংদগী তোন কাওবা হিন্দুনি। মতাংইদগী থৌনা ধর্মদতা নত্তনা কলচরদসু মপুং ফাৱবা, থাজরবা ( পক্কা ) হিন্দু ওইরক্লে। অশেংবা হিন্দু কোনশিংনি হায়বগী মথোয় চাউথোকচবগা লোয়ননা মথোয়গী লমদমসি হিন্দুশিংগী অশেংবা মমুংমি থাক্লে অমসুং মথোয় জাতিদা মৈতৈ নত্তে হিন্দু জাৎনি হায়না দাবী তৌই। মথোযদা মথোয়না হিন্দু ওইরকবদগী করিমত্তা লেমদ-হৌদ্রে। ( মৈতৈ ওইরমগী মচৎ অমত্তা পকহৌদ্রে ? )

অদুবি মৈতৈগী অনৌবা মীয়োলশিংনা ( নহাবোল ) হিন্দু ধর্মবু হন্দোক থাদোক্লবরিবা করিগীনো ? নত্তে মথোয়না মসিবু হন্দোক্তে। ঐথোয়গী অনৌবা মীয়োলসিনা মৈতৈ লাইনিংগী রাখল্লোনবু শন্দোকই। মথোযদদি মীরৈপাক্কী পোৎলম ওইনা থল্লবা হিন্দু ধর্মগী কলচরেল ইম্পরিয়েলিজমগী মরমদা ভাং-শকই। হিন্দুইজমবু মথোযনা মযাংইজমনি হায়না তাথী শোয়নায়রে। Branded – to fix a work of infancy upon such as by fire or other wise ( Chambers dict. ) ( থাংজি-থাংযাৎপীরে ) মথোযনা হিন্দু ধর্মবু মযাংগী ধর্মনি হায়। মথোয়না হিন্দুগী পুজিরোলবু মযাংগী পুজিরোলনি হায়না খল্লি। অদুগা মথোয়না মিপাইজরবগী মতুং ইন্না, মথোযবু লোই চনশিনখিবগী লাংলৌদি হিন্দু ধর্ম নত্তনা অতৈ নত্তে। মরম অসিননি ওসি হিন্দু ধর্ম মথোয়গী পান্দমকম ( টার্গেত ) ওইদিবা। হিন্দুগী লাই অমদি লাইরেম্বীশিং কাওবা মথোয়গী মিত্তা মযাং (লাই) ওাক্তনি। হিন্দুগী-লাই মুর্তিশিং কাওবা মথোয়গী য়েক্লবনি।

শংরা, অশেংবা হায়রবদা মঙ্গাংগী ওইবা ( ইন্দিয়ানী ওইবা ) খুদিংমক মথোয়দদি য়েক্লবনি। মথোয়না হিন্দু মৈতৈশিংবু

ময়াংশিংগী নত্রগা ইন্দিয়ানশিংগী পাউখোল্লোয়নি হায়না লৌই। মখোয়না মখোয়গী অরিবা মৈতৈ মিংশিং লৌননবা ময়াং লোনগী মিং ( Indian names ) থাদোকই।

অমুক্তা হেন্না হায়বরদা, ঐখোয়গী অনৌবা মীয়োমা ১৯৪৯, ওক্তোবর ১৫ দা ( মণিপুর মর্জর ইগ্রিমেন্ট ) মণিপুরনা মর্জ তৌখিবা অসি মণিপুরগী প্রজাশিংগী অয়াবা যাওদনা মখোয়গী অনিংবগী মায়োক্তা নমথুদা মর্জ তৌহনখিবনি হায়না ক্লেম তৌই। মসিগী ওগাইবা মরোল হুতিগী ফোংবা লোকেল পেপর অমি পাউগী চেকোংনচিংবদা মরক মরক্তা উত্তনা ফোই। ইন্দিয়াগী যোংকী মীনি হায়নবা সরদার পটেলগী কোক্কী হোংনমল হায়রিবা এগ্রিমেন্ট অসি শিংোং কনকবেক্তা মণিপুরগী নিংথৌ বোধচন্দ্রনা সই তৌখি নি মরম অসিদগীনি ঐখোয়গী নহাক্লোলশিংনা মখোয়গী অহনলোনশিংবু ইন্দিয়াদা "মণিপুর মোহোকপা" হায়বা মিংনা লৈতেংগৌরিবা, মরম অসিগীদমকতা টেরিতোরীয়েল কাউন্সিলগী মেম্বরশিং য়াওনা ( মর্জর এগ্রিমেন্টতা ) সহী তৌরিবশিংগী পুক্সিবু শীংনরকই। মখোয়বু মিংথোল অসি শী মরমদি মখোয় তুশিন লৈ।

অদু ওইনবদি, ১ তম অহুগী রাজনিতীগী, খুনায়গী থমদোক মাইয়োং ওইরবা ঐখোয়গী অহনলোনশিংনা মচামনাওশিংবু অাশিংগী মপুং-ঈচেল ( মেনষ্ট্রীম ) দা থাক্সহনবা ঙমদবা কবিগীনো ? ময়াং হায়বা রাইহে অসি লান্না রাইহোক শিংরে, মসি মখোয়না তাকপীদবা করিশিংনো ? হৌজিক্কী মৈতৈশিংনা মসিবু ( ময়াং ) ইন্দিয়াগী হায়না খঙনবগম্বু রাইহেসিগী খুনজিল্লিবা রাইহোকতি তমথীবা কত্তবা তৌবশিংদা থোনবা মিংথোলনি। মসিদা হুংক্রক-হুংক্লানবা মথি ভারি, মোমোন মীনোক্কী মথি ওাদে। ঐনা ঙক্লীবদি ময়াং হায়হনা মৈহম চুবমথৈ চুরগা ঐখোযগী নিপামচা হুশীমচাশিংনা বোঙে

কিন্তু তাইবংগী হুকহেনবা অামিতাব বচন অমসুং শকহেনবী হেক্না মালিনীবু লাইগুম লাৎনরিবসিনি। করিগুম্বা ঐনা ঐখোয়গী নাহারোলশিংদা হিন্দি ফিল্ম অমদি হিন্দি ঈশৈবু মহাংগী যিল্ম অমদি ময়াংগী ঈশৈশিংনা হুক্কোকখ্রো হায়রুরে থল্লসি। মহূনা ঐনা শোয়দনা থাজে ঐবু য়েত্তগী ওইদগী হন্না হন্না কাউশিল্লকনি অহৃগা অরোয়বদা ঐবু লুখাককোমদা থাদবীনমগনি। থোইদোক হেক্কোক্লা হায়র্বদা মহাত্মা গান্ধী, পণ্ডিত নেহরু, শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধীনচিংবা শক্লাইবশিংবু নযাংনি হায়না মৈহুন চুবীদে ময়াংগা রাহত্নোকসি থয়াইনে, পাখোংগুম থোকই, লাম্না রাহত্নোক শীনম্বা য়াই। মৈতৈশিংনা ফত্তবা মৈতৈ অমবু ময়াং হায়।

মৈতৈশিংবু লৈখা তাহনখিবা হিন্দু ধর্ম্মনা বর্ম্মা, জাপান থাইলেণ্ড অমদি নেপালনচিংবদনা মীবু য়োকখৎলিংসিবু বনিগী শক্কোক্লা তাওবনো? লমশিং অসিগী মীওইশিং অসিনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎলুরবসু মৈতৈশিংনা তৌবগুম্না মজাতিগী অমদি লোনগী শক্তম মাংখিদ্রিবা কবিগীনো? মৈতৈশিংগী মতাংদা শোয়নবীনা অসি শক্কোক্লা তাক্লীংলাই ওইরি। বাংলাদেশ, বর্ম্মা, আসাম, ত্রিপুরা অমদি মালেমগী মফমশিংদা লৈনীবা মৈতৈশিং শক্ল। লোংদনা থম্বীরিবা হিন্দু ধর্ম্মগী অচুম্বা শক্লোদু মাখায়না খংহনি। হেক্না ফগনি। হিন্দু ধর্ম্মগী শোক্ল শয় য়াদবী অসিনা লৈখোদগী শক্তম মাংদবনি হায়রি, অদু ওইবদি ঐখোয়গী অহল্লোনশিংনা ইন্দিয়াগী (মেনষ্ট্রীম) মপুং ঈচেলদা মৈতৈশিংগী চুংলনচং অদু মরমচানা উংশীদবা করিগীনো?

অহূনা ঐখোয়গী নহারোলশিং হেক্না ফবা তুংলমচং, নববসু, তংগী হিংনবগীদমক থিরিবা করিগীনো অমসুং কমদোননা হায়নসি মখোয়না (অহল্লোন করিগী খংনিংদবনা?

ওসি ঐখোয়গী নহারোলশিংবু তোথাই তানিংবনি, এন্টি-ইন্দিয়াননি নত্রগা অমা অমা হায়বীহনা তাখি শোয়নায়বীরী।

য়াকম অসি কয়ামুক চুবনো ঐ খণ্ডদে। মখোয়গী থম্মোই লায়ুমদা করি লৈবগে হায়বহৃতং ঐনা ইথোকচনিংই। অতোপ্পা কনা কনা-গুম্বশিংগী মখোয়গী ঈহৃল অমদি শক্লোন খঙহনবা হায়বসি ঐগী পুক্লিংগী থোঁদাংনি হায়না খল্লি।

## ওইরিবা মৈতৈ ইমুং

"চয়েংনবা য়াওদনা মীওইপোক হিংঙমলোই" হায়বসিগী মওংদা মীওইবনা চয়েংনবা কয়াগী মরক্তা হিংলক্লবনু হজিকী মতমদী মৈতৈ ইমুংদা ওইবিবা চয়েংনবা অসিদি অঙকী মতিক তোপ-তোপ্পা অমমি মচাদি মসি চয়েংনবপিংগী চয়েংনবনি। কোবীং ওপরেসনশিংদা নমজা নমথেক্তা পাদোংবনা অকল অরীং শক্লরে অহৃগা মরাল লৈজনবশিং হাংপবুনা চংনবী ওইনরে। চৈরকসিদা বাক্লনীতিগী মীহাং অমদি আইনগী শঙলাকপশিংনা ওং-নৈহনা হাত্তোকপনা পামুরবা খুংশান্ন অমা ওইরে।

অমরোমদনা অমুক 'ঐগী ইচানিপাদো, ঐগী ইচানুপীদো শেরামনা লমজিংবীগ্রে অহনা লালহৌগে হায়রে' হায়বসিনা ইমুং মনুংগী য়ারী ওইরক্রে। অঙকপা অমনা, ইমুং মনুং য়ারী ওইবখদগী হেন্দোক্লনা য়াকমসি সরকারগী য়াবীমকমহৃ ওইরক্রে। মণিপুরদদি মপা অমদা, মচানিপা অমা হায়বসি আশির্ব্বাদ নত্রে। অহৃগুম্বহনা সরকারদমু নহারোলশিং অসি জাতিগী 'পিলার' ওইত্রে ('a' লৌথোক্লগা) Pill ওইরে, অঙউবমক খুনাইগী, লৈভাক্লোনগী, শেলথুমগী অসিনচিংবা লায়না কয়াবু কোকহল্লবা Bitter Pill (অথাথা গুলী) ওইরে।

শান্তি পামজবা অমদি লাইবু কীনা চচ্চবা মৈতৈশিংনা খোয়শাওনরবা লাল্লোয় ওইরকপসিবু ওক্লিশাইরা নহৃগা মশানা

তাজবরা ? মখোয়গী লালহৌসি করিদগী কমদোননো হায়বসি ঐখোয়না নৈনফম থোকই। তশেংনমক, মোংফম তৌখোক্নুনা অশিবা হকচাং য়েংখিবা তাবি।

## মোংফম তৌখোকনুনা মৈতৈশিংবু য়েংবা।

মৈতৈশিংদি কাংখুল মুৎলবা মীওই কাংলুপনি। মখোযনা কাংখুল মুৎখিবা অসি চুম্নমক হায়বা তাববদি মখোয়না হিন্দু ধর্ম চৎনুবদগী হাযবদি মখোয়না হিন্দু ওইরকৈদবনি হায়না থাজনে। হৌজিক তম্পাক্তা লৈবনসু মতম অমদদি ঈথিম্নবা ত্রাইবেল মচিন-মনাওশিংগা লোযননা চীংদা লৈবা ত্রাইবেলশিং ওইরম্বী অতুম ওইনমক, চীং লমদম মণিপুরগী অতৈ শরুকশিংদা হীল ওতো-নোর্নীগী ছাটিন মখাদা ত্রাইবেলশিংগীদমক্তা থওইনা খাক্নুনা থনখিবনা মৈতৈশিংদি মশাগী মযুমলমদমক্তা মণিপুর ভলি হায়না খঙনবা তম্পাকলমগী অকক্লবা শরুক থরদংদা নত্তনা মখোয়না পাম্বা নফমদা খুন্দা লৈতাজবা য়াওইনবীদে।

মৈতৈশিংনা অধিকারবু মণিপুর তম্পাকদা অকক্লনা থম্মোয়বা করিগীনো অদুগা চীংলম মণিপুরদদি চাকথুং পীথিদবনা করিগীনো ?

ময়েক্নীদি হীল ওতোনোনীনা থোজাল লনকুবিহনা ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংনা হিন্দুশিংবু হাত্তোকপা খৃষ্টানশিংবু, নত্রগা নন ত্রাই-বেলশিংবু কুন্দৎলগা ত্রাইবেলশিংবু নত্রগা মৈতৈশিংবু হাত্তোক্নগা, নাগা অমদি মিজোশিংবু নত্রগা য়ায়মক হায়বা ইঙ্গববা মৈতৈশিংবু, তকথাইবগা নাগা অমদি মীজো লালহৌবশিংবু কম্নবা, য়োকথৎ পীনবা লারুখিবনী।

মৈতৈশিংনা মখোয়গী হিন্দু মচিন-মনাওশিংদা কা হেক্না থাজবা থম্মুবা ( হায়বা ইল্লুবা ) অসিগী মহেদি মখোয়গী ময়ুমকুদা মখোয়গী আইন্না যাবা অধিকার মৎপীগ্রবা অসিনী হায়বদা চিংনম্নিঙাই লৈত্রে, মখোয় মুচ্চাগ্রা হায়ববদসু হোই-মাই হায়জদবা অচুম্বা হায়বা ইনবা খুনাইনী।

মথক্কী রাকম অসিদগী মৈতৈশিং অসি মণিপুরগী চেৎশিন্না থাজরবা প্রজা নত্তে ময়ুম লমদমদগী হিংনবাই উপায় উত্রবা শাশিন্নবা, মাইথিবনা কাংখুল মুংলবা মীওই বাংলুপ অমনি হায়দবা লানবা লৈরিব্রা ? মৈতৈশিং অসি মখোয়গী মীওইবগী ওইনা শোকখিবা অপোক্লা নত্রগা অনিশুবা চহি তরেং খুত্তাকপগী লান অমা শোকখিবা ত্তারিব্রা ?

মৈতৈশিং অসি মতম অমদা পীক্লবা লৈবাক মণিপুর অসি লৈবাক অপুংবা ওইরম্মী। অমুক্তবমক, মসি ইকুই কুইত্রিবা থাকম্নী। অদুবনকপু মণিপুরনা ইন্ডিয়ান ইউনিয়নগী মেম্বর অমা ( অক্টোবর ১৫, ১৯৪৯ ) ওইক্লবদগী ইকুই কুইদনা, মৈতৈশিংগী পুক্নি পীক্লবা লজ্জা অমনা যাদুনা লৈরে। মখোয়না হিন্দু ওইক্লবা হায়রি হোয়াকবা নন ট্রাইবেল হিন্দু ওইক্লবা অসিনা মখোয়গী পুক্নিদা শী-শনে।

কক্লিঙাই লৈত্রবা রানী মহুদি মখোয়না ইন্দিয়াদা লৈরিবা অতৈ হিন্দুশিংদগী হেন্না শেংবা ( কোন্সেং ) হিন্দু ওইরবসু অতৈ ইন্দিয়ানশিংমক্কদগী হেন্না ইন্দিয়ান ওইরবসু মমাংতানগী থাবরা মীৎয়েংনা লেংহুনা থওইরোইদবা সেকেন্ড ক্লাস হিন্দু অমনা ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংনা খনবী।

মৈতৈশিংনা হিন্দু ধর্মদা লাইনিং লৌখিবা মতমদা তৌখোক ওইখোক্লবা মওংদা ইথা থাজদনা মখোয়না মখোয়গী অশেংবা শক্তম হায়বদি 'মৈতৈগী শক্তম'বু থম্হৌনবা লাক্লখিদে। অদুগী

মহৎতা মখোয়না মৈতৈগী য়েক শলাইদগী হিন্দুগী গোত্রদা শ্রুপ-খোকখি ; মৈতৈগী শকতমবু হিন্দুগী শকতয়া মহুৎ শিনখিন্না. নাগা অমদি মীজেৎ মচিন-মনাওশিংনা মখোয়গী কাষ্ট অমদি অশেংবা শকতম সাংহনবা তৌননা খৃষ্টান ধর্মভবু লৌখিবা অমুগা তৌখিদে। মৈতৈশিংসি লাম্বা লৈত্রবা হিন্দুনী হায়বসি মতাংশিদা লৈরে। মৈতৈশিংসি হিন্দু ধর্মদা কয়ামুক শ্রদ্ধা লৈবা অমদি কয়ামুক চেৎশিন্না কৎথোকচরানো হায়বদু য়াফমসিন্নী। সসি পুন্নমকশিনা মৈতৈশিংগী কাংখুল মুৎপদা তেংবাংখিবনী।

অদুগা অমুক হৌনকদ্রম অমদি ঙ্গী অমতগী ওইরবা খৃষ্টান ওইবা ত্রাইবেল মচিন-মনাংশিংগা য়েন্নীনহনখিনসু মৈতৈশিংনা হিন্দু ওইখিবসিননি। মখোয়গী হিন্দু ধর্মনা মরম ওইদুনা মৈতৈশিংনা মখোয়গী অকোয়বদা মরুওইনা ঙ্গী ত্রিমবা মচিন-মনাও ত্রাইবেলশিংগী মায়োক্তা বাশিনগী চেকপল তমা থাগতনা ওইখিদে।

মসিনা কেন্দ্রগী লৈভাকপশিংনা মণিপুরগী হীল ওংত্রানোনগী প্যাকেনা মচিন-মনাওশিংবু মপাঙ্গল শোন্নহনবদা খুদোং চাহনখি। মসিনি খুৎলোৎপী হয়াম লালোনদা শেমখিবা কেন্দ্রগী কোককী হোৎনমল। মৈতৈশিংনা কবন্না খুনকতা হিংননবগীদমকতা মহুৎ অমসুং মপান খনিমকতগী চৈশু মায়োক্নবা তাখিবা চৈশু নংলবা হিন্দু ওইখিবগে হায়দু মসিনি। মৈতৈশিং অসি কৈগী মতম উপা নোক্কতাই ওইবা লনথুইদু ওইরবরা ?

## তেক কায়রবা মৈতৈশিংগী মথকত ইন্দিয়ানা থাগী মপাজ শাগংকদৌরিব্রা ?

মৈতৈশিং অসি ইন্দিয়াদা থবায় কৎথোকচরবা ইন্দিয়াগী অহিংবশিংনদি মখোয়দু। মৈতৈ) মশানা ইন্দিয়াগী হায়না পোংজবগী

পাউখোকপীরে হায়রবা য়ারবা মরাইবক থীরবা হিন্দুশিংনী। ভারত মহাসাগরগী মেনষ্ট্রীমদা ভুমগনবা থুমগুম মখোয় মুৎশিল্লকই। মখোয়গী মরাইবক অহুক হুংশি হৈ হনা তশীরমলীবা অসি ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংনা মখোয়তনা খঙবা মবম থরদগী মৈতৈবু য়াহোং মতু থেৎপা কাক ওইনা খনবীবদগীনি। য়াকমশিংগী পাখোংসি মৈতৈনা হিন্দু ওইরকবদগী ইন্দিয়ান ইউনিয়ন্দা য়াওহনা ইন্দিয়াগী ভিক্তিম অমদি মাগী লুচিংবশিংগী পান্দমফন ওইবকপা অসিতদা খঙলকই। মসিবু মৈতৈনা হায়না ইন্নুবা, ময়েক শেংবা হিন্দুইজম চংনুনা অমসুং ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংনা তুংগী পোরম উবগী মহৈরা?

ইন্দিয়াদা নিংথিনা শঙনবীব্রবা মণিপুর কৌবা পীক্লবা লমদম অমদা মৈতৈশিং মখোয়গী লমদমগী হিন্দু অমসুং হিন্দু ধর্ম্ম হৌথি-বনি অমসুং মখোয় হেন্না শেংবা হিন্দুশিংনী হায়না চাওথোকচৈ, থাক্লবা অমদি পুক্লিং লুপশিনবদা মৈতৈশিংগী হিন্দু ধর্ম্ম ভক্তি অসি অসুক্কী মতিক লাপ্না লৈখিব্রবনী। মখোয়না য়ারিবসি মহুগী মহয় ওইবা তাববদি হিন্দু ধর্ম্মদি মণিপুরদা করম্না হিংখিবা ঙমগনি?

ইন্দিয়ানশিংগী মীৎয়েংদা মৈতৈশিং অসি খঙব্রি উব্রিবা ইন্দিয়াগী শরুক অমগী মীওইশিংনী, লৈমাইনগী ওইনা, শেল-থুমগী ওইনা, শেংগৎ শাগৎপগী ওইনা ( মখোয়সি ) শোক্ল-শয়-হৈদবনী। মসি মৈতৈনা ইন্দিয়াদা য়াওব্রবগী অমদি ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংদা কা হেন্না থাক্লবা থম্মুবগী মহয ওইবা তারবদি মৈতৈনা ইন্দিয়ান ইউনিয়নগী মনুংদা কয়াম কুইনা লৈখিগনী?

ভারতবাসী খুদিংমক্লা মৈতৈশিং অসি অতৈ ভারতবাসীশিংগা থাক মান্নদে হায়বা খঙই। মৈতৈ লৈবাক হায়বদি মৈতৈশিংগী লৈপাক হায়না খঙনবা মখোয়গী মহুম লমদম মণিপুরমক্তনা মৈতৈ-শিংদি মাংজোনন্নুম সেকেন্দ ক্লাস সিটিজন অমগী থাক্তা হল্লবনি।

অসিগুম্বা কীগুম অসিদবু মৈতৈ অমনা ভাতিগী মপুং ওইবা ঊচেলদা করম্না চেম্বা ভমগদৌবিবনো ? নিংতমলবা মীওই কাংলুপ অমগী তঙাইফদ্রবা ইকুয়েলিটি, খ্রীদম অমদি লিবর্তিগী মীৎয়েংদগী মৈতৈশিংসি কয়ামুক তাইম্না য়াববগে ? (শাকখংবীবগে) ঐখোয়বু লোয়লম অমগী মীওইশিংগুম যেংবীরিবনো ? "ঐখোয়বু নাতোন নম্বা মমিৎ খুবা হিংবগী য়াইম্বোক লৈজদবা" হায়না মীংথোল পীরিবা করিগীনো ?

ঐখোয়বু মীবৈপাক লোয়লন অমগী মীওইশিংলা ? নত্রগনা মণিপুর অসি মতম অমগী বৃটিশ সম্রাজ্যগী মখাদা লৈরম্বা ইন্দিয়া গুম্না ইন্দিয়ান এম্পায়াবগী দোমিনিয়ন নত্রগা মখাপোনবা স্টেট ওইরববা ? লোয়লমগী মীওই নত্রবদি ঐখোয়সি লংশেকপীববা অঙাংশিংগুম লংশেকপীরবা ইন্দিয়ানলা ? ঐখোয়গী বোক কয়া কুইনা নোম্বনা লৈখিগনি ?

মৈতৈশিংনা হিন্দুদা লাইমিং লৌবগী মতম্তা নাগা মিজো অমদি অতৈ মচিন মনাওশিংগুম খৃষ্টান ওম্লনলবা, নত্রগা মীরৈপাক্কী ধর্ম য়াইকদনা মপা মপুনা থম্মীরম্বা মনাংদী পোরন য়োকখৎতুনা মখোয়গী এলাকা মাংলমচৎকা লৈমিন্নরমলবদি মখোয় কাংখুল মুৎলবা মাইথীরবা মীওই গুকওই ওইরমলোইদবনি। খোয়নহম, মৈতৈশিংসি অরংবা থরাম্নিচাকশিং ওইরমগনী। জপানীজশিংনা নুপঙমদবা এয়ারক্রাফট কেরিয়র ওইরবদি মৈতৈশিংসু মাই-পাক্কনতা লৈববা ম্যাক্রিয়ার সবমেরিন অমা করিগী ওইবমলোই ? অদুবু অরাবনী হায়রিবশিংসে হৌপ্রবা রা ভাক্কনি।

ভসিদি মৈতৈশিং মখোয়গী পুক্নিদা শীংনরববু মায়োক য়ারি। মখোয় মুৎশিল্লক্রে। মণিপুর অমদি ইন্দিয়া অনিমকতা মখোয়গী মম্বালৈবাক লৈজক্রে। কন-থৌরবা চাওখৎলবা মীওই অমা ওইরম্বদগী মখোয় ইন্দিয়াগী মমুংদা শাইদাংফম ( য়ুম ) অমা

খিজরিবা তোপ্প তারবা জীব অমগী থাক্তা হন্নখ্রে। অতৈ ইন্দি-যানশিংনা তৌবগুম মখোয়না ইন্দিয়াদা মতিক চানা লৈকম অমা ফংবা ভমজবদি, ইন্দিয়াগী মপান্দা, খুদম ওইনা বর্মাগী কবো ভেলীদা হায়বসি মখোয়গী অনৌবা ময়ুমলমদম অমা শাগৎপা তাই মরমদি জাতি খুদিংমক মীওই খুদিংমক হিংবগী হক লৈবনা। ঐখোয়না ইন্দিয়া অমদি মাগী হিন্দু ধর্মবু বিদায় পীকম খোকপ্রা নত্রগা ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংনা কীডঃ সি হন্না লৈনহনা অমদি মখোয়গী হৌগ্রবা অবানবশিং মতমচানা চুমখোকহৌবা তাব্রা? ঐখোয়গু হেক্তা এক্তি ইন্দিয়ামি, নত্রগা ইন্দিয়াবু চোয়জাইনহনবা কাংবুনী ফায়না মিংদা থীহনবা অসিদি ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংগী বাথী ব্রারেমগী মচংনি, শংতা তাশিনবা বারোইশিননি অমদি লাল্লা হোৎনখিবা অরুনি। ঐখোয়বু মুথৎপীখিনবা ইন্দিয়ান ইউনিয়ন যাওরুরিব্রা? মৈতৈশিংগী অতেক অকায় মথক্তা ইন্দিয়ানা মাগী সম্রাজ্য শাগৎ-দৌরিব্রা?

ইন্দিয়াগী অপুনববু (ভাবতকী একতাবু) কনানা পীংনরি? মৈতৈশিংনা নত্রগা ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংনা নত্রগা ঐহাক্রা? উম, মসিগী পাউখুম হাইরি।

**মখোয়না পওজরুবগী অমদি মীৎয়েং শাংখৈহৌদবদগী মহয় ওইনা হোয় মায় হায়জদবা হায়াকবা হিন্দু ওইরু-বমা মৈতৈশিংনা চরায়রবা হুইশিংগী মাংদা খোইথুম্নরবা শাদোং ওইখি।**

মণিপুরগী চিংগী লমশিংদা লালহৌ ঈরাং নমথনবগী মিংদা উৎপাত তৌহনা ইন্দিয়াগী লুচিংবশিং অসিনা বাইবেল অনদি খৃষ্টান মাইনোরিটিবু ভাক-শেনবীবগী মিংদা মৈতৈশিংগী মায়োক্তা মখোয়গী (মৈতৈ) তুংলমচৎপু খোংগাওনবীহনা মহৃদগী মখোয়বু

মণিপুরদা সেকেণ্ড ক্লাস সিটিজনগী থাক্তা হন্থহনবীহ্বনা মণিপুর, হীল ওতোনোমী মাংশিল্লহ্বনা চৎনহনখি।

হায়রিবা ইণ্ডিয়াগী লুচিংবশিং অসিনা মৈতৈশিং অসিবু ক্রাইবেল ওইনা হৌরকপনি, হুজিকসু ওইরি অহ্নুনা মাইনোরিতি হায়বসি মখোয়গী খুদোং চানবা খঙনা খঙনা লোৎশিল্লি। ইণ্ডিয়াগী লুচিংবশিং মখোয়না মাইনোরিতি অমা হাত্তুনা মাইনোরিতি অমা কন্নবা লাক্লবা করিগীনো? মসিবু মাইনোরিতি অমবু অতোপ্পা অমগী মাযোকতা থল্ল তমহনা শান্নবিবরা নত্রগা ফুরুপ অমবু অতোপ্পা অমগী মায়োকতা, হায়রবদি নাগা অমদি মীজোবু মৈতৈশিংগী মায়োকতা? নত্রগনা, মসি মণিপুরগী মীশিংবু থাইদোক থাইজিন তোইনা শাসন তৌনবা পোলিসি অনরা? মতম অমদা মেজোরিতি অমদি হেন্না মপাঙ্গল কল্লবা—লৈঙাক মপু ওইরম্বা মৈতৈশিংবু মপুং ফানা, তুংকোইনা মচেৎ মচেৎ পুম্মুং মুথৎশিনবা শারৌলাংলা?

ঐনা হৈবিবা ইতিহাসকী খোনজিনবা রাফমশিং ঙসি নাবল নাম্নতা য়েংবা, লাল্লবা, নত্রগা সবকারগী মায়োকতা হুনান্দুনা হৈবা ওইরবরা? মসিনা হিন্দু ধর্মদা শীঙনরবরা? মৈতৈগুম্বা মাইনোরিতি অমবু মুখৎপীহু হায়বগী মথৌ তাত্রবা কায়দবা তেংথাশোন ওইরবরা?

ঙসি মৈতৈশিংবু মুথৎখিনবা রাথলসি ইণ্ডিয়াগী লুচিংবশিংদা কনানা পোকহল্লি? থৌইনশিন factor শিং অহু করিনো?

মতমদি, মৈতৈশিংনা হিন্দু তোংকল ওইহ্নুনা মখোযদা কাহেন্না থাজবা থমলুংগী মখোযবু (মৈতৈ) ফংফম থোকপা চাকথুং থুংবীত্রে, মখোযদি পুকফবা অঙাংগুম নিঙাই তৌদে কপ্তে অহ্নুনদি ভারতকী রাথল্লোন তুংইন্না ইনা ভারতনদি মমা পোক্লবী ওইবনিনা কৈদৌঙৈদসু শঙ্গোমকা শীথল্লোইদবনী অসিনি মরম অমনা কাহেন্না হিন্দু ইণ্ডিয়ান ওইরবা মৈতৈশিংনা নাগা অমদি মীজোশিংগুম

ইন্দিয়াগী মায়োক্তা লালহৌবদি লায়রহুনা ইন্দিয়াগী মায়োক্তা হৌরকখিবা লানবু মনিংতম্বা মমালৈবাক অমা শাগৎনবা মায়োক্তুম য়াখিবনী।

ফেদ, মিজোনা নাগা লালহৌ খুংপু শেমগত্তুনা মৈতৈশিংবু য়াওশিল্লকুবা তকশিল্লকখিবা মতমহুদা মখোয়না য়াওনমলবদি মৈতৈশিংনা ভসি ওইবিক্স ফীত্তম অসিদগী য়ায়া হেয়া য়াংনা লৈরমগনি অহুগা মৈতৈশিংবু মখোয়গী ঈ ত্তিয়বা ত্রাইবেল মচিন-মনাওশিংদগী খাযদোকপীবতা নত্তনা মখোয়বু রাজনিতি অমদি অর্থনিতিগী চুগুম ( লুখাক্রা ) ওইহনলিবা হীল খতোনোমী হাহবা অসিনা মখোয়গী পোলিসি অমা ওইবিবা ভারতকী লুচিং শিং অসিনী খাইদোক খাইজীন শায়বা পোলিসিগী চৈফুহু নংমাইদবনী। ঐখোয়দি মাংজৌননা খাইদোক খাইজিনগী লোইলম লৈঙাক অমদি লমখাপ্পা (কা.বুগী) খুংলোংগী রাজনিতি বা লোন অমদি ছন্দোকখাক হিন্দু ধর্ম্মগী থৌজান্দগী ঐখোয়না ত্রাইবল ইচিন-ইনাওশিংগগী মবক্তা য়েংথিনবগী নীংখায়বরোইদবা লৈপল অমা খাগৎলুবে। শয়া হায়রবনা নমথাকী খুংশায়া অনদা পোলিটিকেল বিলিজন নত্রগা হিন্দু পোলিটিক্সনা ঐখোয়বু খায়দোক্লু-বীরে ( লমজিং খাযনহল্লে )।

মৈতৈশিংনা মৈহৌবোম্দা মখোযসু ত্রাইবেলনী হায়না ট্রাই-বেলশিংসু ঈ তোং অনত্তগী মচিন-মনাও মচল মচেশিংনী কায়বা কাউথোকপগা লোয়ননা মখোয়গী মপা মপু অমদি হৌরকফম করয়া কাউথোকখিবনো খল্লুবদা ভক্লিভাইনি। মৈতৈগী মশাগী লাইনিংবু মাংহনখিবা হুজিকপুদি অমুক হজিন্নুনা মপাঙ্গল লৈবে ) পামহৈবা নিংথৌগী নতমদা ইন্দিয়াগী পুশিল্লকপা মৈতৈশিংগী হিন্দু ধর্ম্মগী থৌজায়া নাগাশিং মীজোশিং অমদি অতৈ ত্রাইবেলশিংবু খুনাই-সিদা শোক্ল শয়হৈদবা ওইনা মিংথোন পীবিবা অসিগুম্না, ইন্দিয়াগী

লুচিংবনসু মণিপুরদা মখোয়গী হীল ওতোনোমীগী শোক্ত শয়হৈদবা ওইনা মৈহুম চুবীরে ( থাংজি থাংম্নাংপীবে )।

খেন্নবা অমতং হায়বদু ঐখোয়গী ত্রাইবেল ইচিন-ইনাওশিং-গীদি ইন্দিয়া অমসুং মণিপুরদা মখোয়গী স্বর হোজনবা জাগা মরাং কাইনা পীবগা মৈতৈশিংগীদি হায়রিবা ইন্দিয়া অমসুং মণিপুরসিং-মক্তদা থোং খিংজিন্নুনা থম্বীরগা মখোয়বু মাংজখ্রো হায়রি।

ওসি ফাওবদা ভারতকী লুচিংবশিংনা মখোয়গী লীরবা শীংচেপ থারগা লৈংাকপগী খোজ্জাওনবগী, মীচং-মীখায় নাইবা অমসুং লোইলম শন্দোকপগী পোলিসি চথবদি তোকপা লৈত্রি। মীশিং হেন্নবগী লাক্কং হায়বদি মসিনা মৈতৈ নত্তবা ত্রাইবেল নত্তবা মীওই কয়ানা মণিপুরগী মপান্দগী লিংশিন্নক্কুনা অমদি লম কনশিল্লবহুনা জিরিবাম সব ডিভিজনগী মীশিংদগী হেনগৎলরিবা উপায় অসিগা লোয়ননা মখোযনা ( ইন্দিযাগী লুচিংবশিং ) মৈতৈবু তুংলোমদগী থীরগা হাংননবা পান্দম ( টার্গেট ) ওইনা লৌই। মখোয়না চীফ মিনিষ্টর অসিবু মখোয়না কুপ্না থিগৎলগা মখোযগী অপাম্বা য়েংতনা হাপখি অস্তুগা অতোপ্পা অমবুনা মখোয়গী অনিংবা অমগা লোয়ননা লৌথোকপিখি, নমথাক ফাওবা তৌবিখি।

মথক্কী পবিংশিং অসিদগী, ঐখোয়সি চরায়রবা চুইশিংগী মাংদা খোইথুমরবা শাদোংনি হায়না ব্রারোইশিন পীবদা করিসু লাক্নে।

## ইন্দিয়াগী মবুঙোশিংনা তুংদা তেরবা মৈতৈশিংনা লান্দহোৎবগী মরুপ।

ওসিদি মৈতৈশিং কোইশিনবীরে, লাংদা থুরে। মখোয়বু অসুক্কী মতিক অকক্লবা ফীফম অমদা থম্বীগ্রে মহৃদি চুম্নগী পুকচাক খিনবা নত্রগা মপুঙ্গিদং লেঙ্করুনবা মণিপুরগী তম্পাক্কী শরুক

অহম হেন্না চাউরিবা চীংগী লমদা চত্নবা লম মচেৎ অমতং কক্সকবফাও থীংবিরে। অচুগা অমরোন্দনা মণিপুর তম্পাক্কী অকরুবা শক্তক অসিম্নু চীংনা শক্তক অয়াম্ব! কল্লিবনী মসিদা মখোয়গী ( মৈতৈ ) খুল মশীংস্ন অতিয়া পক্পা হেনগৎলক্লি। মসিনক ওইরে মণিপুরদা হীল ওতোনোমী এক্টগী কুইনা হোৎনরকপগী নিংজলম। অসিদগী হেন্দোক্সা অতৈ মীওই কাংলুপ মুল্লীমশিং ( মৈতৈ পাঙল নত্তবা নৌনা খুনদাংলবা ), নমহৎলগে মতাগুম ইন্দিয়াগী মপুংলমদগী যাঙনা ঈ হাশিল্লকখিবা অতৈ কয়া অমস্নু লৈরি। কবম্না মৈতৈশিংনা হিংজনবগী মবাইবকপু মৎপীখিবগে হাযবস্নু মসিনি। ময়ুন লমদম্বক্তদা মৈতৈশিং অমুক হন্না ফিংডমলরোই। মশি ঐ খারস্নু নমথাক তৌখিবা, খোসাওনখিবা, কীহম্নুনা থমকা তৌখিবা অমস্নুং ঐখোয়বু কাংখুল মুৎহন্নিংখিবা ইন্দিয়াগী লুচিংবশিং অসিসা রাহস্নোক লৈতনা কোক নোঞ্জকবা অহুদগী ফংলকপা হুনাংমলনি।

ঐখোয়না করিগীদমক তেরবা শাগুম ঐখোয়গী ইন্দিয়াগী ইবুঙোশিং অসিগী মতুং কোইন ইন্নগদৌবিবনো? ঐখোয়বু মাংহনখিবা অমদি মক্ত ফংনা মুথৎপীখিনবগীদমক মখোয়দা করিগী কোক নোম্মুনা লৈখিগদৌরিবনো? ব্রটিশনা পাল্লব্রিতৈ মমাংগী মত্তমা ইন্দিয়াদা তিন্দ্রিবৈ মমাংগী নিংতমলবা মণিপুর অমা ইন্দিয়াগী মহুংদা নত্তগা মপান্দা অমুকহন্না থমজনবা ঐখোয়গী নহারোলশিংনা নাক্কং অমা হৌবকপদা করি লানবা নৈ? কনাবু লাল্লি হায়গদৌবিবনো? নহারোলশিংবুরা নত্তগা ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংবুরা? এচুম্বা হায়রবদা, ঐদি নৌনা ফববা তুংগী আশা লৌবিবা ঐখোয়গী নহারোলশিংগী মীচংদা লেপচৈ, তুংগী আশা লেব্রিবা হায়রুপগা মরমদি মখোয়না লমচৎ নাইত্রবা ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংগা করম্না থবক চৎথগদগে অমস্নুং ঐখোয়গী জাতি অমদি মীওইশিংগী

মাংখ্রেবা ইজত করম্না অমুক হৈ হনগদগে হায়বচু খঙই। ঐদি মতম চুপ্পা নহাবোল মখোয়গী তুং ইন্দুনত্তা লৈবা মীশক্তি ঐঙোন্দদি মখোয়সি হয়েংগী পাথৌশিংনি। ঐখোয়গী ইমালৈবাক অসিবু লৈব্রেবী ওইনা শেমগৎ শাগৎপগী থবক অহু মখোয়দা ত্তমগ্র-বনি। মায়পাকপগী (লম্বীদা) মখোয়না ঐগী আশানি হায়ব-সিমদি ঐনা কোংদোক্তবা ঙমজত্রে, ঐগী পুন্সিগী অরোইবা স্বর হোন্দোকপফাও ঐ মখোয়গা লোয়নহ্না লৈগনী। ঐহাক এন বিষেশ্বরনি—কবিগুম্বা লম্নাই ওইজগানবা থরগী ম্লাকাদগী বিষেশ্বর সরেন্দর তৌগ্রে নম্রগা সরেন্দর তৌরে হায়বা ময়াংগী মত্তৌনানবা প্রপগন্দা তৌবকপা অমদি ঐগী কোলীগশিংনা ঐবু যেংথীননবা তৌরকপা থোৌবা, খুদিং অবেম্বা তাগনি অমসুং খুলং-লমন্দা ৎম্ম ত্তৈনবা ফল পুরক্কনি।

নংগী সরকারনা ১৯৮৩ দা 'এন এপিল বাইদ গোবর্ণমেণ্ট ওফ মণিপুর' হায়বা অমগা লোয়ননা 'দ গান্ধী পিস কেম্প' কৌবা চেরোলশিং পুখোকপত্তদা নখোয়না ঐখোয়বু। এক্সট্রিমিষ্টশি হায়না নংনা মীংগৌবা) নখোয়গী নচাশিংনি হায়নিন্দু বরূ্া নখোয়দা ঐখোয়না সরেন্দর তৌফম থোকই হায়বা ঙন্নিংলা? নংগী নচাশিংবু সরেন্দর তৌ হায়বা তাববদি নংগী ঘেক্কবগী মমাংদা নং নকোক নোল্লোইদ্রা? নংবু নশাগী থাক অমা শাকচবিবা ঙীনা? নহাক চীঙ্গীরা মীশক অমবা? নংনা ইমাংদা 'I will never mention of surrender, হায়খি অতবু তত্তনা মীনম্বা। ঙাংবগী লাখঁচুবরনিনা মিঃ বিষেশ্বর অমদি মাগী খোংলোয়শিং সরেন্দর তৌগদৌরে (ইন্দিয়াগী নেসনেল পেপরশিংদা ফোংবা) হায়না হার্থী বারেমগী মচং ঙাক্কা ঙাংলে।

ঐ অমসুং ঐগী খোংবুরোইশিংবু সরেন্দর তৌহন্নবা ঐখোযবু লমলানবা য়েক্কবা (নখোয়নসু অহুম্না খনবনিপ্না অমসুং মহুগী

মওংদা ঐখোয়দা চৎশীবনিনা ) পি অমসুং কারবা ঐখোয়সি Pow শিংনি ( Prisoners of war ) জেনেভা কনভেনসনগী মতুংইন্না থমগদবনী হায়না করিগী লাউথোক্লিবনো ? নত্রগা ঐখোয়দা চৎশিন শাজৎ অমসুং নংনা খল্লিবা লোজীগ মতাহুনা ঐখোয়সি লমলানবা য়েক্কবা ( Foreign enemy ) ওইবনিনা [illegible] শিংগী থাক ( States ) অহু পীগদবনি হায়না ঐনা চুম্না দাবী তৌরি। মীনম্বা খোইনশিন য়াওবা শেমজিনবা ওইদপরেংগী প্রপগান্দানা অকাউ ইরোন চনখিদনবা, ঐনা ঐগী অবোয়বা [illegible] তৌরি — মহুদি পৃথিবীদা কনানসু ঐবু সরেন্দর তৌনবা ইনশিনবা ঙমলোই। ঐগী মীওই কাংলুপ ঐগা লোয়ননা লৈ, মখোয়গী পাঙ্গলনা ফনা কল্লবা পৃথিবীদা লাম্বা লেল্লবা য়েক্কবা অহুদগীসু হেল্লবনী। নোংমলোন নীংথায়নক্কুনা ঐগী কোক্তা তারগে হায়না কিহল্লসনু, মাউন্ট এভরেষ্টনা হিংচাবা ওইনা চোংশিল্লক্কুনা ঐগী শক তোংশা পুম্নমক য়োংখিসনু অহুবু মতম চুপ্পা ঐদি চপতিংনা লেঙ্না লৈগনি।

য়াম্না পুকচেল তিংনা অমদি চীংনবা লৈতনা ঐনা হায়জরি মহুদি ঐ পাখৌ অমা নচ্চদে, ঐদি কৈসু লৈত্রবা, পাংত্রবা, মায়-থীরবা আশা য়াওত্রবা মীশক অমনি। ঐদি পুমলোম লোয়রবনী পুমহৈক হৈকথরবনি। অহুবু ঐগী পুক্লিংগী পাঙ্গলদি কৈদৌহুংদা তেক্কে, কৈদৌহুংদা শিদে হায়বসিমদি অচুম্বনি। ফনা কল্লবসু তমথীরবসু পৃথিবীদা লৈবা করিগুম্বা শক্তি অমত্তনা ঐগী 'অনিংবা' অসিবু নমথবা ঙমলোয়। ঐগী মমল যাওদ্রবা হকচাংদি ঐবু খাদোক্লমহুনা থুনা চৎখিবা য়াই। অহুম ওইনমক ঐগী অনিংবসিদি 'অদ্রোগী মৈঙম শিবা নাইদবনী মুংঙমদবনি। মসি ( মৈরীসি ) ঐগী মীশিংগা লোয়ননা মতমচুপ্পা লৈহৌরগনি।

## My own caption translater.

## বর অমদি পাপ

**মনিং মথা তমলবা মৈতৈ অমা হায়বসি ইন্দিয়াগীদি বরনি।**

**অদুগা ইন্দিয়াগী থোংজিন্দা চেঙগী খুজাই পায়দুনা লেপ্পূরিবা মৈতৈ অমবুদি ইন্দিয়াগী পাপনি।**

ভারতনা নিংথা-তম্বা চহি ২গী কেব মতুংদা ১৯৪৯ ইং ওক্টোবর ১৫ দা মৈতৈনা ইন্দিয়ান ইউনিযন য়াওখি। মখোয অসি শুব নোম্ব কল্লি মনাংকী থাক য়াংই লাইরিক হৈ অমদি লৈবাক মচা ভাই। নমথবীদুনতা লৈরবসু মখোয়না অতৈ ইন্দিযানশিংদগী লাইবিক-লাইশু, শান-থোংনবা, কলচর অমসুং অতৈ অতৈদা থাক করিসু হন্নবা লৈতে।

ইন্দিয়ানশিং অসি মখোয়গী ইন্দষ্ট্রীশিং খুমাং চাউশিলহন্নবগী মরমদা য়ারে মরম অদুনা ডিষ্ট্রীক্ট ডিষ্ট্রীক্টগী ওইনা ইন্দষ্ট্রী লিংনবা থৌরাং তৌবি। অদুমকপু মণিপুর কৌবা স্টেট (ডিষ্ট্রীক্ত নত্তবা) অসিদা হেন্ডী, মেদিয়মদি লায়রদনা স্মোল ফাওবগী থাক্তা ইন্দষ্ট্রী অমত্তা লৈতে। লোক্কিংবা পাওখোংগুম থোক্লিবা, শিংজমৈ রাইস মিল অসি মণিপুরগীদি ভাবা এতোমিক সেন্তরনি। ইন্দিয়াগী লুচিংবশিং অসি মতিক মগুণ লৌশিং কয়াগা লোয়ননা পোৎক্রবগুম লানখ্রে ঙাকপীয়ু হায়বগা লোয়ননা কঙ্গিদগী শোয়খিবনো হায়বগী ব্যাখ্যা তৌবদা কৈদৌঙৈদা চোকথবা লৈতে। মখোয়গী (শেং শেং লাউরবা) ঙাংবদা তনখিদ্রবা অনৌবা লৈতোন পাল্লি অদুগা মখুত্তি ঈপণ্ড পণ্ডবা পাল্লি (করাং লোল্লুনতা লৈ।) মসিগী ওন্ন ঙৈনবদা মৈতৈগীদি ঙাংবদা ইফা ফাজিল্লবা লৈতোন পাল্লি অদুম

মওংদা ঐখোয়দা চৎপীবনিনা ) পি অমম্তুং কারবা ঐখোয়সি Pow শিংনি ( Prisoners of war ) জেনেভা কনভেনসনগী মতুংইন্না থমগদবনী হায়না করিগী লাউথোক্লিবনো ? নংনা ঐখোয়দা চৎপা শাজৎ অমম্তুং নংনা খল্লিবা লোজ্জীগ মতাম্না ঐখোয়সি লুমলানবা য়েক্কবা ( Foreign enemy ) ওইবনিনা Pow শিংনী থাক ( States ) অহু পীগদবনি হায়না ঐনা চুম্না দাবী তৌবি। মীনশা, খোইনশিন য়াওবা শেমজিনবা খইদপাবংগী প্রেপগন্দানা অকাউ ঈরোন চনখিদনবা, ঐনা ঐগী অরোয়বা কীরেপ লৌরি—মহুদি পৃথিবীদা কনানম্তু ঐবু সরেন্দর তৌনবা ইনশিনবা ঙমলোই। ঐগী মীওই কাংলুপ ঐগা লোয়ননা লৈ, মখোয়গী পাঙ্গলনা ফনা কল্লবা পৃথিবীদা লাম্বা লৈব্রবা য়েক্কবা অহুদগীম্তু হেল্লবনী। নোংমদোন নীংথায়রক্লুনা ঐগী কোক্তা তারগে হায়না কিহল্লসন্থু, মাউন্ট এভরেষ্টনা হিংচাবা ওইনা চোংশিন্নক্লুনা ঐগী শরু ভোংশা পুম্নমক য়োংখিসন্থু অহুবু মতম চুপ্পা ঐদি চপত্তিনা লেপ্তুনা লৈগনি।

য়াম্না পুকচেল তিংনা অমদি চীংনবা লৈতনা ঐনা হায়জরি মহুদি ঐ পাথৌ অমা নচ্চদে, ঐদি কৈম্তু লৈত্রবা, পাংত্রবা, মায়থীরবা আশা য়াওদ্রবা মীশক অমনি। ঐদি পুমলোয় লোয়রবনী পুমহীক হীকথরবনি। অহুবু ঐগী পুক্লিংগী পাঙ্গলদি কৈদৌহুংদা তেক্কে, কৈদৌহুংদা শিদে হায়বসিমদি অচুম্বনি। ফনা কল্লবম্তু তমথীরবম্তু পৃথিবীদা লৈবা বরিগুম্বা শক্তি অমত্তনা ঐগী 'অনিংবা' অসিবু নমথবা ঙমলোয়। ঐগী মমল য়াওদ্রবা হকচাংদি ঐবু থাদোক্লমহনা থুনা চৎখিবা য়াই। অদুম ওইনমক ঐগী অনিংবসিদি 'অদ্রোগী মৈশুম শিবা নাইদবনী মুংওমদবনি। মসি ( মৈরীসি ) ঐগী মীশিংগা লোয়ননা মতমচুপ্পা লৈহৌরগনি।

**My own caption translater.**

## বর অমদি পাপ

**মনিং মথা তমলবা মৈতৈ অমা হায়বসি ইন্দিয়াগীদি বরনি।**

**অদুগা ইন্দিয়াগী থোংজিন্দা চেঙগী থুজাই পায়দুনা লেপ্লরিবা মৈতৈ অমবুদি ইন্দিয়াগী পাপনি।**

ভাবহনা নিংখা-তম্বা চহি ২গী হেক মতুংদা ১৯৪৯ ইং এক্তো-বর ১৫ দা মৈতৈনা ইন্দিয়ান ইউনিযন যাওখি। মখোয় অসি ওব লোম্ব কল্লি মনাংকী থাক য়াংই লাইরিক হৈ অমদি লৈবাক মচা ওাই। নমথবীহনতা লৈববসু মখোয়না অতৈ ইন্দিয়ানশিংদগী লাইরিক-লাইগু, শাম্ন-খোংনবা, কলচর অমসুং অতৈ অতৈদা থাক কবিসু হন্বা লৈতে।

ইন্দিয়ানশিং অসি মখোয়গী ইন্দষ্ট্রীশিং খুমাং চাউশিলহন্নবগী মরমদা য়ারে মরম অদুনা ডিষ্ট্রীক্ট ডিষ্ট্রীক্টগী ওইনা ইন্দষ্ট্রী লিংনবা থৌরাং তৌবি। অদুমকপু মণিপুর কৌবা স্টেট ( ডিষ্ট্রীক্ট নত্তবা ) অসিদা হেক্তী, মেদিয়মদি লায়রদনা স্মোল ফাওবগী থাক্তা ইন্দষ্ট্রী অমত্তা লৈতে। নোক্লিংবা পাওখোংগুম থোক্লিবা, শিংজমৈ রাইস মিল অসি মণিপুরগীদি ভাবা এতোমিক সেন্তরনি। ইন্দিয়াগী লুচিংবশিং অসি মতিক মগুণ লৌশিং হযাগ। লোয়ননা পোক্লক্লবগুম লানথ্রে ঙাকপীয়ু হায়বগা লোয়ননা করিদগী শোয়খিবনো হায়বগী ব্যাখ্যা তৌবদা কৈদৌঙৈদা চোকথবা লৈতে। মখোয়গী ( শেং শেং লাউরবা ) ঙাংবদা তনখিত্রবা অনৌবা লৈতোন পাল্লি অদুগা মথুক্তি ঈপণ্ড পংবা পাল্লি ( করাং লোম্বনতা লৈ। ) মসিগী ওন্ন তৌনবদা মৈতৈগীদি ঙাংবদা ইফা ফাজিল্লবা লৈতোন পাল্লি অহম্বু

পীং থোইরবা সনা খুৎ পাল্লি। তশেংনমক ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংনা মখোযবু নমথবীবা অসি ইন্দিযা মশানক্কীদি যাম্নমক মাংজবনি। মখোয়বু ( মৈতৈশিং ) ইন্দিযাগী থোংজিন্দা ( দিল্লী ) চাক্লিবা ওইনা লেপহল্লোইদবনি। মৈতৈগী হাযনবা অমা লৈ মহুদি মৈতৈ অমনা মাগী মনিত্তগীদি মখুৎনা হেম্মা উবা ঙমই, হায়বদি অনৌবা থবক অমা তঙ্গদা মৈতৈদি থুনা খঙগল্লি ( হৈগল্লি )। তশেংনমক সাইন্স অমদি টেকনোলোজীদা মৈতৈশিংগী পীথোরকপা হৈ শিংবা লৈ। মখোযদা রাজনৈতিক অমদি অর্থনৈতিকী হিরমদা নীঙ-খা তঙ্গা পীবগা লোয়ননা বিজ্ঞান অমসুং খুং শা হৈবগী হিরমদসু নিঙ-খা তঙ্গা পীবিরবদি ইন্দিয়াবু মীরোন তং। মাংজিন থানা থঙ্গা ঙমগনি। ইন্দিয়ানা রাফম অসি চাং য়েংদবনী।

মৈতৈগী অনৌবা নহারোল কাংলুপ অসি মখোযগী হান্নগী অহল্লোনগুম্না তৌদে, মশাগী ফিদম অমদি যীরেপ লৈতে, মখোয়না ইন্দিযাগী ( দিল্লী ) থোংজিন্দা চেঙগী খুজাই পাযদনা লেপপুবা হায়বসি খনবদা মথম্মোইদা চৈনা ফাওই হায়বসি ইন্দিয়ানা খঙগ-গদবনি। ইন্দিয়ান কন্সটিট্যুসনগী নিপালগুবা সেহ্যালদা চলহন-বীহ্নরা মখোযগী মমারোলবু শকখঙবীনবা কোক নোম্নবকা হায়বছু মখোয়না তুকচৈ। মখোয়গী তুংলমচৎ অমদি মদাইবক শেম্নীনবা কনাগুম্বা ফম্নাইবা অঙম্বগী কাদা খুকউ লৈ তাক্লবা ঙমদে। পৃথিবীগী অমদি ইন্দিয়াগী মীশিংগুম্না মখোয়সু ফ্রী ওইবা পাম্মী। মণিপুর অসি ইন্দিযান ইউনিয়নগী ডোমিনিয়ন স্টেস্ট মথাদা লৈবা স্টেট অমা নত্তবদি, মণিপুর অসি ইন্দিয়াগী শকক অমা ওইরবদি, ইন্দিয়াগী মফম অতৈদদি তৌদ্রগা মণিপুরদতা মীরৈবাকী লম কোয়বা চংহল্লিবসি করিগীনো হাযবছু মখোয়না ( নহারোল ) খঙনিংই। মহাত্মা গান্ধীগী লম্জিং মথাদা ভারতবাসীশিংনা বৃটিশকী কোলোনিয়েল পোলিসিনি অমসুং মসিনা ভারতকী মপুং

ফাবা নিংতম্বদগী থৈদোবই অমম্বুং শেন্নান্নবা শক্তম গী হায়হ্না লংথোকখ্রগা মণিপুরদা ইন্দিয়ানা দোমিনিয়ন স্টেতস পীরবদি জষ্টিফাই তৌবিবরা ?

ঐখোয়গী পুকচেল শেংজরবা নহাবোলশিংনা তত্তনা হংবা লেপ্ত্রি মত্তুদি হায়রিবা ইন্দিয়া অসিমক্তা নাগা লালহৌবশিংবু নেমথহন্নবা ইন্দিয়া গোবর্ণমেন্টকা ফেদরেল গোবর্ণমেন্ট ওফ নাগা-লেন্দগা য়ানহ্না মণিপুরগী মমল য়ামলবা চীংগী লমশিং উখ্রুল, মাও, তমেংলোংবু নাগালেন্দদা চিনশিনবা হায়হ্না শিলোং একোউতি সহী তৌনবা মণিপুরগী ওইফম থোকপা করোক্ভেলী-বুদি ক্লেম তৌনা মখোয়না ( ইন্দিয়াগী লুচিংবশিং ) ফকচিন্নুনা মরৈ চীকশিন্নুনা নৈরিগা কবিগীনো ? ১৮২৬ কী ফেব্রুয়ারী ২৪দা য়ানখিবা য়ান্দাবুগী সন্ধিবু অমুক বিভিন্ন তৌবা যাবোই হায়বগী করি মরম লৈ ? ঐখোয়গা ভেদী ঐখোয়না অমুক হন্না কবিগী ফংলোই অভম্বা উপায়না ফংনবা লাক্লগদবনি। ইন্দিয়ানা চীনাদগী অকলাই চীনবু অমুক হন্না ফংনবা লান শোক্লখি ( অহনবনি ) হায় রিবা ইন্দিয়া অসিমক্তা বর্মাদগী কবৌ ভেদী অমুক হন্না ফংনবা হোৎনত্রিবা কবিগীনো ? মসি তংশৈনমক মত্তুং মপান নাইনা চৎপা শাজৎ অমনি। ( Double standard? I can't give the 'real literal meaning translater ) মসি য়ান্না ইকাই খুম্নিংঙাইনি, ঐনা থম্মোয় শেংবা ইন্দিয়াগী মী অমা ওইব-নিনা মসিবু থাগত্তবা ঙমজদ।

ইন্দিয়াগী অপুনবা শক্তোনবু শীংনরিবসি মণিপুরগী মীওইশিংবু ইন্দিয়া অমস্তুং মাগী মপুং ফাচেলদগী থাপ্লোকখ্রো হায়না তাক্লিবদি ইন্দিয়ানী। ইন্দিয়ানশিংগী মতিঙ্গা, মক ওইনা ইন্দিয়াগী লুচিংব-শিংগী মতিঙ্গা ঐখোয় অসি বম্মা য়ান্না ইন্দিয়ান ওইরবমে হায়বদি চিংনিঙাই ওইদি অমস্তুং তশেংনা হংনিঙাই ওই।

লীং থোইরবা সনা খুৎ পাল্লি। তশেংনমক ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংনা মথোয়বু নমথবীবা অসি ইন্দিয়া মশামকীদি যাম্নমক মাংজবনি। মথোয়বু ( মৈতৈশিং ) ইন্দিযাগী খোংজিন্দা ( দিল্লী ) চাক্লিবা ওইনা লেপহল্লোইদবনি। মৈতৈগী হাযনবা অমা লৈ মতুদি মৈতৈ অমনা মাগী মমিত্তগীদি মখুৎনা হেন্না উবা ঙমই, হায়বদি অনৌবা থবক অমা তম্বদা মৈতৈদি থুনা খঙগল্লি ( হৈগল্লি )। তশেংনমক সাইন্স অমদি টেকনোলোজীদা মৈতৈশিংগী পীথোরকপা কৈ শিংবা লৈ। মথোয়দা রাজনৈতিক অমদি অর্থনৈতিকী হিরমদা নীঙ-খা তম্বা পীবগা লোয়ননা বিজ্ঞান অমসুং খুৎ শা হৈবগী হিরমদসু নিঙ-খা তম্বা পীবিববদি ইন্দিয়াবু মীরোন অমা মাংজিন খানা থম্বা ঙমগনি। ইন্দিযানা রাফম অসি চাং যেংগদবনী।

মৈতৈগী অনৌবা নহারোল কাংলুপ অসি মখোয়গী হায়গী অহল্লোনগুম্না তৌদে, নশাগী ফিরম অমদি ফীবেপ লৈঙৈ, মথোয়না ইন্দিয়াগী ( দিল্লী ) খোংজিন্দা চেঙগী খুজাই পাযহনা লেপপুবা হায়বসি খনবদা মথল্লোইদা চৈনা কাওই হায়বসি ইন্দিয়ানা খঙগ-গদবনি। ইন্দিয়ান কন্সটিট্যুসনগী নিপালগুবা সেত্থালদা চলহন-বীদ্বনা মখোযগী মমাবোলবু শকখঙবীনবা কোক নোল্লুবকা হায়বত্থ মথোয়না তুক্কচৈ। মথোযগী তুংলমচৎ অমদি মবাইবক শেম্বীনবা কনাগুম্বা ফয়াইবা অঙম্বগী কাদা খুকউ লৈতাক্লবা ঙমদে। পৃথিবীগী অমদি ইন্দিযাগী মীশিংগুম্না মথোয়সু ফ্রী ওইবা পাম্বী। মণিপুর অসি ইন্দিয়ান ইউনিয়নগী ডোমিনিয়ন স্টেটসকী মথাদা লৈবা স্টেট অমা নত্রবদি, মণিপুর অসি ইন্দিয়াগী শরুক অমা ওইরবদি, ইন্দিযাগী মফম অতৈদদি তৌড্রগা মণিপুবদতা মীরৈবাকী লম কোয়বা চংহন্দ্রিবসি করিগীনো হায়বত্থ মখোয়না ( নহারোল ) খঙনিংই। নহাত্মা গান্ধীগী লমজিং মখাদা ভারতবাসীশিংনা বৃটিশকী কোলোনিয়েল পোলিসিনি অমসুং মসিনা ভারতকী মপুং

কাবা নিংতম্বদগী থৈদোকই অমসুং শেন্নাব্বা শক্তম পী হায়দুনা সংথোকখ্রগা মণিপুবদা ইন্দিয়ানা দোমিনিয়ন স্টেটস পীরবদি জষ্টিফাই তৌরিবরা ?

ঐখোয়গী পুকচেল শেংজরবা নহারোলশিংনা তত্তনা হংবা লেপত্রি মত্তুদি হায়রিবা ইন্দিয়া অসিমক্কা নাগা লালহৌবশিংবু নেমথম্ববা ইন্দিয়া গোবর্ণমেণ্টকা ফেদরেল গোবর্ণমেণ্ট ওফ নাগা-লেন্দগা য়ানহনা মণিপুরগী মমল য়ামলবা চীংগী লমশিং উখ্রুল, মাও, তমেংলোংবু নাগালেন্দদা তিনশিনবা হায়দুনা শিলোং একোউতি সহী তৌনবগা মণিপুবগী ওইফম থোকপা কবোজেলী-বুদি ক্লেম তৌদনা মখোয়না ( ইন্দিয়াগী লুচিংবশিং ) ফকচিন্দুনা মরৈ চীকশিন্দুনা লৈরিবা করিগীনো ? ১৮২৬ কী ফেব্রুয়ারী ২৪দা য়ানখিবা য়ান্দাবুগী সন্ধিবু অমুক হিন্দিয়ু তৌবা ঘাবোই হায়বগী করি মরম লৈ ? ঐখোয়গী ভেলী ঐখোয়না অমুক হন্না করিগী কংলোই অভম্বা উপায়না ফংনবা লাক্রগদবনি। ইন্দিয়ানা চীনাদগী অকসাই চীনবু অমুক হন্না ফংনবা পান শোক্রখি ( অত্থুননি ) হায রিবা ইন্দিয়া অসিনক্কা বর্মাদগী কবো ভেলী অমুক হন্না ফংনবা হোৎনত্রিবা কবিগীনো ? মসি ডংশংনমক মত্থং মপান নাইনা চৎপা শাক্তং অমনি। ( Double standard ? I cano't give the real literal meaning translater ) মসি য়াম্না ইকাই খুম্নিঙাইনি, ঐনা থম্মোয শেংবা ইন্দিয়াগী মী অমা ওইব-মিনা মসিবু থাগত্তবা ঙমজদে।

ইন্দিয়াগী অপুনবা শরোনবু পীডনরিবসি মণিপুরগী মীওইশিংবু ইন্দিয়া অমসুং মাগী মপুং ইচেলদগী থাপ্তোকপ্রো হাযনা তাক্লিবদি ইন্দিয়ানী। ইন্দিয়ানশিংগী মমিত্তা, মক ওইনা ইন্দিয়াগী লুচিংব-শিংগী মমিত্তা ঐখোয় অসি কয়া য়াম্না ইন্দিয়ান ওইববগে হায়বদি ট্রিপ্লনিঙাই ওইরি অমসুং তশেংনা হংনিঙাই ওই।

ঐগী ছুংশিজরবা ইন্দিয়ানশিং, ঈশ্বরগী মিংদা হায়রীবা ওমত্রা মণিপুরগী মীশিং অসে মরু ওইনা মৈতৈশিং অসি নখোয়দোনা মনিং তমজরবা ইন্দিয়ান ওাক্তনি ? ঐখোয়বু ইন্দিয়ান অমগুম তৌবীরি হায়বসি নখোয় নশামক থাজবা ওমত্রা ? ঐখোয় অসি মমালৈবাক (মমুম লমদম) লৈজত্রবা মীওইশিংনি হায়বসি নখোয়গী মিৎনা উবা ওমত্রা ? ইন্দিয়াদা ঐখোয়গী মফম লৈরি অমদি ইন্দিয়ানা ঐখোয়না মৃৎখিগদবা অসিগীদমক হাবীরি হায়হনা নখোয়বু হায়গুম অসুম তৌশিন্নহনা লৈখিগত্রা ?

ছুংশিন্নবা রিডরশিং ! ঐবু ইন্দিয়ান অমগী মিৎনা য়েংবীগনু হায়জবা য়াত্রা ? মতুগী অনোক লৌথোকপীয়ু চুমথ্রিং থম্মোয় শেংনা লাকপীয়ু অহনা ঐনা ইজরিবা অসিগী মচং অহু মচুম্বা রাফমশিংবু নাথৈবীবা তৌদনা ময়েক শেংনা উবীনবা। নখরদি অদোয়া ঐবু লুখাকোনদা — নত্তে নত্তে, ঐবু এস্তি ইন্দিয়ানি হায়-রীবদি — এস্তি ইন্দিয়ান হায়বা নোয়োকী কোম অহুদা লংশেকপী-খিগনি। নখোয় ইন্দিয়ান্নি মৈতৈ অমদি মচিন-মনাওশিংবু তাথীবিবা অয়োয়বদা ইন্দিয়াগী মায়োক্তা লৈবা।

## দিল্লীদা মাহুং থাবা : মৈতৈশিংসি ভারতবাসী নত্তে নত্রগা ভারতবাসী নত্রগা ভারতবাসীনি নন-ইন্দিয়ান্নি নত্রগা নন-ইন্দিয়ান ইন্দিয়ান্নি।

ঐখোয়সি ভাব অমদা আইন্না শকখংবীদবা হুন্দোকপীরবা, নত্রগা তত্মায় ওইবা ইন্দিয়ানি, অহুগা হিন্দুনি, অতুমকপু ইন্দিয়ান হিন্দুনা শকখংখিখিবা তারি। রাজনীতিগী, সমাজগী, শেল থুমগী অমদি শেমগৎ-শাগৎপগী.... .... .... .... অসিনচিংবা হিরম কয়াদা অত্তোক্পা ইন্দিয়ানশিংগা মায়মদে। ঐখোয় বেত্রা, দিল্লীদা মীহুৎ

থারিবসি করিমত্তা য়াহয়োক লৈতে, মশীংদা (অনিথক্তনি) অহুগা ইউ, মী ষ্টেটকীনা পার্লিয়ামেন্টতা মীহুৎ ৮৪ লৈ। অয়ুয় হাউসতা কাওবা ঐখোয়গী মীহুৎকী মায়বা চাকথুং লৈতে। ইন্দিয়াগী কন্সটিত্যুসন অমদি আইনশিংনা রাজনীতিগী ওইবা মীহুৎ থাগৎপদা (কাংলুপ্তুগী) মীশীংগী য়াম্বা য়ামদবগী মতুং ইনগনি হায়বা অকক্ননা লৈহল্লবদি হেন্না চাউবা স্টেটশিং অমদি কাংলুপশিংদদি তঙাফদনা থাদোকত্রবা কেমলী প্লানিং তৌবগী মহুত্তা ঐখোয়গুম্বা মাইনোরিটি-শিংদদি করিগী মীশিং হেনগৎহন্নবা পুক্নিং থৌগৎপীদবনো অমদি ত্তেংবাংবীদবনো ? মকম অসিগী মসিমসু পনবা য়াই মহুদি কলি-কাতাগুম্বা সিটি অমগী মীশিংনা মণিপুরগুম্বা স্টেট অমগী মীশিংদগী শক্তক তরেৎকুম্বা হেল্লি।

ঐখোয়গী মীহুৎ থারিবসি থাদবগুম থোক্লবনিনা সেন্তরদা ঐখোয়গী ইরা তাবীনবা লৈতে, হায়বদি ইন্দিয়াদা ঐখোয়গী মতিকচাবা রাজনীতিগী মীহুৎ লৈতে। পোলিটিকেল্লী ঐখোয় নিংতমত্রবনিনা ঐখোয়গী ইকোনোমীদি শিববগা পাংথক্লি। মসি য়েৎননিঙাই লৈত্রবা য়ানি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা ঐখোয় রাজনীতিগী অমদি অর্থনিতিগী শুন্দোকখাক ওইরকপা তাবনি অমসুং অসুন্না ঐখোয়গী মেন-ষ্ট্রীম ( মপুং-ঈচেল ) দু থৌশাদবা হৌরক্লিবা অমসুং হিন্দুইজম অমসুং ইন্দিয়ানাইজেসন্দগী থৈদোক-তুনা লালহৌবগী য়াথলনা তুংইন্নরক্লিবা। মরম অসিননি ঐহাক্না ঐখোয অসি ইন্দিয়ানশিংনা শকখংবীগদবা রাৎলিবা, আইমা শক-খংবীদবা, হুন্দোকপীরবা, তস্বায় ওইবা ইন্দিয়ানি হায়না য়ারেপ তাজরিবা।

মৈতৈশিং অসি মখোয়গী ঈ তিন্নবা ত্রাইবেল মচিন-মনাও-শিংগা খুৎশন্নরগা চীং অমদি তম অনিমক্তা য়াকায়হন্দুনা মখোয়গী শঙম অমদি লমদম ( মণিপুর ) দু কন্নবগীদমক মপুংফানা

পুনশিন্নবগী থাক অমা-মৌরে। ঐখোয়বু কনবীগদবা খীশক অত চংলগা থিরুগদবা নত্তে। ঐখোয়গী অরোইবদা রেংশিনবগী পল খাগৎলোইদবনি। ঐখোয়বু মুৎচপ্রো হায়রক্লবা, ঐখোয়গী পুক্কি থোলবু শীংনরক্লবা মতম অসিদা ঐখোয়না লৌশিংগী মঙাল উগ দবনি অমসুং পুনশিন্নবগী মমল খংগদবনি। মৈতৈশিংনা মখোয় ত্রাইবেল ওইনা হৌরকই, হৌজিক ফাওবা ওইরি হায়বসে খক কাউরোইদপনি। মতম অহুতদা মখোয়না খিংগদবা তুম্নিংকী মঙাল উবা ফংগনি। মৈতৈশিংনা গখোযগী ইন্দিয়াগী মবুংগোশিংবু মখোয়গী য়াইদগী নত্তনা, তৌরকপা থবক্কী চুম্না খঙগদবনি।

## হিংনবা লম্বী অমা

মৈতৈশিংবু ত্রাইবেলগী থাক্তা হৎহল্লগা নত্রগা মখোয় মশামক ত্রাইবেলনি হায়না লাউথোকচরগা অরাং নোংপোক্কী মচিন-মনাও ত্রাইবেলশিংগী মপুং-ঈচেলদা য়াওহল্লগা কনবা ঙমগনি নত্রগা কাশ্মীরদা মুস্লীম মাইনোরিতি লৈবগুম্না মখোয়না মৈতৈনা) হিন্দু মাইনোরিতি ওইরুবগী অথন্নবা স্টেটস অমা ইন্দিয়ান কন্সটি ট্যুসন্না য়াবীরবা অমা নত্রগা অরাং-নোংপোক অসিবু চারুবা খাই-দোক খায়জিন শান্নরিবা পোলিসি অসি থিংজিনশিবগা লোয়নবা ত্রাইবেলশিংবু নন ত্রাইবেলগী থাক্তা থাক্হংশীরগা মৈতৈশিংবু কনবা ঙমগনি।

মৈতৈশিং অসি য়াথল পরিং অমদা ত্রাইবেলনি কায়বদি মৈতৈশিংসি মখোয়বু কোইশিন্দুনা তাবিবা ত্রাইবেলকয়াগী তপুনবা ফুরুপনি নত্রে হায়রগা, ত্রাইবেলশিং অসি ত্রাইবেল ওইবসা এলহৌ-মৈতৈশিংগী চাদা নাংদামি।

মৈতৈশিংগী হৌরকপগী য়ারীদা থিওরী কয়া ফংলে। বভ্রুবাহন অমদি চিত্রাঙ্গদাগী থিওরী, মৈতৈনা থাজনবগী মতুংইন্না

তাইবংমীনা পৃথিবীসিদা অহানবা খুন্দারকপগী কৌক্র, নোংমাইচীং অমসুং কংলাগী থিওরী, মৈতৈশিং অসি চীনাগী করিগুম্বা মফম অমদগী লাকখিধনি হায়বগী থিওরী ( টি, সি হডসনগী লাইরিক 'দ মৈথৈস' ). মৈতৈ পুয়াগী মতুংইন্না ঈশিংনা থুমহনা লৈরগী হান্‌রিবা মণিপুর তম্পাক্কী অকোয়বদা খুন্দারবা ত্রাইবেল কাংলুপশিংনা য়েংশিন য়ানশিন্নখিবদগী মহুগী অপুনবা মহমনা মৈতৈ কুরূপ ওইরকখিবনি হায়বগী থিওরী। করম্বা থিওরীনা চুমনো ঐ হায়বা ঙমদে।

অহুম ওইনমক, ঐগী ব্লাকমদা তাবকপদা ঐ মসিগী য়ানিংদবা ঙমদে, মহৃদি হৌরকফম মক্ক হেন্না হেন্না লুশিন্না থিজিল্লুবদা লোন-লীগী মাময়া, হরাওবা ( ত্রাইবেলগী ) অমসুং লাইহরাওবা কম্বাগী সিম্বোল ( মৈতৈগীনা উমংলাইশিংগীদা ), খম্বা থোইবীগী রারী অমসুং মসিগী পান্নবা রারী-শৈশক অমদি কুম্মেশিং, মোইরাং কংলৈরোনগী রারীশিং অমসুং জগোইশিং মক্ক ওইনা পাথাং পুথাংকোক্কী ওইবা লৈশেম অমদি লৌখাও জগোয়গা কোম্না খম্বা থোইবী জগোয়নচিংবদা ত্রাইবেল ড্রেস অমদি কোকা উচেক মতুমরাংনচিংবা থেৎপা, মৈতৈগী অঙ্কিবা মনাৎ, চৎনলোন, পাখাংকোকা শাগোম্নরক্লবা মচৎশিং অসিনা মৈতৈশিং অসি ত্রাইবেল নত্তনা কনা-অমা- নত্তে হায়বা তাকই। তপচিন্না হায়ররদা, মৈতৈশিংনা মখোয়গী কাংখুল মুৎচনবা মচিন-মনাওশিংদগী থায়দোক্লনবা মরম ইরে লৈতনা মখোয় মশামকপু নন-ত্রাইবেলনি হায়জহনা ত্রাইবেল মচিন মনাওশিংনা য়েংথীহনবা অমদি মখোয়বু তোখায়না থম্বীনবা থৌশিনখদি অশিংবা থবক নত্তে। চিংনদনা হাযনবদা মসি অশোযবা পোলিশি অমনি অমসুং মৈতৈশিংনা ত্রাইবেল মচিন-মনাওশিংগী মেন-খ্রীনদা করিগী য়াওশিল্লোয়দগে হায়বগী মরম ঐ উবা ফংদে।

মৈতৈশিং অসিদি অনিকাংনা মাইনোরিতি ওইবনি। হিন্দু ওইবনা অরাং নোংপোক্কী লোইলম চিদায়দা লৈরিবা নাগাল্যাণ্ড, মিজোরাম, মেঘালয়া মণিপুরনচিংবদা লৈরিবা খৃষ্টান মেজোরিতিগী মরক্তা কৈস্থু লৈরবা মাইনোরিতি অমা ওইববনি। মথোয় ননং রাইবেলনি হায়বসিনসু ত্রাইবেল পোপুলেসনগী মরক্তা মৈতৈশিংসি মাইনোরিতি অমা ওইরবনি হায়বা তাকই। থোইদোক হেন্দোক্না হায়রবদা অরাং-নোংপোক্কী লোয়লমদা মাইনোরিতি হিন্দু ওইরিবা মৈতৈশিং অসিমক্কী মীশিংনা ইন্দিয়াগী মচুংদা থায়দগী তোল্লবা মাইনোরিতি অমুক তাব। অচুম্বা হায়রবা তাববদি মৈতৈদি ইন্দিয়াগী মচুংদা মাইনোরিতিগীসু মাইনোরিতিনি।

মীৎয়েং অসিনগী য়েংবদা, মথোয়না হিন্দু ওইরুবা অমদি ইন্দিয়ান ইউনিয়নদা য়াংক্রদগী দবল মাইনোরিতিগী চৈফু নংলবা মৈতৈবু মথোয়গী মমুন লমদমদা ফি চনবগী খুদোং থকিগীদমক্তা শীবোইদোরিবনো হায়নসি শাথীনা অংকপনি। বাস্মীরগুম্বনদি অতোপ্পা মাইনোরিতিশিংগীদমক অথম্বা স্টেটস ফাওবা য়াংনা ঙাকপী শেনবীনবা লাক্লবগা মণিপুরগী হিন্দু মাইনোরিতিবুদি থাক-শেনবীবগী মতাংদা ইন্দিয়ানা থঞ্জানবিবা অসিগী অবোনবা অহু নদোম্না হায়বীবা ঙমব্রা? ইন্দিয়াসি এক্তি হিন্দু ওইরব্রা? নত্রগা মৈতৈশিং অসি শরণথবীদ্রবা, হন্দোকপীরবা নত্রগা আইম. য়াদ্রবা হিন্দুবা? অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু, মণিপুরদা হিন্দুইজম নত্রগা হিন্দু ধর্ম্মবু হাংপদি ইন্দিয়ানি, অমসুং মসিগী ফলনি মৈতৈশিংগী মপানা তাজবা লালহৌনি। -

# অশেংববু য়াৎবা

## এডমিসন ওফ রেয়েন্সটি

মৈতৈনা মখোয়গী থায়দোকপগী ( Division ) ইতিহাস নত্রগা অশেংবা মশক য়াগদবনি মতুদি মখোয়বু চৈংগী নত্রগা ত্রাই-বেল মচিন-মনাওশিংদগী তোখায় তানবা থায়দোকপীবগী নত্তে মখোয় মশেল মরক্কসু ধর্ম্মগী, রাজনিতিগী, শেল-থুমগী খুনাইগী অমুম্মা তোঙান তোঙানবা মচু কয়াগী মখাদা থাইদোকপীরে।

তোঙান তোঙানবা রাজনিতিগী রাখল্লোনশিংনা থায়দোক্ল-রিবা অহুমু থমলগা, ধর্ম্মগী অমদি খুনাইগী মচা থাননা য়েংবা মিৎ-য়েংদগী ( এনালাইশিশ ), তোঙান-তোঙানবা শক্তম অনদি মচৎ তাক্লিবা মৈতৈ মথল অহুম লৈ। মখোয়সু দি ( ক ) মৈতৈশিংগী অপুনবা মীহুৎ অমদি মেজোরিতি ওইরিবা হিন্দু মৈতৈশিং, ( খ ) মণিপুরদা হিন্দুইজমবু শীংনরক্লিবা, হিন্দু নত্তবা, রিভাইবেলিস্ট মৈতৈশিং, মীশিংদা যামজদ্রবসু অহানবগী অসিগী হেন্না মপাঙ্গল কনবা মবা চেৎপা কাংলুপনি। হিন্দু নত্তবা মৈতৈশিং অসিনা মাই পাক্লকপগী মরমদি মখোয়গী মীহুত্তি অনৌবা নহাক্লোলশিংনি হিন্দু মৈতৈশিংগী। মীহুৎ ওইরিবা অহল্লোনশিংনা মখোয়গী মায়োক্পা মাই পাক্লোইদবা লান অমা থেঙনরি মবমদি ইন্দিয়া অমসুং মাগী মুচিংবশিংনা মনিপুরদা হিন্দু ধর্ম্মবু মাংহৌননা নমথাক তৌবী-রবনি।

( গ ) খৃষ্টান-মৈতৈ : - মখোয়দি অয়াম্বনা লায়রবা থবক ফংদবা লাইরিক হৈবশিং অমদি লোয়শিং অসিনি। লোয়শিং অসি হিন্দু ধর্ম্মনা মণিপুরদা শাৎকায়রকপা মতমদা মৈতৈনা হিন্দু জাৎতা ওনবগী অচুম অরানবু খীগৎলুবা অমদি হিন্দু ধর্ম্মবু কোংনা শীংনরক্ল-বদগী শোক্ল-শয়হৈদবা হন্দোকখাক ওইনা মিংদা হীৎহনবীরবা শোক্লহৈদবা হন্দোকখাক কাংবুনি। মসিমদি হায়নৈ মতুদি লোয়শিং

অসি মৈতৈগী অশেংবা লাইনিং অমদি শক্তমবু য়োক্নুনা থমলিবা অশেংবা মৈতৈশিংনী।

মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুস্লীমীশিং) মৈতৈ কৌবা য়াই অমসুং মশীং থাবা য়াই। মৈতৈ হায়বসি লৌথোক্লগা মখোয়বু মুস্লীমদং হায়বদি লানগনী। মরমদি মখোয়গী ধর্মদি মুস্লীমগী ওইরবসু লোন অমদি পুক্নি মরোলদা মখোয় মৈতৈনী। মখোয়বু মৈতৈ পাঙল হায়না খঙনরিবসিনা তাকপদি মখোয় মৈতৈনী হায়বনি।

খোয়দোক হেন্দোক্লা পীক্লবা মণিপুর অসিদগী হেন্না অচৌ অাংোম্বা মমুম লৈক্তরবা, লমদম অসিগী অরা মুঙাই শরুক য়াদিবা মী কা নুপনি মখোয়। মতাং খবদা, মৈতৈ পাঙলশিংসি মৈতৈশিংদগী হেন্না মৈতৈ ওই।

মসিনা য়াদনিঙাই লৈত্রগা রাফম্নি মহুদি মৈতৈবু অসুন্না থাম্নদোক খাইজিন্দ থৌগা অসিনা মৈতৈগী অতেক-অকায় মথক্তা ... সম্রাজ্য শাগৎনিংবা (মৈতৈবু) য়েংথীবা মখোয় অহুগী পুক্নি, সুও ... । অশেংবদি মৈতৈশিংনা পুনশিন্নবা হাযবসি যায়মক তঙাইফদবা অমনি। অতুম ওইনমক, ঐখোযনা ঐখোযগী অকোন... ... .তাখায তানবগী অমদি য়েংথিনবগী খুংশেনগী গলশিং অসি মাইশাক্লা থুগাইহনসু, অপুনবা হকচাং অমা ওইনা লেপ্তুনসু ঐখো ... মৌবা ঙমদ্রি। মৈতৈশিংনা খঙবা তাই মহুদি মখোয়গী ত্রাইবেল মচিন মনাওশিং য়াওদনা মখোয়শি শোয়নাইরবা ... পানবা মখোয়গী মখোংতনা মরোমুদোম লেপচবা ঙম্নরোইদবনী। মরম অসিনা, মৈতৈশিংনা তঙাইফদনা য়াগা তাই মহুদি মখোয় ত্রাইবেল কাংলুপ অমনি অহুগা ত্রাইবেলশিংসু মখোযনি।

ইতিহাসকী রাফম অসি (হেক) খঙত্রবদা তোঙান তোঙানবা মিং, থাজনবী, শক-চু অমদি থৌইনশিন কয়ানা শমজি থায়নহন্নবা

মৈতৈ অমসুং মাগী ত্রাইবেল মচিন-মনাওশিংনা মখোয়গী মরমদম মক্তদা হিংজনবগী তাঞ্জা শোয়দনা নাম্বোকখিগনী। মরম অসিমক্তা, ঐখোয় পুম্বা তঙাইফদনা অশেংবা পম্ববা য়াত্রবা য়াকমশিংসি খল্লুনা পুনশিন্নগদবনি। অতোপ্পনা ঐখোয়বু শায়গোৎ ওইহনখি· রোইদবনি। অশি-অচংগী চিবা পুংফম অসিদা ঐখোয়গী ইমা লৈবাকপু কয়বগীদমক ঐখোয়গী পুনশিন্নবা য়াখল চুংশিন্নবা অমদি য়ুংশিনবসু পুরক্কবা অফংবা উপায় থীগদবনি।

"চীংমী, তম্মী, হায়বা য়াহৈশিংসগী মরিং মরাংবা—নাগা চীক  
মিনিষ্টরশিং অমদি অতৈ ত্রাইবেল খমদোং য়াইতো'বশিং  
অসি কয়ামুক য়াম্বা শোক্ক শম্নহৈদবা ত্রাইবেললনো।  
নত্রগা চীংমীনো—অত্তুগা মহাক্তা মৈতৈ ওইরবদি  
চাক্লিবা অমসু কয়ামুক নন-ত্রাইবেল  
মত্রগা তম্মী ওইনা শোক্ক শম্নবা  
য়াবা অরাংবা থাক্তা  
লৈবনো।"

মৈহৌরোল অমদি পুরারীনা খঙহল্লি মতুদি মৈতৈশিং অসি চীংদগী হৌবকপনি অত্তুগা তমদা খুন্দা-লৈতাখিবনি। ঐখোযগী পুযাগী মতুংইমা, চহি লিশিং কযা মৈতৈশিংনা লৈরক্কবা মণিপুব তম্পাক অসি ঈশিংনা খুমহুনা লৈরম্মী। মতম অত্তুদা ঈশিংনা খুমলবা তম্পাক্তা কনানসু লৈবা ঙমলোইদবনিনা মৈতৈশিংনা অকোয়বদা লৈবা চীংশিংদা খুন্দাহুনা লৈখিবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈখিদে হায়বসে মশানা ভাজবা য়াফম্নি। মরম অসিনা মৈতৈশিং অসি চীংগী মীনি হায়বদি ত্রাইবেলনি হায়বা য়াফম অসিদগী নাম্বোক্তুনা চেনবা ঙমলোই। মৈহৌরোলগী য়াকমশিংবু কক্লিংঙাই থিওরী লৈতে। অত্তুবু নিংশিংহুনা মখোয়গী হৌরককমবু কাউন্ট উরাই হক্তুনা মৈতৈশিংনা ঙসি ফাওবা চহি খুদিংগী শেংলবা

কৌক্র অমদি নোংমাইজিং চীংশিংদা লাইখুরক্‌খা বাই। হৌজিক ফাওবা ঐখোয়গী হায়নবা অমা লৈরি — "কৌক্র চীংনা লেপ্লুনি।"

অহুনা মৈতৈশিং অসি চাউখৎপদা খুনাং চাউশিল্লমলবসু মণিপুর অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা ট্রাইবেলশিংগুম্বা ট্রাইবেলনি হায়না খাবোইশিন পীদবা ঙমদে। অমুক্তা হন্না হায়ববদা, পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরুনা মাগী ফাওবা লাইরিক 'দ ডিসকোভেরী ওফ ইণ্ডিয়া' দা লোন কয়ামরুম লৈ, অতুবু ইন্দো বর্মা বোর্দরগী লোনশিং অসিদি ট্রাইবেল দাইলেক্তস ওাক্তনি হায়না ইরম্বা রাক্তন সিবু চেৎশিলহল্লি। অদুগা, মৈতৈশিংবু অখন্নবা থওনরিবা, মহুগী—দমকসু চাউথোকচবিবা 'তম্মী" হায়বা রাহৈসি মখিং মরাংই যুমফম লৈতে, থয়াইনৈ. মৱম চাদে থোইনশিন য়াওই। অসুয়া শেবান্নবা শেনজিন শাক্তিনথ্রবা রাহায অসিনা নৈতৈনা হৌফম অমদি ঈ-তিন্নবা ট্রাইবেল মচিন মনাওশিংগী মপুং ঈচেলদা তিঙ্গগে তৌবদা অমদি মৈতৈনা ট্রাইবেল ওইজগদবদা লৎনথোং খীংবিবনি। মৈতৈবু তোঙান্না থাবদোকপীবা অমসুং মুংচখিনবগী চৈথু নংহল্লবা যান্না চক্রি লৈরবা রাজনীতিগী অক্তা হোৎলবা "হীল ওতোনোমী ওফ মণিপুর" অসি ইন্দিয়ানা লাউথোকপগা লোয়ননা মৈতৈশিংবু ল্লৎনবীববা মীওম থম্মীখ্রিবসি রাহায় (তম্মী) অসিগী মমলনি।

পাংথোংগুম থোক্লিবনা, হীল ওতোনোমী লাউথোকপা অসি মনিংতা ওইনা ট্রাইবেল মাইনোরিতিবু ঙাকশেনবা ওইনা তশেংব-মক্তি মণিপুরদা নাগা অমদি মিজো লালহৌবশিংগী ঈরাংসি লোইশিল্লনবা থেনজিনবগী পোলিসি ওইনা শিজিন্নরকখিবনি। মসি মৈতৈসু স্নেংনক্লিঙাই লৈতনা ট্রাইবেল মীওইশিংগী থাদোক-ফত্রবা শরুক ভুম্রনি হায়বা রাকম অসি থওইদনা থরতগী ইণ্টরেষ্ট ঙেংহুনা লাউথোকখিবনি।

অদু ওইরবদি মৈতৈশিংবু নন-ট্রাইবেলনি হায়হুনা করিগী মিংথোল পীবীরম্মীবনো? মথোয়বু মুথৎখিনবরা? অদু ওইরবদি,

মরম করিগী ? ঐখোয়না হিন্দু ওইরম্বগীরা ? ঐখোয়না ইন্দিয়ান ইউনিয়ন য়াউরম্বগীরা ? ইন্দিয়া অমসুং মাগী লুচিংবশিংদা ঐখোয়না কোক নোক্লকবগীরা ? নত্রগা ঐখোয়না নাগা নত্রগা মিজোশিংগুম্না ইন্দিয়াদগী তোকচরগে হায়দুনা ভৌরুদবগীবা ? মসিনি মৈতৈশিংনা হংদুনতা লৈরিবয় মসিনি। অদুমকপু, মসিমদি চিংনিংভাই লৈত্রে মহুদি ঐখোয়গী লুচিংবশিং অমসুং অতৈদগীদি ইন্দিয়াগী লুচিংবশিং অমসুং মখোযগী পাউখুম্না অচুম্বদা হেন্না নকশিল্লে।

হৌজিক্তি ঐগী রাফমদা তারকপদা, মৈতৈশিংসি চীংদগী হৌবকপনি অমসুং মণিপুরগী লৈতেম মায়গা শম্পাকলম অসিদা খুন্দাখিবনি হায়বসি খাইনা য়ানবে। থৌওং অসি হুজিক হুজিক ত্রাইবেল ইচিন ইনাওশিংনা চখবি। মখোয় ভাযাম্বা ইচম চয়া মতম অমগী "চীংমী" ওইরম্বী ভদুবু অশেংবদি মখোয অম্মীনি হায়নবিবা মৈতৈশিংদগী য়াম্না হেন্না 'তম' গী ওইরবা অশেং অশেং-লবা তুংকোইনা ওইরগদবা অম্মীনি। অসি চিংনিংভাই লৈত্রবনি মহুদি ; ঐখোয়গী ইকাইখুম্নরবা চীফ মিনিষ্টর বিশাং কৈশিং অসি অম্পাক্পা অমদি অতৈ মফমদা লম লাচং অমা লৈজদবা মৈতৈশিং অহুদগীদি চাম্বরক হেন্না 'তম-মী' ঐরে। মশাক অমসুং মহাকী লালোয়শিংনা মখোয় চীংমীদি লম্মী নাত্তে ক্লেম তৌগনা অম্নম লৈবা ভাববদি মখোয়দা মকিংশ্রা মদাল্ল খবা লৈবে হায়না ঐনা শোয়দনা থাজে। ইন্দিযান লোক্তীগকী মতুংইন্না নাগা, মিজো, ত্রাইবেল নত্রগা হায়নবিবা 'চীংমী' কাযবত্ত ওইরিবা চীফ মিনি-ষ্টরশিং অচৌবা ঠিকাদারশিং, অচৌবা ওফিসিয়েলশিংনা মখুত্তা শক্তি অমদি পৈশা পাইবতা নত্তনা মণিপুর তম্পাক্তসু লম কয়াগী মপু ওইরিবা মখোয়দি ত্রাইবেলনী, তম্বা থাক্তি শোক্ল শাংদৈদবগি কায়রগা লম-লৈভদবা মৈতৈ অমবুদি থাক রাংনা নন ত্রাইবেল শোক্ল শায়বা য়াবা ওইনা করিগী খনবীগদৌবিবনো ? খক্ষোই

শেংনা হায়জরবদা, ইন্দিয়াগী লোজীগ অসিদা ঐদি লোজীগ অমত্তা উদে, অহোইনহুম লোজীগ অহুগী রাথী রারেমগী মচংনি।

অবোয়বা ওইনা মচা খায়না য়েংবদা মণিপুরদা চীংগী হায়বা অমা তম্বী হায়বা অমা লৈতে। ( চীংমী হায়রগা রাইবেন, তম্বী হায়বগা মৈতৈ। ) অহনা "হীল ওতোনোবী" থিংবী অসি ফনসু য়ান্না আইনগী থোংদা য়াসহু, রাথীগী রাথীনী, রাথীগী মচংনি।

মরম অসিনা ঐখোয়না ঐখোয়গী তাংলবা অপুনবা শক্তমগী দমক য়ুম্ফম য়াওদবা, মীচং মীখায় নাইবা "চীংমী অমদি তম্বী" হায়বা রাকাবশিং অসি মরা লৌরোইদবনী; রাইহেশিং অসিনা ঐখোয়গী অকোয়বদা তোখায় তানবগী লৈফল খাগৎনবর্ গী মরুনি। মরমদি তমগী মীনি হায়রীবা লৈতেসু চংশেংনমক চীংগী পুন হোংলকখিবনি অহুগা চাংমীনি হায়বিবশিং অসিসু তন্দা খুন্দাখিবগা নত্তনা তম্পাক অসিবু মণিপুর অসিবুসু লৈংাক্তুনা লৈরি। তশেংবদি, ঐখোয় হৌনকয়ম অমতুদগী নম খমত্তদগী লাকমিন্নবা ঈ অমসুং তোংশা অনিমক্তা এইরকখিবা মবুং মপা অমসুং মচন মচেশিংনি।

ঐখোয়না ওইরবা অমদি অহোঙ্গনা খুদোং চাংনবগীদমক্তা ঐখোয়বু শারা খারা শাহল্লগদ্ ঐখোয়বনা খংলে। ঐখোয়না মসিমসু খংলে মহুদি, ঐখোয় অসি ঈ ফয়াগী লুচিংবশিংনা তোঞান তোঞানবা উৎপাৎ অমদি লাংলৌ কয়াগী উপায়না মীৎয়েং পাকহৌদনা হনখিবা ঐখোয় মশেল মতক্ত কাশি হৌরকখিবা পাম্বী—মণিপুর পুম্বগী মীওইশিং অহুনি। লাক্কদবা ফুমিৎশিংদা ঐখোয়বু খায়দোক খায়জিন তৌবীরদনবা ইশাবু থাক শেনবগী লোয়নননা মখোয়বু অমুক কুপ্না য়েংবা তাই।

মায় পাক্তে হায়রবদি পুনশিন্নবা তাই, চুন্নগী পুনশিন্নবা হায়বগী অপুনবা নত্তে। থবকী অশেংবা মঙৎ তানবা পুনশিন্নবা

অহুনি। ঐখোয়না পুম্না লেপলিজৈদবু কনাগত্তনা ঐখোয়বু খোড ককথৎতুনা তুইনবা ঙমলোয। মসিগী থমনুং লৈপাক্কী মহুত্তা লায়রমলেন চৎননবা লমাংনি। নং নশা নতোমতা মুংশিজরকপা মতমদা নংগী ইচিল ইনাও অমদি ইচল ইচেশিংবুসু মুংশিরকপা ত্তবনি। নংনা মালেমসিদা লৈরিবসি নতোমতগী মুভাইনবা নত্তে অতোপ্পবুসু মুভাইহনবা তাবনি। পুনশিনবা ( অপুনবা ) হায়বসিনা অপিগুম্বা মুংশিবা অমদি ব্রাথল পনিংবু তাক্লি। মসিদি ঐখোয় পুম্বগী থাদোকফত্রবা পুন্সিনি। মসিবু মাংখিদ্রদা মণিপুরগী মীশিং মপুং ফানা কাংখুল মুৎথিনবগী লম্বী হাংলে। করম্বা নমলনো শীরগা ইমা মণিপুরদি ঐখোয়না কনবা তাই। করিগুম্বা উপায়না ঐখোয়না ঐখোয়গী ইমা মণিপুরবুদি কনবা তাই।

## চুম্মী থওদে লাল্লি থওদে, ত্রাইবেলনি হায়না লাউথোক-পীত্রবদি মৈতৈশিংদি ইন্দিয়াদা হিংননবা ফীদা ফংদে।

আই, এ, এস—আই, পী, এস—আই, এফ, এস অমদি কৈরাক মতোন লোয়া কারবা ওফিসারশিং অসি মখোয়গী হুজিক লৈরিবা ফীভম, শেল-থুমগী থাক অমদি রাজনীতিগী পোনিংত্তা মৈতৈশিংদগী কাহেম্না মাংফিন থাববা নাগাশিং, মিজোশিং, খাসীশিং নত্রগা অহোমশিং অসি করিগুম্বা ফীভমদা ত্রাইবেলনি হায়না খনবা ঙসক্লোই। মখোয়না মমিং তাংহনা মকোক নোল্লুবগী অমদি পঙজকবগী সমল পীবা তাক্লিবা মৈতৈশিংদগীদি মখোয়না কা হেন্না নন-ত্রাইবেল ওইরিবনি।

ঐহাক্না মৈতৈশিং অসি কুয়ামুক য়াম্না অমদি য়ামদ্রনা ত্রাইবেল ওইরনো হায়বসি ঙমজবমখৈ হোৎনজখ্রে অহুবু ঐনা হোৎনজবদা চমান্না থোক্লিবনা মৈতৈদি মানা ইন্দিয়ান ইউনিয়ন মাপক্লিংদা

লৈকু-লৈবাই অমদি থাং তাগী খুনায় অমদগী কা-হেন্না লাঙ্গা ফংত্রবা মাংজিল থাববা খুনায় অমদা মাংজিন থাহনা লৈরম্লে।

ইতিহাসনা য়াহৌভদগী মৈতৈদি ফুরুপ অমা ওইহনা লৈরম্মী। মখোয় চাইনীজশিংগা, বর্মীজশিংগা, বৃটিশশিংগা লান শোক্লখি :-মণিপুর হায়না কোন্না খঙনবকখিবা মৈতৈ লৈবাক; মৈতৈগী লমদম অসিগুম্বনি। অচুম্বা ইতিহাসকী থৌদোকশিং অসিবু কনাগুম্বা অমত্তনা লেনখাক্তনা হান্না উহন্নবগী মতিক লৈতে।

মৈতৈশিং অসি শলাই হাবনা খঙনবা কাংলুপ অমংকী অপুনবনি। ( Body ) মখোয় অহুদি :-মঙাং, লুয়াং, খুমন, অঙোম, মোইবাং, খাবানবা-অসিদি চেংলৈ অসিনচিংবা মখাম অসিনা ছজিবফাওবা মৈতৈ খুনায়গী মশক তাক্লি। শলাই অমং অসিগী মহুংদগী শলাই অমনা মহাক্কা শলাইগী পা নত্রগা পীবু মুম্বাম্নবা য়াদে লেমহৌবিবা তরুক অহুগী মহুংদগী অপাম্বদি য়াই। মসিগী পান্দনদি ( শোইফদ্রবা ) অচায়ফদবা মৈতৈগী চৎনলোন ওইনা মখোয় মশেল চানৌ লৌবীনচনা ফুরুপ ( Nation ) অমা শেম্নবা মৈতৈগী লোন-দি, খুন্নাইবোলনি। মসিনি মৈতৈ খুনায়না করম্না হৌগৎলকখিবা অমসুং চাউখৎলকখিবা। মৈতৈদি ছজিকফাওবা লুহোং-কৈথোংবদা পাখাং পুথাংগা খুনায়গোল অসি চৎনরি। মরম অসিননি মৈতৈ ইমুং মবি খুদিং মবী খোক্লদবা য়াওরমলোই। রাখললোন অসিদা মৈতৈশিং অসি পুম্না যেংবদা অচৌবা ইমুং অমগী মীগুম্বা ওাক্তনি।

অহুম ওইনমক, মৈতৈশিংনা মখোয়গী খুনায়বু ফনা চাওখৎপা থাক্তা থমজরবসু মখোয়না ত্রাইবেল ওইরম্বগী মনাংতি থাদোকপা লৈত্রি। ঐখোয়না ফংলিবদি মৈতৈগী উমং-লাই হবাওবদা ত্রাই-বেলগীগুম্বা "কাই" হায়না খুদম উৎপা, মীয়াম্না পাম্নবা পেনা

হায়রিবা ঈশৈগী যন্ত্র অসি পৃথিবীগী মফম অতৈদা ফংদে । ), খুলং ঈশৈ ( মৈতৈতগী ওইবা ঈশৈ ); লুহোংবদা লৈকম ফী ( হায়রিবা ফীসি য়াওদবা য়াদবা ) অসিনচিংবা। মসিনা তাকপদি মৈতৈনা নাওযোম অমত্তদগী হৌরকখিবা ত্রাইবেল মচিন-মনাওশিংগা পুনশিন্ননিংহনা মখোয় ত্রাইবেল ওইবম্বী হাযবসিগী খুদম ঙসি ফাওবা থমলি।

ইন্দিয়ানা মখোয়বু চুম্বী খণ্ডদে লাল্লি খণ্ডদে, মৈতৈবু ত্রাইবেলনি হায়না লাউখোক্রুবদি, পৃথিবীদা থাইদগী চাউখৎলবা জাতি ওইরম্বা মৈতৈশিংনা ইন্দিয়াদা মখোয়গী শক্তম কঞ্জনবা অমদি হিংজনবা পাম্বৈ অমা উদ্রিবসি ইতিহাসকী পাখোং অমবা ?

মখোয়দদি ত্রাইবেল ওইবা নত্রগা ওইদবদগীদি হিংবা হায়বসিনা অহানবা মরুনি। মসিদগী হেন্না চুম্বা ৱাফোংদোক অমা লৈত্রে। অমত্তা ভায়রবা পাম্বৈ ওইনা অৱাং নোংপোক অমদি ইন্দিযাগী হোংলক্রিবা ফীভম অসিদা মৈতৈগী হিংনবা লম্বী অমদি অমত্তা ভায়রবা পোলিসি ওইনা মৈতৈশিংবু ত্রাইবেলনী হায়না লাউখোকপীগদবনি।

মরেক্কীদি, মৈতৈশিংদি ইজং অমসু ইকাইখুম্নববু ঙাকচবা মী বাংলুপনি। মখোযবু ত্রাইবেলনি হায়না হায়রুবদা মখোয়গী খুনায়গী অনদি ইতিহাসকী বেকগ্রাউন্দ থম্লুবদগী শাওবকপা য়াঃ। তদুমকপু মৈতৈগী অশোয়বম্ব কদাইদা লৈবগে তাকপদা ঐদি চিংনবা পোক্কে মম্বদি মৈতৈদি মখোয়গী নাগা, মিজো, খাসী, অহোম অমদি অৱাং নোংপোকী মচিন-মনাওশিংদি ত্রাইবেল ওইনা অম্বুক্ক লৈরি মসিনা মখোয়গী তেমথেং হেনগৎলক্লিবা মাইকৈ খুদিংদগী লাকপা শাকু কয়াদগী অশেংবা মচৎ অমসুং শক্তম্পু ইন্দিয়াগী মসুংদা কন্দুনা থম্নবগী অমত্তা ভায়রবা উপায় ওইবি। মৈতৈশিংগুম্না মখোয় অমুক হন্না ত্রাইবেল নত্তে। মখোয়গী খুনায় মতিক

চানা চাউথংলবনি অমসুং ওইরিবা লৈভাক্লোনগী অনসুং শেল থুমগী ফীভমদি নন-ত্রাইবেলনি হায়রিবা মৈতৈশিংদগী হেন্নহুম ফরি মখোযবু খুদোং চানবগীদমক ত্রাইবেল হায়রবনি। মৈতৈনা রাফম অসিগী মঙাল উগদবনি।

মরম অসিনা, ইন্দিয়াদা মনিপুরনা ওইরিবা ফীভম খন্নহনা মৈতৈশিংগী হিংননবগীদমক্তা মৈতৈগী হৌখিবা অমসুং ওইরিবা য়েংলগা ত্রাইবেললিজম অসিগী হৌরকফম থিগত্তবা ঙমজে। ঐগী রাখলদি মৈতৈগী হিংববু শিঙনবিবা কম্নাসিদগী মৈতৈবু কবন্না কনগদগে হায়বসিনি।

"ঐখোয়না অপুনবা ইন্দিয়াদা য়াওব্রকবগা ইন্দিয়ানাইজেসনগা কোলোনাইজেসনগা থুংলাই পায়বা অমদি অতৈ লালহৌ কম্নাগা থুং-শন্নহনা লাকখিবনি।"

# "মৈতৈ নহারোলশিংনা করিদা পান্দমদ্রিবনো"

ঐখোয়গী নহারোলশিংনা মখোয়গী মমল য়ানলবা মপুরিবু করিগী মাংহল্লীবনো? পাউথুন অহু ইরায় লায়। ইন্দিয়া অমসুং অরাং নোংপোক্কী হোংলক্লিবা ফীভমশিংদা মখোয়না খঙই মহুদি মখোয়গী মচিন মনাওশিং নাগা অমদি মীজোশিংনা মখোয়গী নাগা-লেন্দ অমসুং মীজোরাম কৌবা ( রাম হায়বদি লম কৌই। ) ময়ুম লমদমশিং মাই পাক্না শাগৎপা ঙমলগা, মৈতৈ নহারোলশিংনা মর্জরগী মিংনা ইন্দিয়ান এনেকসেসন হায়না কৌবা অক্টোবর ১৫, ১৯৪৯ মণিপুর মর্জর এক্টকী মতুংইন্না হিন্দুগী ধর্ম অমদি ইন্দিয়াগী মপুং ঈচেলদা য়াওক্লিন্ডৈগী মণিপুরগী মিং মৈতৈ লৈপাক কৌরবা অমদি মৈতৈনা মাগী হৌরকফম মাংখিবা অসি নহারোলশিংনা খঙই।

মপুংফাবা য়াই নত্রগা ফাদবা য়াই ঐখোয়গী নহারোলশিংনা মৈতৈশিংগী মমা-লৈবাক অমা ইন্দিয়াগী মনুংদা নত্রগা মপান্দা থম্লনবা মঙ মঙবা হৌখি। হৌজিক্কী ইন্দিয়াগী লমদা মখোয়গী ময়ুম লমদম অমা শাগৎপা ঙমত্রবদি মখোয়গী মাংথ্রবা কবো ঙেলীবু মখোয়দা হঙ্গিহল্লগা মচু (মমা লৈবাক) শাগৎপা পামই। "ঐখোয়-না এস্তি-ইন্দিয়া ওইরবদি মখোযদি এস্তি মৈতৈ নত্রা" হায়বসি মখোযগী খঙনববা হায়নরানি।

থৌনা লৈনা অমদি ঈচং থৌনা ঐখোয়গী নহারোলশিংনা থাজ মহুদি মৈতৈগী মীশিংবু শুগ্য ফানবা হয়হনখিবা মৈলেংবু মরৈবাক্কী তাম্বোকখিবা অমদি তোঃচানবা মফমশিংদা চাংখোক হনখিবা 'চহি তবেৎ খুন্দাকপা" দগী হেন্না শাখিবা লান অমদা লাঞ্জংলি। মখোযনা মুংলমগদবগী কনবীখিবা গম্ভীরসিং অমদি নবসিংগী লমজিং মখাদা থৌনা লৈনা শোক্লখিবা শাংবা গোবিলা লালোং অমদা লান্দারক্লিবা কল্লবা বর্মীজশিংবু মাইথিবা পীখিবনি হায়বসিনদি খঙজিনবা।

হৌজিক ওইরিবা খুন্দাকপা হসিনা ববিগী হেন্না শাখিবা ওইবিবনো? ঐখোযগী নহারোলশিংনা খঙই মহুদি মখোয় হিংচাবা অনিগা মাযাক য়ারি। মখোয় ইন্দিযাগী মায়োক যাবিড়েদা মখোয বর্মীজশিংগী চৈথেংদগীসু নাম্বোবপা ঙমলোই।

ময়েক্কীদি, মখোয়বু লমজিং পীননবা অমদি মতম চানা কনবী নবা; গম্ভীরসিংহ অমা নবসিংহ অমা মৈতৈশিংনা থীবি। নত্রবদি, মখোয অমুক লৈররোই। মসিনি ঐখোয়গী নহারোলশিংনা থাজ রিবা। মখোযগী রাফমদি মসিনি মহুদি মখোযগী অহানবা পান্দম অমদি ফীদমদি মিনিংফুল ওইবা ময়ুমলমদম অমগী দরকার লৈরবা মখোয়গী মীওইশিংগী পুন্সি, অশেংবা শক্তম অমসুং ইজৎ কনবনি। অরানবা রাকৎ অমা থাঙ্গৎলক্লি মহুদি মখোয়গী মচিন-মনাওশিং

অমদি মীওইশিংগী য়াইকনবগীদমক্তা মখোয় মশাগী থম্বদনা মখোয়বু শেরাম্লনা লমজিংহনা মপুন্সি কখোকহনবনি হায়বা বাকৎ অসি জ্ঞান তারবা মীওই খুদিংমক্না, মক্তগইনা মৈতৈ মরৈবাকনিংবশিংনা তরায়া ওকই অমসুং থাগৎলি।

ঐখোয়গী নহাবোগশিংনা কুইনা হোৎনয়গা মায়পাক্লা ময়ুম লিংবা ভমখিবা ইজ্রেলগী মীশিংগী খোল্লাওবু খুদম ওইহনা তাকই। মখোয়গী মনিংতম্বা মমা-লৈবাক অমা শাগৎনবা ইজ্রেলগী মীশিংদগী তমজগদবনি হায়না মখোয়না থল্লি। ইজ্রেলগী মীশিংগী মতৌগুম য়েলহৌ মতমদা ৈতৈসু পৃথিবীগী মফম কয়াদা চোইনা লৈরম্মী। মরম অসিনা মখোয় মমা-লৈবাক লৈজদবগী চৈথু নংলবা মীওইশিং ওইখি। মখোয় মপাঙ্গল কল্লহন্নবা মখোয় হিংবা তাবনি। অহুমকপু, মখোয়গী ময়ুমু অমুকহন্না হজ্জিনবনা অচুম্বা পাউখুমদি ময়ুম্ন অমুকহন্না হজ্জিনজবনি।

জেলগী ফক্লাং মরিনা কোইশিল্লুনা ঐবু ঐগী খোংয়ুরোইশিংদগী তোঙামা লৈহল্লে থংবা য়াই। অহুম ওইহনসু ঐওোন্দা মখোয়গী মিহুল ফাওই। ঐনা মফমসিদা শিরবদি ঐনা ঐগী মীশিংগীদমক অমদি ইমালৈবাকীদমক, ঐগী মীশিংবু পোলোই য়ৌনা পুবা ভমজরে অমদি ঐনা লেপচরিবা মরম অসিগীদমক ঐগী পুন্সি কখোকচবা ভমজরে থন্দুনা ঐহাক চাউখোকচগনি।

## নাগা অমদি মিজোশিংদগী মৈতৈশিংনা ক’র পান্না তম’নংঙাই লৈ ?

অরাং-নোংপোক্তা নৌনা মপোক তমলবা নাগাশিং অমদি মিজোশিংগী ময়ুমশিং নাগালেন্দ অমসুং মিজোরাম লৈরে। চৈরক-সিদা মৈতৈশিংদি, লাম্বা ফংখিত্রবা মতমদগী হৌনা মনিং মখা তম্বা

মঙ্গুম লমদম অমা লৈজরমলবস্থু ( নাগাশিং অমদি মিজোশিংগীদি লৈরম্বা নত্তে ) মখোয়গী মঙ্গুম মাংশিল্লক্লি।

ইন্দিয়ামক্তদা মখোয়গী ফংকম থোক্রবা মঙ্গুম, ডেমোক্রেটিক ইউনিয়ন অমগী অমদি মখোয়গী মমালৈবাক মাংহন্নিংলমগনি হায়বগী মরম চাবা অহু ঐনা উখা ওমদে। পুকচেল চাউবা অমদি লিব- রেলিজমগী মিংদা মখোয়না মশাগী অশেংবা শক্তম অমদি লমদমু মশানা য়ানা করিগীদমক মাংহল্লগদৌরিবনো ?

মৈতৈশিংদি খ্বাইদগী পঙবা মীনি, অপঙবশিংগীস্থু অপঙবনি। মখোয়গী শাশিন্নবা মঙ্গুমলমদম ( মণিপুর ) মক্তদা রিশাং কৈশিং কৌবা নাগা খৃষ্টান অমনা চীফ মিনিষ্টর ওইহুনা লৈপাক ভাক্লি অমসুং স্টেট অসি সেন্তরনা চীলহায়দা লাইরিক ইহনবগুম ( dictation ) লৈবাক ভাক্লি। মখোয় মশামক অমাঙশঙগী হন ওইব ক্লফাওবা অসুম পেম্বোকপা তম্বনা মৈতৈশিংগীদি হেন্না ফরগনি।

অসিমা হায়নবি মহুদি ইন্দিযাগী মহুংদা নত্রগা মপান্দা মখোয়না মনিংতম্বা মৈতৈগী লম অমগীদমক লাঙ্গং অমদি দাবী অম; তৌত্রিমখৈ, অয়াং নোংপোক্কী মচিন-মনাও ওইম্নিবা অমদি অপুনবা অসি খণ্ডবগা লোয়ননা অফা অপুন্নবা রাহম্বোক লৈবা মমালৈবাক অমগী মুভাইজবহু ফংত্রিবমখৈ মৈতৈগী সমস্যা অসি লোয়শিনবা ঙমলোয়। য়ামত্রবদা মতাং অসিদদি মৈতৈশিংনা নাগা অমদি মিজোশিংদগী তমজগদবনি। মৈতৈশিংগী অমক্তা ভাইববা উপায় হায়বু মবম অসিনা মৈতৈশিংগী লম অমনী।

## ইন্দিয়া অমসুং মাণী লুচিংবশিংনা ইতিহাসকী পাথোং চল্লি।

ঐঙোন্দা অমসুং ঐগী মীশিংদা ইন্দিয়া সরকারনা চংলিবা শাজং অসি যেংলুরগা ঐনা ঐহাক ইশামকপু ইন্দিয়ান্নি হায়বা

তুরকচৈ। ইন্দিয়ানা পীজবা অচাপোৎকী মহাও ঐনা তংলে। ইন্দিয়ানশিংসে শিল্লি নত্তে খায়। মখোয়গী আইন মমিৎ তাংই অমসুং মখোয়গী সরকার অচুম্বা অমসুং মীওইবগী মত্তৌ য়াওদে। শন্না হায়ববদা ইন্দিয়াসি শারমচৎ চৎলি হায়না শোমরিবা ইন্দিয়াগী ডেমোক্রেসী, ধর্ম চেল্লবা ইন্দিয়া, মুনি ঋষিশিংগী অমদি ঈশ্বরগী নৈবাক, লিরবা ইন্দিয়াগী পরমপরা, সংস্কৃতিগী লংলবা মশক পুম্নমক অসি ইন্দিয়াগী মোৎলবা নেসনেল ইগ্নমজবু লোৎশিন্নবা চুজোই নত্রগা মাইথুম্নি।

মতম অমসা শেংলবা মরীকচুবা ইন্দিয়া অমা নৈবম্বা য়াই। অদুবু হৌজিক্কী ইন্দিয়া অসিদি নোরোকশিংগী মরক্তা নোরোক্লি। ইন্দিয়াগী হৌগ্রবা মিংচৎনা হৌজিক্কী মোৎলবা শক্তম অসি কুপ-শিনবা ঙমদ্রে। মসি ইন্দিয়াবু লমজিংলম্বা অমদি নৈঙাক্লম্বা সমাজিক, রাজনৈতিক, অর্থনৈতিক অমদি ধর্মবু শাগৎলম্বা মখোয়না থম্বীরম্বা খুদোললি। ইন্দিয়ানা চাউখৎলিবা অমদি পোৎশক ওইনা হেনগৎলক্লিবা অদুবু মাগী মীশিংগী লমচৎকী মমল অমদি সভ্যতাবুদি মাংথবক্লিবা অসি হায়রিবা ইন্দিয়াগী মুচিংবশিং অসিগী হোৎনমজল্লি। অদুম ওইনমক মীশিংগী লমচৎকী মমল মাংহল্লগা পোৎশক্কী ওইবা য়াবদ্বোক য়াওদে। মসিনা মনিংতম্বা চহি ৩৬ কী মতুংদা ফাওবা সভ্যতাবু মখোয়গী শ্রেষ্ঠবা অমগুম, ইন্দিয়াগী মীগী লমচৎকী মমল অসি মখোয়গীদমক শাথীনা লেমগে। মহুননি ইন্দিয়াদা সমাজিক অমদি রাজনিতিগী হন্না মুংশিৎ অসি পুমথ-বক্লিবা। শন্না হায়ববদা, ইন্দিয়া অসি জাতিগী ওইবা অচুম অবানবগী রাখল য়াওত্রে। রাজনিতিগী ওইনা, শেল-থুমগী ওইনা অমদি খুনায়গী ওইনা অমুকহন্না শেমগল্লবদি মহাক্কী তুংলমচৎ অমুক নৈরব্রোই হায়রুবদা চিংননিঙাই নৈতে।

ইন্দিয়াসি কন্নিগীদমক অমুকহন্না শেমগৎ-শাগৎপা মথৌ তারিবনো ?

ময়েক্কীদি মরম কয়ামুক লৈ। অহুবু ইহান হানবদি মসিনি মহুদি ইন্দিয়াগী নীংতম্বদি নিংথিনা পোরম য়াৎলবা লালহৌ অমনা পুরকখিবা নত্তে অহুনা ইন্দিয়াদি রাজনীতিগী, অর্থনৈতিকী লমদা মাগী মীশিংবু লমজিংবীনবা মতিকচাবা লুচিংবশিং লৈজদে হায়রবসিনি। মসি লাইবক থীবনি।

ইন্দিয়াগী মীশিংনা, মাগী অখণ্ড-অহে পণ্ডিত কাওবনা হায়রে মহাত্মা গান্ধী হায়বা অমা পোকখি, মহাক্কী অহিংসা নীতিনা ইন্দিয়ানা বৃটিশশিংগী মায়োক্তা মায়পাক্লা লাঞ্জংখিবনি অমসুং বৃটিশশিংবু ইন্দিয়াগী লমদগী তাম্বোকখিবনি হায়না ইন্দিয়াশিংনা হায়রে। অসুম্না অহিংসাগী থৌনা লৈরবা লাঞ্জংবু লমজিংখিবা মহাত্মা গান্ধীগী লুচিং মখাদা য়োংহল্লিংদগী নাম্বোকখি। থিওবী অসি কয়ামুক চুম্বনো ?

বৃটিশ সাম্রাজ্যদগী নাম্বোকখিবা অসি ইন্দিয়া মতোমতা নত্তে। ইন্দিয়া নত্তবা লৈপাক কয়া বর্মা, পাকিস্তান, ভুটান, সিকিম (হন্জীক্তি ইন্দিয়াগী ওইরবা) অমদি মণিপুর অমসুং অতৈ মনিংতম্বা লৈবাক কয়া গান্ধী পোকখিদ্রবসু ইন্দিয়াগুম্না মশা মশাগী নিংতম্বা পুরকখি। গান্ধী লৈজদবা লৈবাকশিংনা কমদৌনা ইন্দিয়া গুম্না মখোয় মখোয়গী নিংতম্বা পুরকপা ঙমখিবনো ? মসি বৃটিশ মচাশিংনা—মখোয়গী তাবা লৈত্রবা কুমিৎ অহু তানবা মতম লাক্লে হায়বা খণ্ডজরক্তুনা মখোয় মখোয়গী লোই চনশিল্লম্বা লমশিং থাদোক্তুনা চৎনখিবরা ? মসিমসু চুম্না পাউখুম পীবিা তারি।

মসিমসু হায়বা তারক্লে মহুদি, বৃটিশ মচাশিং অসি খুন্নাং চাউশিন্না উবা ঙম্বা জ্ঞান তারবা নীওইনি হায়নবগী মতুংইন্না লম অমবু করম্না লোই চনশিনগদগে খণ্ডলম্বা তাই অহুগা করম্বা মতমদা

মখোয়গী লোয়নমশিং খাদোক্লমগদগে হায়বদু খঙলবা তাই। মীংয়েং অসিদগী ইন্দিয়ানা মনিং তমখিবগী ইতিহাসতা য়াওত্রি... ঙই নাইদু তানদনা য়েৌনা লৈনা পাংথোকখি হায়নরিবা অহিংসাগী কন্নৌরবা বৃটিশপু মাইথীবা পীখিবনি অমসুং মনিংতম্বা ইন্দিয়া অমা শাগৎখিবনি হায়বা বৃটিশশিংনা খঙজরকখিবা অদু ওইবা তাই।

ঐনা মীপাইজরিবদি মসিনি মদুদি বৃটিশশিংগী মায়োক্তা পাংথোকখিবা লালহৌশিং অনম্বা নিংথিনা পোরম য়াৎখিবা নত্তে অদুনা নিংথিনা মাই পাকখিদবনি। অময়োমদা খল্লুরগদি বৃটিশ মচাশিং অসি মাংজিন থানা মমিৎ উবা ঙম্বা কাংলুপনি হায়নিংই। মখোয়না ইন্দিয়াবু থাদোক্লবা অসি তঙাইফদবনি অমদি মতমগী-য়াতনি। মখোয়না ইন্দিয়াবু কনাদা শিন্নরমগদগে হায়বা খঙখি। মখোয় চৎপ্রবা ভুংদা ইন্দিয়াগী কম্যুনিষ্টশিংগী মথুত্তা তাহৌববদি অচৌবা অশোয়বা অনিখক্কী চৈকু নংগনি হায়বসু মাংজোননা উখি। অমদি বৃটিশকী লাংলো অমদি মরল মথুসু ইন্দিয়াদা কনবা ঙমহৌদবা অদুনি। অতোপ্পা অমদুনা মখোয়গী পৃথিবী লৈমাই-থক্কী লালওং অমগীদমক হেন্না মরু ওইরগা খিংবা ঙমদনা পাক-থোরক্লিবা কম্যুনিষ্টকী পানা পাম্বোম অদুনি।

মরম অসিনা মাংজোননা উ-ঙম্বা বৃটিশশিংনা মখোয়গী অপাম্বদু ফংননবগীদমক গান্ধী অমসুং মাগী অহিংসা লালহৌবু মাই পাকহন-খিবা তাবনি। ঐহাক মহাত্মা গান্ধী অমদি মহাক্কী অহিংসাবু শন্দোকচবা মীশক অমনি। ঐনা ইচম চম্না খঙহঙনিংলিবদি মসিনি মদুদি গান্ধনা লুচিংবা লালহৌ অমদি মদুগী মাঈ পাকপা অদুগা বৃটিশ মচাশিংগী মাংজিন থানা ঙম্বা অমদি অচুম অরানগী য়াথলগা মরি লৈনৈ অসিনি। ইন্দিয়াগী ইতিহাসনা অসিগুম্বা ইন্দিয়াগী লাল্দা মাই পাকচনবা শীবীরম্বা বৃটিশ মচাগী খুদোল অসিবু হেন্না নল্লগা য়াংনা য়াউহন্দে। বৃটিশ মচাশিংনা য়াম্না

চুম্নমক ( মসিমসু ) ম্যাথি মহুদি তাঞ্জা অম্লগীদি য়েক্লবা অমা ওইর বসু গান্ধীনা লান ঙমখিবা অসি নোংচুপ মচাশিংগী মীৎয়েংদদি মখোযমক্কী মাঙ্গৈ পাকপগুমখি অমদি গান্ধীনক মখোয়দা বর ওইনা থোকখি। ( শাপ নৎখিদে )। অসিগুম্বা মাঙ্গৈ পাকপা অসিনা কম্যুনিষ্টকী পাকথোক-শন্দোরকপবু থিংই অমদি মখোয়গী লম্নাই অমদি বৃটিশশিংগী লম্বুম কনবা ঙমহৌই অমম্পুং অচৌবা মযামগী ওইবা ইন্দিয়াগী লাঞ্জং অমা মাইথীহন্দুনা পোলোইদা বৃটিশনা ইন্দিয়াবু ঙাকশেনলহৌববু শাংথহনখি। অমুম্না মহাত্মাগী অহিংসানা মায় পাকখিবা অসি ইন্দিয়া মথন্তগী নত্তে, বৃটিশ অমসুং মাগী নোংচুপকী থোংলোয়শিংগীসু মাই পাকপনি। শম্না হায়বদা মসি থাইগী ওইবা মাঙ্গৈ পাকপনী।

রাফম অসিনা ঐনা থাজে মহুদি ঐখোয়গী মহাত্মাগী অহিং-শাগী লাঞ্জং অসি বৃটিশশিংগুম্না মাংজোননা উবা ঙমদবা হিটলার অমগী মাগী লাল্লোয়শিংগী মায়োক্লা ওইরমলবদি ঐখোয়গী মহাত্মা অমদি মাগী মঙালনা মঙফাওনরমলোই। মহুগী মহুত্তা মহাক ( গান্ধী ) গ্যাস চেম্বর অমদি কন্সেন্ট্রেসন কেম্প মায়োক্লরমগনি। মসিমসু য়াদনিঙাই লৈত্রবা রাফম্নি মহুদি অনিশুবা পৃথিবীগী লাজাও অসি বৃটিশ সম্রাজ্যগী তাহৈত্রবা হুম্বিৎপু তাকনখিবা থৌরমশিংগী মরক্তা অমনি। মরম অসিনা মসিমসু হেক্তিম্না হায়বা য়ারকে মহুদি অনিশুবা পৃথিবীগী লাজাওনা মহাত্মাগী মঙালনা মঙফাওনহনবদা অমদি মহুগী খোঙজেল থুজিলহনবদা মতোং পাংখি।

ইন্দিয়াগী মীশিংনা করিগীদম অচুম অরানগী রাথল লৈতবনো? অহানবা মরমদি মহাক্কী লালহৌ অসিনা মতিকচাবা ব্রুচিংবশিং পুরকপা ঙমখিদে। অনিশুবদা, স্বাধীন ফংলবা তুংদফাও অচুম্বা লমজিং অমগী মথাদা ইন্দিয়াগী মীয়াম্বু য়াকাহন্দুনা, হৌগৎ কাংথৎ-হন্দনা পননিশিলং নবা ঙমখিদে।

হুজিক হুজিক ইন্দিয়ানা তঙাইফত্রিবদি মাগী হৌগ্রবা অশোয়বশিং চুমথোক্লগা চোইজাইনরবা দেশ অসিগী হোংসক্লিবা ফীভম যেংহনা লাসঙ শো। ঙশা ময়েকশেংবা লুচিংবশিং অচুম্বা লমজিং অসিনি। অকনবা অচুম্বা লমজিং অমা য়াওত্রবদি ইন্দিয়াদি থেংবা য়াই তপ্পা য়াই শোয়দনা কায়গনি।

ইন্দিয়াগী কল্লবা অমদি মতিকচানা খুৎলাই পায়রবা লাম্মীনা কাওবা মাবু চোয়জাইনহল্লকপদগী কনবা ঙমলোই। অচুম্বমক্তি, লাম্মী থাজিনবনা য়াহং অসিগী অচুম্বা পাউখুম ওইরোই। পাউ-খুমদি চোইজাইনরবা ভারতবাসীশিংগী মিহুল য়েংবা হৈবা, রাজ-নিতিগী, শেল-থুমগী, খুনায়গী অমদি লাইনিংগী য়াকা য়েংনা মথোয়বু লমজিংবীবনা ওইগনি। শয়া হায়রবদা অচুম্বা পাউখুমদি ইন্দিয়াবু লৈঙাগোন্দা, শেল থুমগী মাঙৈকৈদা অমদি খুনায়রোলদা অমুক্তহন্না শেংদোক শাদোকপীবনি। হুজিক লৈরিবা ইন্দিয়াগী প্রোব্লেমশিং অসি লাম্মীনা কোকহনবা শুকঙম ঙমলোয়।

ময়েক্কাবুদি লাম্মীনা ওইহল্লিংদবা থৌদোকশিং কোকহনবদি নত্তনা থিংজিন্দুনা থম্বদা তঙাইফদবা য়াই। ফীভম অহনা করবদি মথোয়না মাঙ পাকপা য়াই। অহবু লাম্মীনা শান্তি পুরকপা হায়বহুদি শরৌলাংনি তুং কোইরোই। মসিনা ফীভম অহবু মতম-চুপ্নদা হেন্না লৈথা তাহল্লকনি অমসুং নীংঙম্বা পোলোয় ( পম্বং ) য়ৌবা ঙমলোই। অসুন্না লাম্মী থাজিন্দুনা ইন্দিয়াগী নারবা হক-চাংদা থাং থাবা হায়বসিদি য়ানিংত্রবা, লাল্লবা, অমদি হম্পোক্লিঙাই ওরইরবা লাইয়েং ওইগনি।

থোয়দোক হেন্দোক্লা, লাম্মী হায়বসিদি ইমা লৈবাকপু মপাল্লোমদগী শীঙনরকপা অমদি য়ুমলম মহুংদা থিংঙমদনা ঙহৌ-রকপা কয়াদগী ভাকথোক্লবা থৌরাংগী মনিংদা পীক্লবা তমথীবা[১] য়াকাইহনবা অমগীদমক্তা পেরা-মিলিটরী কোর্স অমদি লোকেল

পোলিশ ওইনা শিজিন্নবদি অশোনবা লমজিংগী থুদম্নি। মণিপুরদা কন্নিস্থ লৈভবা থৌদোক অমগীস্থ আর্ম-ফোর্সেস স্পীসিয়েল পাৱার এক্টকী মথাদা আর্মী শিজিন্নবা অসি লাজন্রবা মণিপুরগী প্রজাশিংদা লাজবীবগুম থোকনি। মতম অদুগী চীফ মিনিষ্টর আর, কে, দোরেন্দ্র সিংহনা মহাক্না য়াম্না য়াথিদবনি অদুবু মহাকপু নমহনা লাম্মী কৌসিলহনখি। মহাকপু নমহনা লাম্মী কৌশিলহন্দবা ওইরমলবা অমদি মরমাই থুসীনা কৌশিলহনবা ওইরমলগদি মহাক্না মমাশিং অমদি মচল মচেশিংবু নমহনা পাদোংহন্নবা অমদি মানা চীফ মিনিষ্টর ওইববু মশক থীহন্নবা লাম্মী কৌশিনবা ওইগনি। অতোপ্পা মীথয়েং অমদা, অসিগুমলবা লাল্লবা অমদি চাউজন থীরবা লাম্মী থাজিনবনা ইন্দিয়ান আর্মীগী মোরেল মাংহনবত্তা নত্তনা মণিপুরগী অয়াম্বা মীশিংবু ইন্দিয়াগী মপুং ঈচেলগা য়েন্নহনি।

অচুম্বমক্তি আর্মীদি লালহৌবশিংগীদমক্তা বন্ন ওইনা পীনবীরকপনি। মণিপুরগী মীশিংবু পাক্তক্লনা থুংল্লাই পাঙ্গবা লালহৌ অমগী লম্বীদা পুন্নকখিংদি নহারোল লালহৌবশিংনা নত্তে। মণিপুরগী মীয়াম্বু এন্তি-মন্নাং অমস্থং এন্তি ইন্দিয়ান ওইহনবদি ইন্দিয়ান আর্মী অমদি মাগী ওন্ন-তৈনবা শিক্ষা পথাপ্পনি। লাজন্রবশিংবু তমথীনা থাজ্ঞোকপীবা, চন্নরাশিংবু নমহনা পাদোংবীদা অমদি মীচম প্রজাবু নমহনা অন্দরগ্রাউন্দা চংহনবীবা লাম্মীগী অডাওবা লোংউপ তানবা ( কোম্বীং ওপরেসন ) থৌদো অসি নোক্লিংনা থোক্লবা ইন্দিয়ান আর্মীগী তেংবাংগা লোয়ননা মথোয়গী মীশিংগী থপ্নোমবু তক্না তমখিবা ( নহারোল ) লালহৌবশিংগী মাইকৈদা প্রজাবু ইনশিল্লকখিবা অসি তশেংনমক ওন্ন-তৈনবা শিক্ষা পথাপ অমনি।

হায়রিবা থাকমদি মসিনি মদুদি ইন্দিয়ান আর্মীগী মতিক মঙমগা লোয়ননা ইন্দিয়ানা মণিপুরদা ইন্নরজেন্সী হৌদোকপগী

অমহুৎ ( মসিমু লাইথায় ভানবদি তৌদনা ) মায়োক ঞম্বা হোৎনবনি । আর্ম' ফোসে'স স্পিসিয়েল পবার্স' এক্টপু ঙ্কুল-শিলহল্লুনো ইন্দিয়ানা মনিপুরদা এম-সেক্ত হাংখিদৌবা মনিপুরী সমস্যাদি মাপী হাকথনা লেপ্পা পুরজাদা হৈনবা রাজনীতিগী-দাশিংনা মক ওইথিবা মচুংগী ওইবা সমস্যানি । অদুম ওইনমক, চীওম অমদা আর্মী হেক পুথিরকপদা অব'ন পোকিলা লাল-জব্ আর্মীগী মায়োক্তা পুরকথিবা লালহৌ মৈয়াং কয়া ময়োন চাংথৎলকই । করিগীনো ?

মরমদি, মনিপুরগী মীশিংনা থ'জি মচুদি নক্সালাইটশিংগী-মরক্তদি বেঙ্গল সেক্তর অমদি বিহার সেক্তর হায়দুনা হাংজোক্-খিদবা স্পিসিয়েল পবার এক্ট অমগা লোয়ননা করিম্ নাচুনিংঙাই ওইদবা থৌদোক অমগীম্ লাখী হেক্তা থাজিনবা হায়বসি নক্স-লাইটশিংগী মতাংদগী য়াম্না হন্থবা মতাংদনি অমসুং খুংলাই পায়জত্রবা অচম্বা মনিপুরগী প্রজাশিংদা লাম্নাবগুম থোকই । মরমদি, অসিগুম্বা ভানকম অসি ভারত সংবিধানগী বাংমদা মনিং-ভম্বা মমা নৈবাক অমগী মঙ মওলিবা মীওইশিংনা মওং তাবা পুনোংচাবা লৌই । থোইদোক হেন্দে'ক্না মনিপুরদা আর্মী কৈব্রবদি উপ্নরভেপ্পা নৈজে, আর্মী নৈবব'দি উপ্নবচেক্পী নৈবে । মসিনি মনিপুরদা কয়া উপ্নরভেপ্পা মপোক ভমথিবগে হায়ব্হু ।

নোঙ্কিংলিবা রাকখনা, মনিপুর লালহৌবনু পুথোকথিবা মথোয়গী রাজনীতি থমদোং চাইভোংবশিংনা লমজিংলকপ মরম অহুগীদমক ভারতকী ল স্নীশিংনা শিভয়গে লেপলি । চুমই, ইন্দিয়ান আর্মীদি মতিক চাবা মেতল কয়ানা নৈজোংলবনি ! অদুবু মেতলশিং অসি তপেংনমক ইজৎ নৈরবা অমদি ইকাই-খুমনিংঙাই ওইবরা ? ঐদি ওইরমগনি নিংদে । মনিপুরগী লাল-হৌবশিংগা লে ঙ্কবা লানকমবা ইন্দিয়াগী লাম্মীবা পজেং কিয়াংলপা

লৌয়িননা যাই পাকপরা? মখোয় খোনা কবা লানকুম অয়ম্বা লাকংলিবরা? মনিপুরগী লানদে, অসি লৈখা ভাগ্রবদা নুড়্গা থিংবা ওমদবগী থাক য়োঙ্গবরা? লানড়ৌবা নহারোলশিংনা ইন্দিয়ান আর্মীগী ওফিসারশিং অমদি মীওইশিং হাংলিবসি মখোয়গী মথৌনা লৈনা কংথোকপা হায়বজ্রা? মখোয়না লাংজ্রবা অহাং ঙুপায়চা ঙুশীবচাশিং হাংলিবা অসিদা ইন্দিয়ান আর্মী অসি কয়ামুক য়াম্না থৌনা কবা শকলবগে? ময়েকৈদি, ঐনা হায়রোইশিন পীজরি মহুদি ইন্দিয়াগী লাম্মীদি মাগী শোয়রবা লুচিং-বশিংগী চৈফু নংহনা তোক্লবনি। অয়োয়বা এনলাইশিংসু ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংদি মখোয় মশাগী পোলিসিগী চৈফু নং-জবনি। ইন্দিয়াগী ডাইরেক্তর পীডনয়ক্লিবা অমদি মাগী অপুনবা শক্তমবু লংবা অমত্তংনা থয়াক থয়াক য়ালহল্লিবা অসি ডশেংনমক মখোয়গী পোলিসিননি। মরম অসিনা হায়রোইশিন পীজরি মহুদি ইন্দিয়াগী মীশিংদি মাগী লুচিংবশিংগী অয়ানবা পো-লিসিনা শুদংগীরবনি অমসুং মহুবু মতম চানা হোংদোকপা ঙম-হৌদবনা ইন্দিয়া অসি অমুক হৌগং-কাংথংলক্লবগী ভাঙ্গা পীবিদনা শোয়দনা হন্দোকপীরবগনি।

মনিপুরদা হায়নবা অমা চংনরি—"লৈশাবীশিংবু নয়দা মমথেক্লবীবনা ফেসনেবল ওইরে, কোম্বীং ওপবেসন (লোংউপ তানবা) না অকল অখোগী থবক ওইরে অহুগা ঞ্জংবশিং হাংপনা আইয়া য়াম্বা অধিকার ওইরে।" মসিং তায়বা মনিপুরগী মরাইবক।

## "বৃটিশ ইন্দিয়াগী মতমদা মায় পাক্লা শিজিন্নখিবা অহিংসা অসি হজিকী ইন্দিয়াদা শিজিন্নবা য়াগদ্রা ?"

য়ারোই, ওকনা য়ারোই। মসিনা অচুম্বা পাউখুম্নি। অহিংসা নীতিগী লাজংদি জ্ঞান তাববা লৈবাকমচা তাববা য়েকবা অমগী মায়োক্তা শিজিন্নবা য়াগনি অমত্তং ওগনি। মতুংগী ওম-তৈনবনা চঙমবনি। ভারতী মসিবু (অহিংসা) মরেক শেংহন্দে অমদি খুদোং চাহন্দে। লৈবাকমচা তাবা বৃটিশশিংগী জ্ঞান তাবা অমদি মিংয়েং থাম্বা উবা ওম্বা অসি য়াওয়মত্রবদি মতিক চাউরবা বৃটিশপু মাইথিবা পীহুনা ভারতকী মপুং ফাবা স্বাধীনতা পুরকখিবনি হায়না ইন্দিয়াগী অখও-অহৈশিংনা হায়নরিবসি ওই-খোক্লমগদ্রা ?

ঐখোয়গী মহাত্মানা মাই পাকখিবা অসি মহাক মতোমতনা অমদি মাগী মতিক মওংদা য়ুকম ওইহুনা ওইখিবনি হায়বসি কয়ামুক য়ান্না চুমনো ? হায়রিবা অহিংসাগী লাজং অসিমক নাজিশিং অমদি ফেসিস্টশিংগী মায়োক্তা শোক্লন্নবদি মাই পাক-লমগদ্রা ?

ঐখোয় [illegible] অহিংসাগী খোনা [illegible] লাজং অসি ইন্দিয়াগী [illegible] অমদি মতুংদগী [illegible] বৃটিশশিংনা [illegible] অমাদ মাথাক্তদা [illegible] হৌরগনি।

[illegible] মতেংগী পশিদৌগী [illegible] ওইনা [illegible] ইন্দিয়াবু [illegible] সিয়েৎবু [illegible] কী

মতুংদা কাওবা ওইরিবা রাজনীতিগী লৈচাকলোননগী, আইনগী অমদি চাকশেনবগী হুজিক কাওবা ওইরিবা মওংশিং অসি মরেক লাকবা থুদমনি বৃটিশশিংদি চংশ্রে অহুবু মখোয়গী মিট্টৈমদি লৈ-ছোরে।

অহুমশুবদ'; বৃটিশনা মখোয়গী লনথুম অমদি পুক্ষিং কজবা ওবহোরে মসি ইন্ডিয়ানা বৃটিশকী মওংদা শেমগৎপা নন-কম্যু-নিষ্ট অমসুং গনতান্ত্রিক লৈবাক অমা ওইরহনি। অমুক হায়রবদ', বৃটিশশিংনা মখোয়গী পৃথিবীগী পোলিসি অমা লৈইনা মখোয়ডগী য়েংহুনা মহাত্মা অমদি মাগী ল'জ বু হিংহল্লুনা অম'দ পুক্ষিং থৌপহুনা মাই পাকহনখিবনি। মকংসিদা ঐখোয়না বৃটিশশিংগী লৈচাকলোন্দা থুমাং চাউশিনবা অমদি মখোয়গী ক্লাস কনসপ্নেস অহু উবা ফংই। অচুম্বমক্তি মখোয়গী মা'মু'ক্তা লাক্লংলকখিব' মহাত্মাদা মচিন মনাও ওইবগী মতৌ উবা ফংই। ঐখোয়গী মহাত্মাগী লাক্কং অসি হিটলারগী মায়োক্তা লইরমবদি মহাত্ম' অসি লাইপোক ওইহনহন্ গ্যাস চেম্বর নত্রগা কনসেন্ত্রেসন কেম্প শোয়দনা মায়োক্করমগনি অমসুং মহাত্মা লুচিংলকখিবা লাক্ক অসি থাংউথক্তা ময়োন চৌকথংলম্রগনি। মকম অসিদনি মওং কমদৌনা বৃটিশশিংনা গান্ধীগী মতিক মগুনবু হ'কথেংননা নত্রগ' নাকোইননা, লোমা নত্রগা ফোংনা তেংবাংহুনা মাই পাকহন-খিবনো হায়বহু। মসি বৃটিশশিংনা জ্ঞান তাবগী মমলনি।

অহুম ওইনমক ইতিহাসকী পাখোংঙ্গী চমম্বা অমদি মসিনি। মহুদি বৃটিশনা ইন্ডিয়াবু থাদোক্লম্বা মতুংদা ঐখোয়গী অহিংসাগী পুজারী জাতিগী মপা অসি নিংওম্বা ভারতকী লমদা পোকপা-মাগী কাংলুপকী মী ভারতমচা অমনা তমথীনা মীয়ুংশি থত্তদবা মওংদা হাংতোকপিখি। (তাং ৩০/১/১৯৪৮ ইং)। ওসি কাওবদা ভারতকী অতিয়াদা তোকচাগী লৈচিন থারি—মহুদি মহাত্মা

গান্ধী হাৎপদা রাজনীতিগী থুৎ য়াওই। আইনগী মতুংইন্না অকক্লবা লেপথোকপা ভমত্রবস্ত মহাকপু হাৎখিবা নাথুরাম গোডসে হায়বা (হান্না পাউচেগী ইডিটর অমা ওইরম্বা) জ্ঞান লৈরবা সমাজগী থমদোং য়াইতোংবা মীশক অদু রাজনীতিগী লুচিংবশিংগা নক্লবা মরী লৈনরম্মী হায়বসিদা থক্ল্‌রগদি বাকম অসি চুমই।

ইতিহাসকী বাকমসি থক্ল্‌রগা হায়বদি ভারত জাতি পূস্নগী চাউরবা মপা অসি কাওবা মকোক্তদি গান্ধী তুপী উম্না থম্মোয়দি চিটলাবগী থম্মোই চেনবা ইন্দিয়াগী রাজনীতি নেতাশিংদদি কাগী কয়াং ওইনা থোক্লবদা অমস্নুং ম'গী ( গান্ধী ) অহিংসা নীতিগী ফি-লোসোফিস্নু করেম্নকম ওইরবদা, গান্ধীনা মশা কজনবা ইন্দিয়াদা কীদা কংজত্রবদা কন য়াম্নমক দেমো'ক্রেটিক অমদি, মীচং চুং-থিন্নদবা অমস্নুং ইন্দিয়ানা অহিংসাগী হৌবককম ওইহৌনস্নু অহিংসা অসি ইন্দিয়াদা এপ্লাই তৌবা য়ারিবরা ?

## ইন্দিয়াদা শীঙনরিবসি ইন্দিয়া মশামক্তি

ইন্দিয়া অসি ঐহোন্দদি ঐগী পুন্সিগুম্না হুংশিজবা লৈবাক অমনি। মসিগী পক্লবা লুচিংবশিংনা মহোন্দা শীঙনরিবসি মস্নুং-ঙগী নত্তে পাকিস্ত'নীজ, চাইনীজ অমদি সো আই এ নচিংবা মপা-ঙ্গী শীঙনরকপননি হায়না দাবী তৌই। মসি ভারতকী লুচিংব-শিংগী থৌশিলদগী ভারতপু চোইজাইনহল্লকদবা শিংলবা ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংগী লাংতক্লবা বাথললোম্নি। অমানবা লমজিং অমদগী ইন্দিয়া অসি চৈক্ষু নংলি। ঐ রাজনীতিগী পণ্ডিত নত্তে। অদুবু ঐহাক ইন্দিয়া অমস্নং মাগী লুচিংবশিংবু মশক থগই। মরম অসিনা ঐগীস্নু মোং শীননবা অধিকার লৈজে।

মশেকীবুদি চেকশিন্দবা য়াত্রবা লৈয়াং ভমথৈ বাংমদগী লাকপা

মপান্দগী শীঙনরকপস্থ লৈ। অদুবু হেন্না চাউরিবা শীঙনরকপদি লৈবাক মন্নুংসিদা লৈ, মপান্দগী নত্তে।

মপান্দগী শীঙনরকপা অসি মথল অনি থোকই। অমনা ইন্দিয়াগী লানহৌবশিংদা মীরৈপাক্লা লান্দারকপনি অদুগা অতোপ্পা অমনা ইন্দিয়াগী লানহৌবশিংদা মীরৈপাক্লা শীরকপা মত্তেংনি। অচুম্বনি, অকোনবগী অসি মন্নুংগী ওইবা শীঙনবনি—অদুবু করিগুম্বা থাক অমা য়ৌরকপদা মপান্নগী লাকপা শীঙনবা ওই-রকই।

মীরৈপাক্লা লান্দারকপা অসি কয়া য়াম্না ওইথোকপা য়াগনি?

চীনা অসি ইন্দিয়াদগী হেন্না মপাঙ্গল কনবা অমশুং হেন্না চাউবা য়ুমলোন্নবা লৈবাক্নি। অদুমকপু, মহাক্তি য়ুমলোন্নবা লৈবাক রুশিয়া অমশুং আফগানিস্তানদা রুশিয়াগী লান্মী থাজিনবা, ভিয়েটনামীজশিংগা অমসুং মাগী মন্নুংগী ওইবা শেমগৎ শাগৎ-পদা থবক চিল্লি। থোইদোক হেন্দোক্না, চীনাদা শীঙনরিবা রুসিয়া অসি ইন্দিয়াগী চীরবা মতমদা তেংবাং লৌনিঙাই ওই-রবা ইন্দিয়াগী মরুপ অমনি। ইন্দো সোভিয়েট ট্রিটি অসিনস্থ রুসিয়াদগী মত্তেং লৌনিঙাই ওইবা অসি থম্না হেন্না চেংশিন-হল্লি। থোইদোক হেন্দোক্না তজিকী ইন্দিয়া অসি ১৯৬২ হৌংগী ইন্দিয়া নত্রে। অমম্রোমদা হায়রগা, অনৌবা চাইনীজগী লিদর-শীপ অসিনা বাশক্না পুল্লবা থৌদাংগা লোয়ননা থুংনাই পায়বা উংথৎনবা অমগী মহুত্তা শন্তাইনবা অমা পুরক্নুনা হমথৈগী বা-থোক অসি লোইশিন্নহনা ইন্দিয়াগা মরুপ মপাং ওইশিন্নবা লাক্লরি। বাফম অসিদগী য়েংলুরগদি চীনা অসি ইন্দিয়াদা হন্নবা থাক্কী শীঙনরকপা অমনি।

পাকিস্তানগী বাদি কমদৌরি? পাকিস্তান অসি ইন্দিয়াদগী কাহেন্না শীকপ্রবা লৈবাক অমনি। মহাক্কী অনৌবা থুংনাইগা

লোয়ননা মিলিটারী লানওং অনৌবা মওংদা শেমদোক্নন্নু ইন্দিয়াবু লান্দাবগী অরানবা থবক অদু ইন্দিয়ানা থক তৌ-রক্লোই হায়না থল্লি। পাকিস্তাননা ইন্দিয়াবু লান্দাবা তৌদনা লমন খুম্বা ওমই হুন্জিন্না বাংলাদেশ কৌরবা হান্নগী নোংপোক পাকিস্তান্দা ইন্দিয়ানা পাকিস্তানীজশিংদা তন্নৌখিবা পারা অদুমক ইন্দিয়াদা তন্নৌরকপা ওমই। মসি লম লৌরবদি লমপীগদবনি চেং পুর চেং শিংবা হায়বদুগী পারনি। লমন খুমনবগী হেন্না লায়বা উপায় ফংলবদা, পাকিস্তানা হেন্না নুবা থবক্তা খুং থা-রকনি হায়বা খাজবা ওমদে।

টংশোক ১৯৭১ গী লান্দা ইন্দিয়ানা পাকিস্তানবু মাই-থীবা পীখিবসি পাকিস্তানগীদি মিলিটারীগী ওইবা মাইথীবনি অদুগা লেপ্পনা ইউনাইতেদ স্টেটস অমস্তুং চীনাগীদি রাজনী-তিগী অমস্তুং লমচংকী মাইথীবনি। অদুগা মসি ইউ এস, অমস্তুং চীনাগী মথক্তা সোভিয়েট ইউনিয়নগী মাই পাকপনি। ভারতকী লম্মী লিশিং কয়াগী থবায়না শোল্লা পীখিবা লান অসিদগী ইন্দিয়ানা অচেৎপা ইন্দো-সোভিয়েট ট্রিটি লৈনজহনা ফংজহৌরিবসি মাইথীরবা লৈবাকশিং, মরুওইনা পাকিস্তানগী ফত্ত বাথল অমদি তাথী বাথল অসিতনি। অস্তুম্না তংথীনবা অসিনা টাইমবোম ওইজনা মাইথীরবা লৈবাকশিং অসিনা ইন্দিয়াগী থপ্নোয়দা য়ুশিল্লবা য়াই। নোক্লিংনা থোক্লিবনা অসিগুম্বা লান অসিগী মহয়দি, ইন্দিয়ানা হেংনজংদগী য়েক্লবা অমথক্তংগী মতুন্তা পাকিস্তান অমস্তুং বাংলাদেশ কৌবা য়েক্লবা অনিথক শেন্দোং ওইনা লেপশিজহৌরে। কোজেং কোকফাইগুম্না ইন্দিয়ানা হোং-নখৈ হোংনজরগা মনজন্দা মরুম থুরে।

ইন্দিয়ানা লান অদুদগী ইন্দিয়ান আর্মীগী য়োংকুব থোরবা মোরেল অমা শাগৎলে হায়না থজরগদি মদু লাংতক্লবা ব থল-

লোম্নি। মরমদি রাজনীতিগী মাইপাকপবু কম্ৱোক্লগা মিলিটারীগী মাই পাকপা পুরকপদি মাইপাকপগী নোক্লিংলবা অপঙবা, বাহম্ৱোক লৈতবা থিওরীনি হায়না চিংনদনা হায়বা ঙমই। ইন্দিয়ানা মিলিটারীগী ওইনা লানফমছু ঙম্নবসু বাংলাদেশনদি মিলিটারীগী অমদি রাজনীতিগী ওইনা ঙমখ্রে। মরম অসিনা বাখললোন অসিদা বাংলাদেশ অসি ইন্দিয়া অমসুং পাকিস্তান অনিগী মাইথীবগী পোখোক্লি হায়বা য়াই। চাউরবা লৈবাক অনিসিনা মাইথীবা অসি তশেংনমক বাংলাদেশকীদি চাউরবা মাইপাকপা অমনি।

ঐনা মখোয়গী মবৈবাকপু নীংতম্বা পীখিবা বাংলাদেশকী পাখৌশিং অমদি মখোয়গী অকনবা লাজংবু হন্থনা খন্দে। ঐনা হোংলিবা হিসাবতি ১৯৭২গী উংথংনবা অসিদগী ইন্দিয়ানা ফংখিবা মাইপাকপা অমসুং জাতিগী ওইবা শেন্দোং অসিতনি। সমালোচক কয়ানা ইন্দিয়াগী মাইপাকপগী মরমদা ঙাং শকই। মখোয়গী মাইপাকপগী থিওরী অমসুং লান অতুগী মরমদা মীপাইখিবা অহু তশেংনা য়ানিংদে। বাংলাদেশ অসি শৈখ মজীবুর রহমনগী বাংলাদেশ ওইকম্লবদি ঐ মখোয়বু য়ানিংলমগদবনি। অহুবু মুজীবুর রহমনবু মাগী মীশিংমক্না হাংথিবা মুমিং অমুদা ঐনা মসিথা খঙলকথি মতুদি ইন্দিয়ানা মাই পাকখিবদি নোংমা নিনিতগীনি, ১৯৭১ গী লান্দা মঙম চুপ্পগী ওইনা অরোইবদা মাইথীখিবসি ইন্দিয়ানি। মরম অসিনা, ঐনা বারোইশিন পীরি মতুদি ইন্দিয়ানা মাইপাকপদি (tactical success) নি, স্ট্রেটজীগী ওইনদি মাইথীবনি অমুগা পাকিস্তানা মাইথীরবসু মাই পাকপগী মঙাল অমদি উজথি।

ওইবা য়াই মতুদি বাংলাদেশপু মনীং তমহল্লবদি অবাং নোংপোক লমদমদা লান হৌরিবশিং অসি য়োংশিনবা ঙমগনি

হায়রনা অরানবা অক্ক অমা হোৎলম্বা য়াই। অদুবু মকম অসিদা লালহৌবা ইন্সরজেন্টশিংগী ময়ুম লাইরৈপাক ওইরবা বর্মা হায়রবা অমা লৈরি। অদুদগী হেন্দোক্লুনা অরাং নোংপোক্কী লালহৌবশিংনা বাংলাদেশতা মখোয়গী মাংগ্রবা লাইরমলেন অমুক হন্না হংলে। ইন্দো-পাকিস্তান লান ১৯৭১ দা মখোয়গী মাংগ্রবা ইকৎ কল্লিংলিবা চীনা অমস্তুং ইউ: এস: কী মতেংগা লোয়রনবা লম মুনগ্রবদি লম অমুক হন্দোকপা হায়রবা পাকিস্তানগী লমন থুম্মকপা নত্তনা ১৯৭১ গী লান্দগী ইন্দিয়ানা কব্বিহ্ন হংহৌজ্রে থক্লুবদা ঐ তশেংনা চমৈয়। মসি, ঐনা খনবদা, ইন্দিয়াগী সেক্যুরিটিদা থ্রাইদগী চাউরবা শীংনরকপা অমনি। অদুগা শীংনরক্লিবা অসিমু ইন্দিয়ানা পঙজরুবগী হংজমলনি। ইন্দিয়ানা অসিগুম্বা অরানবা অমা অমুক শীলক্কা অমদি য়ুমলোম্নবা লৈবাকশিংদা তৌরোইদবনি।

ইন্দিয়াদা শীংনরক্লিবা অসি কদাইদা লৈবগে হায়না হেন্না মসুং ছুনজিন্না থিবা তাব্রবদি ঐখোয়না পৃথিবী কোয়না থিরগদবা মখৌ তাদে। ইন্দিয়াদা শীংনরক্লিবসি ইন্দিয়া মশামকনি। ইন্দিয়াদা সমস্যাশিং মশা মরোমদোম চোংথংচরকপা নত্তে, ইন্দিয়া মশানা ইন্দিয়াগী সমস্যাশিং পুথোকচবনি। অমুক হন্না হায়রবদা ইন্দিয়ানা মশানা পুথোকচবা সমস্যাশিং লোইশিন্নবা লাক্লে। অমুকা হন্না, মখোয়মু লোইশিন্নবা লাক্করকপদা সমস্যাশিং অসি হেন্না নুশিলহল্লি।

ওক্লিংতাই ওইরিবদি, ইন্দিয়ানা নাগা অমদি মিজো খুজোক থরগী সমস্যা লোইশিন্নবা লাক্করকপদা নাগা অমদি অপুনবা নগ্রগা অমাম্বা মীশিংগী শরুক্কা মখোয়বু য়ুংশিহন্দে। মখোয়না মনিপুরদা ইন্সরজেন্সী হৌদোকপনি, মহুবু লোইশিন থমজিন্নবগী মিংদা মনিপুর পুম্বগী মীয়ামা মখোয়বু য়ুংশিহন্রে। ঋথললোন অসিদা মসি চুম্নক হায়রবা য়াই মহুদি ইন্দিয়ানা মনিপুরগী

ইন্সরজেন্সীবু শোৗগৎলি মরমদি মীয়ামগী মতেং য়াওদনা হিংবা ঙম-লোইদবা লানহৌবশিংবু অপুনবা মীয়াম্না ইন্দিয়াবু য়ুংশিনবদগী শোৗ-গৎপা হায়বসি মশানা তাজরবা বানি। মরম অসিনা মসি হায়বদা ওক্লিংঙাই ওইদে মরমদি মনিপুরগী ইন্সরজেন্সীদি ইন্দিয়াগী আশীর্ব্বাদকা লোয়নননা হিংহ্নুনা লৈবা ওম্বনি। নাকল অম-রোমদা, ইন্সরজেন্সী লাকপগা লোয়নননা ইন্দিয়াগী লাম্মী অমদি অতৈ সেক্যুরিটি ফোর্স'শিংবু মনিপুরদা অকে অমৌগী লান ঙমা শোৗক্লহন্নুনা ইজৎ লৈরবা লান মতমগী মেদল অমদি লৈতেং কয়া কংহনবদা থুদোং চাহল্লে। অমরোমদা, মনিপুরদা লৈবা ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংনা কেন্দ্র ( দিল্লি ) দগী লোইবা থম্বা নাইন্দ্রবা পাইপ-লাইন অমগী থোৗজাল ঈরিক কংজরি। শম্না হায়রবদ, ওক্লিংঙাই ওইরিবনা, মনিপুরদা হৌজিক ওইরিবা ইন্সরজেন্সী অসিনা নাকল অনিমকী পুক্লিং পেলহল্লি। মনিপুরগী লান-হৌবশিংনা ইন্দিয়াগী লুচিংবশিং অমদি লাম্মীশিংদা করিগী থে বীমল উৎলোইদগে হায়না ঐনা খন্দবা ওয়দে। ঐনা খল্লি মহুদি জাতিগী ইন্তরেস্ট য়েংহ্নুনা প্রজাশিংনা মথোয়গী ইন্তরেস্ট অমদি শেন্দোং থীরি। মসি ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংনা ইন্দিয়াবু মৈগী চীং অমগী মথক্তা থাংগৎহ্নুনা থম্লিবা মহুংগী ওইবা অশোই-বহুনি।

## ২১। মীতৈশিংনা চুম্না লাইরিক হৈহৌদবগী অশোয়বা

ইন্দিয়াগী লাম্মীশিংনা লানহৌ নমথনবা তেমথেং কয়া লোংউপ তান্নকপবু অমাং নোংপোক্কী লানহৌবশিংনা কময়া থাংহ্নুনা লৈবা ওম্লিবনো ? মসি মথোয়গী ( লানহৌবশিং ) মীয়মবাক্তা ট্রেনিং তৌরবনয়া, অনৌবা মতমগী থুজু থুংলায়নরা,

চাং-মানগী লৈয়াং মওংনা খুদোং চাবা পীবনবা নত্রগা মখোয়না গোৱিলা লানওংগী ভেকটিক্স হৈবা খঙবনবা ? নত্তে, হায়রিবা ফীভমশিং অসি লৈহৎহনবা লানহৌবশিং হিংহনবদা অমদি মখোয়গী পান্দমবু মাঙ্গ পাকহনবদা মীয়াম প্রজাগী শোগংপা মত্তেং হায়বসি তঙাইফদবনা মীয়াম্মা শোগংপীদনা লানহৌবশিং হিংহনা লৈবা ঙম্লোই। মখোয়বু মখোয়গী মীয়াম্মা শোগত্তুনা লৈরিমখৈ, সরকারনস্থু মখোয়বু মীয়ামদগী খায়দোক্তুনা থম্বা ঙমত্রিমখৈ ইন্দিয়াগী লাম্মীনা এত্তোম বোম পায়হনস্থু মখোয়বু (লানহৌবশিং) মাংহনবা ঙম্লোই। মসিনা মীয়ামগী পাক্কবা শোগংপা অসি পুম্নমক্কী মরুনি হায়বা তাকই অমস্থুং ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংনা মীয়ামগী পাঙ্গল মশক খংবা হৌরকই। অসুম্না খঙলকপা অসি মখোয়গী ঙাম্নরবা উপায়নি। মখোয়গীদমক্তদি রিভোল্যুশন অমা বাম্মা মাঙ্গ পাকপগে হায়বত্থু খঙবনা হেন্না ফৈ।

রিভোল্যুশন অমগী মাঙ্গ পাকপা অসি অনৌবা থুজু খুংলাই চা লিশিং কয়াগী মশাংদা নত্তে, নাংমৈ মরু কয়া চীংগুম বাংনা পৈরগস্থু ওইদে, য়েক্কবা মশিং কয়া হাংপনস্থু নত্তে, লানহৌবশিং অহু মীরৈবাক্কা তেংবাং কয়া পীরবগে হায়বত্থুদস্থু লৈতে অসিনচিংবা। মসিগী মাঙ্গ পাকপদি, মখোয়গী মীয়ামগী জ্ঞান তাবা মত্তেং ফংবা ওম্বা, মখোয়গী ঙাকথোকপগী পাঙ্গল, হায়বদি মতম থরতগী ওইবা নত্তবা, তুংকোয়বা হেক ঙমত্রি ফাওবা ঙাকথোকপগী মতিং লৈবা কথোক্কবা লানহৌবশিংদা লৈরে। অসিগুম্বা ঙাকথোকপা অসি লানহৌবশিংনা মখোয়গী মীয়ামগী লৌশিং তারবা মত্তেং, অকনবা শোগংপা ফংলবতদা ওইথোক্কনি। অসুম্না শোগংপা অসি য়াওদনা অন্তরজাতিক্কী ওইবা শোগংপা নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মত্তেং ফংহনস্থু মহু বাহম্বোক লৈতে।

মত্তেং মতাংগী ওইনা উগুবা অমনা সনা শাবা অমগী জ্ঞান

লৈতে, অহুঙবা সনা শাবনস্থ উত্তবগী লৌশিং থত্তদে। মত্তৌ অসিগুম্না হিস্টরীদা অমদি সোসিওলোজীদা ডোক্তরেত কংলবা অমনা রিভোলুছন অমগী মরমদা করিস্থ থত্তদে। অওইবমক বিভোলুছন অমা হায়বসি কাওরবা রিভোলুছনরী অমগা লেবরেটরী হোলদা নত্রগা ক্লাস রুমদা য়াম্না মুংত্তাইনা ফমলগা নৈনগদবা পোংথক নত্তে। মসি রিভোলুছনগী অশেংবা ঠিরেটরদা হায়বদি রিভোলুছন অমা হৌরগা তনগদবা ওই। মীতৈশিং অসি অসিগুম্বা ইচম চম্বা লাইরিক থুংতমগী লৌশিং তানখিংা তাই। মাঙ্গ পাল্লবা রিভোলুছন অমা হায়বসি কথোক্লবা রিভোলুছনরীশিংদা নৈরে হায়বসি মীপুম খুদিংমক্না থত্তগদবা ওই

## ২২। য়েক্লবা অদু চাউখত্তবা, তমথীবা মীওই অমা ওইঁরবদি মাগী মখুত্তো হিংনিংতাই লৈরা ?

ইন্দিয়া অসি দেমোক্রেসী চংপা লৈবাক অমনি হায়রবা অসি তৌশিন্নবা উৎপাত (ফীগ্রী) নত্তবরা ? পৃথিবীগী মমুংদা খ্বাইদগী চাউব দেমোক্রেসী চংপা অমা ওইরিবা লৈবাক অসিদা বন্দী (মীফা) অমবু জুডিসিয়েল কষ্টদীদা লৈরিঙৈদা শাথীবা ইন্টরোগেসন (বাহং হংবা) করম্না চথবগে হায়বসে শেমজিন শাজিনবা বারী নত্রগা লৈথেং নাচোম নত্তে।

লো কোর্ট অমগী আইনগী অয়াবা য়াওদনা ঐবু ইন্দিয়ান লাম্মীগী বৃগেদিয়রদা ইন্টরোগেসনগীদমক মাগী (এস, পী) জুডিসিয়েল কস্তদীগী অমম্বা কাদা শিন্নখিবহ্ নাইনী জেল এলাহবাদকী সুপরিন্তেন্দেন্তনি। সুপরিনতেন্দেন্তনা ঐতোন্দা "মিষ্টর বিশেশ্বর, নংবু বৃগেদিয়র মহাশয় অসিনা বা হংগনি" হায়হনা

ঐবু থোদাখি। য়ুগেন্দিয়র অহুনা ঐবু মাগী তমথীবা মীহুৎশি য়াওনবা মিলিটরীগী মচৎ চেনবা ইন্তরোগেসন লৌখিবা জেল কম্পাউণ্ডগী কয়িগুম্বা মফম অমদা লৈবা অমম্বা কা অমদা পুখি। কদনীগী অনাবগা লোয়ননা, লাকশিনবা ওমত্রবা এজমাগী চৈকু নংলবা, ঐগী হন্থরক্লিবা হকচাংগী ফীভমনা মহাকপু য়াম্না থুদোং চাংনখি। মসি (হকচাংগী ফীভম) জেল ওথোবিটিনা থোং অনিমক্তা য়োংহ্লিং কোম্লোথাংহুনা অশি কাথু (Death Cell) দা থম্মিহুনা থওইনা তৌবিবা ওইগনি। কাথু অসি মমই অমম্থুং পুং -৪ মক থিংহুনা থমই। মতাং অহুদা ঐবু মতিক চাদনা চিজাক পীখি। অহুগা এজমানা নারবা অমগীদমক মতিক চাদনা অমোংপা, অথাবা কম্বল অহুমদং পীরগা অশেংবা মুংশিং মুংশা মতাল চংনবা থোংনাও ফাত্রবা অচিকপা কা অমদা নমশিন্দুনা থম্মিখি। চিংনবা লৈতনা হায়রবা য়াই মহুদি অন্দর ত্রাইয়েল প্রিজনর অমবু অসিগুম্বা ফাঁসীগী হুকুম কংলব, মীতনা লৈগদবা কাথুদা থম্বা হায়রবসি আইন অমদি অচুম্বা লৈত্রবা লম অমগী থৌশিল থৌরাংনি। অহুগা হায়রিবা তমথীবা ইন্তরোগেসন অহুনা অমুক্তা হেল্লি। (আইন অমদি অচুম্বা য়াওদে)।

ঐবু বাহংলিবা মীহু য়াম্না মুংশি হৈতে। মহাক মীওইবগী শম্মোয় পান্দে। ঐবু হাংকনি হায়না কিহল্লকপদা ঐবু হাং-পীনবা ঈশ্বরদা থুং লোয়রগা থুরুম্বগুম ঐনা মতোন্দা থুরুমহুনা চায়জখি। মতম অহু ঐগী মমশিল্লবা মুমিংশিংনি। জেলগী ডাক্তরনা ঐবু থুদক্তা ডেকাড্রোন ইনজেক্সন পীথিবগা লোয়ননা মেটনালান ডেবলেট অমম্থুং অতৈ হিদাক থরগা পীখি। অহুম তৌর ফাওবা ঐগী এলমদি লাকশিলবা ওমথিদে। অহুম ওই-নমক ইন্তরোগেসন্দি চথখি। মিকুপ অহুদা ঐনা ইন্দিয়ানশিং অসি মথোয়গী থম্মোয়দা মীমুংশি য়াওদে হায়না থনখি।

অহিংদা ঐগী অচিকপা কাদা কা অহুনদি হাংদোকপা য়াহন্দবনা ঐ তরুকলক র.হুখি। ঈশ্বরগী খোজান্দগী ঐনা বাথল তারক্লবদা অমসুং নোংঙাল্লকপদা জেলগী ডাক্তর থুংলখি; গনতন্ত্র চৎপা ধর্ম্ম চেল্লবা ইন্দিয়া অমনা আইনগী অচুম্বা ডাক্তবা অমদি আইনবু লুনা থনবা লম অমা ওইরমল্লহুনা অসুক্কী মতিক শাহিং-ঙাহিংগী মচং চৎপা মীহুংশি থঙদবা ওইরম্লিবনো হায়বসি ঐ করিগীনো খঙদে।

নাইনী জেলদা নেসনেল সেব্যুরিটি এক্ট (NSA) কী মথাদা নাইস্তোম নমশিনবীহুনা চহি অমা লৈরবা মতুংদা মনিপুরগী লৈমথোং মিলিটরী হেডক টরদা ঐবু অনুক হয়' থুং অনিদ' হেন্দকফ চন্দুনা তোঙাম্না অমম্বা কা অমদ অমুক চম্না থমখি হেন্দকফ অহু পুং ২৪ চুপ্পা হাপ্পুনা থমই অহুগা য়োংকী চেনহ অসুক্কী মতিক তেল্লি মহুদি ঐ নিংথিনা চৌগংপা। অমদি তু' য়াহনখিদে।

তোৌবগীদি আর্মীনা ঐগীদমক্তা কম্বল মরাং কায়না পীখি অহুবু মখোয়না য়াম্না মতিক চাদনা ঐগী চয়ানি হায়হুনা হুপ অহুমগা হবায়গা পীখি। মনামশিংনি হায়দুনা তোরিবহন্থ হুংগী আলুনা লোইরে। মিহুৎথোং হাংদোক্তুনা অ-শংবা মুংশিং থরদ মখোয়না ঐঙোন্দা ফংহনখিদবনো হায়বসি ঐ খঙবা ঙমদে। অহুগা কা অহু মমহল্লিবগী অর্থনা করিনো? ঐহাক অসি মীওইবগী হকচাংগী ওর্গেনিক সেল অমা ওইরবসু মুংশা মঙাল অসি ঐগী য়েক্লবনি হায়না মখোয়না থনবীরম্বা তাই। মুমিং ছমনি থুদি গী ঐনা মখোয়দা ডেকাড্রোন কাপহনখি, মহু য়াওদনা ঐগী এজমা লাকশিনবা ঙমখিদে। অহুম ওইহুনস্তু মতিকচ'বা চিঞ্জ'ক, অশেংবা মুংশিং অমসুং মু'শা মঙালগী বা'দ লপ্পা লৈত্রে। অহুগা ঐহাকসি জেল ওথোরিটিনা চকশিন্না য়েংশি-- নি

অমসুং ঐগী চংগদবা হিদাকশিংস্থু হায়রিবা ওথোক্লিটি অসিনা থারককদবনি হায়না আর্মীনা মরাল ঙাকথোকচখি। অদুবু মথোয়না হিদাক লাংথক মতিক চানা পীখিদে।

লৈমথোংদা আর্মীনা ঐঙোন্দা নিংখিবা শাজং চংখি হায়বা ঐ য়াই। মনিপুর সেন্ট্রেল জেলদা ঐবু পুররকমদাইদা মথোয়না ঐগী হেন্দকক লোথোকখি অমসুং অফবা চিজাক অমদি অশেংবা য়ুংশিং ফংহনখি। ঐনা লৈমথোংদা থা তরামুক লৈখি।

ঐঙোন্দা লায়না কয়ামুক লৈরে। মথোয়হুদি কুইনা নারক্লবা এজমা, কিদনীদা নুং লৈবা (পুকী থা থংবা শরুক্তা ওপরেসন অনিরক তৌরবা মতুংদা ১৯৭৮ দা ওপরেসন অমুকহু তৌখিবা) দায়বেটিস, ১৯৭৪ দা দিব্রুগর মেদিকেল কোলেজ টি, বি, বার্ডতা হোসপিটালাইজ তৌখিবা লায়েংখিবা ট্যুবর-কোলোসিস অমসুং এমেবিক হেপাতিতিস অমসুং হান্না লায়েং-থবসু অমুক হেক্তা হৌরকপা পায়োগোনিমিয়াসিস অসিনি। মথোয়শিং অসি মেডিকেলগী ওইনা কনর্ফাম তৌরবা ঙাক্তনি।

লায়বক থীবনা লায়নাশিং অসিগী লোয়চেম্বা মতমদা মাইখিরবা য়েক্লবা অমা ওইনা অমদি লানফা নক্রগা বন্দী ওইনা বাখলগী অমদি হকচাংগী ওং-নৈবা কয়া থাঙবা তাখি। ঐগী পুন্সি অশেংবা পুন্সিদা থোকপা অশেংবা বাবীনি, অশেংবা পুন্সিদি হৌগদবা বাংলি হায়না থৈজে। ঐ পুন্সিগী চৈনাথোল থংই, অশেংবা পুন্সিদা মসিগী অব-অনংবু ঐনা য়ুংশিজে। মথোয়গী চেকশিন মীৎয়েং অমদি মীয়ুংশিগীদমক ঐনা ঐবু মনিপুর সেণ্ট্রল জেল ইস্কালদা পুথীরকখিবা মথোয়বু থাগৎচে।

ইন্দিয়াদা লৈবা আইনগী কাংলোনশিং ঐ থজদে। মসিগী অচুম অয়ান, আইনগী শকওং অমদি মমলগী মতাংদা ঐ চিংনবা পে কই। মথোয়না ঐহাক অসিবু অতৈ মতোঙ্গা বন্দীশিংগুম্বা

বন্দীনি হায়। ময়ম অসিনা মখোয়গী মত মতুংইন্নদি ঐনা নাইনী জেলদা চহি অমা চিল্লা নমশিন্দুনা লৈরুরগা আর্মী হেড কার্টরদা থা ভয়ামুক অমুক লৈব, অসি আইন্না য়াবা অচুম্বা থবক অমনি হায়না খল্লি। মফম অদুদা জেল ওখোরিটি অমদি বন্দী অমতন্থ উবা ফংখিদে। আর্মী নত্তবা অতৈ কনা অমত্তনা ঐবু ঙাকখিদে অদুমকপু মখোয়না অদুম্না নমশিন্দুনা গুজিন্দুনা থম্মীবা অসি আইনগী মতুংইন্না তৌরবা অচুম্বা থবক অমা ওইনা লৌই। ঐনা লৈরুবা সেল ( কাথু ) অদুতং থওইনা ঙাক-শেন্নবা মেজর অমগী মখাদা লাম্মী প্লাটন অমা থম্মই। মতোন তুম্বা ( বেয়োনেট ) শঙ্গিন পানবা য়াইফল পায়দুনা গার্ডশিংনা ঐগী নাক্তা শঙই। মফমদুগী মীন মেজর অদুবু লৈমখোং জেলগী ও, সী কৌই। অদুবু মফম অদুদা চংফমমক্তদা "সব জেল, লৈমখোং" হায়না থাব, সাইনবোর্ড অমা চংফমমক্তদা লৈ মফম অদুদা জুডিসিয়েল কস্টদী অমগী হৌনবী মচংত্তি উবা ফংদে অদুগা মিলিটরী কার্টর গার্ড অমগী অশেংবা মমিদি তাই। গনতন্ত্র চৎপা ইন্দিয়াদা মদু জুডিসিয়ল কস্টদীয়া হায়বদু ঐ ইশাবু থাজহনখিবা তারি।

অদুম ওইনমক, থ্বায়দগী লাইবক থীবদি লৈমখোংদা ঐগী-দমক্তা চাননবনি হায়না পীরকপা ছু চেন্নবা চিঙাক ঐনা চাখি। ঐনা হায়রিবা সবজেল অসিগী ও, সীদা বাকৎখিদে অদুবু চেক-শিনবদি চেকশিনখি। অদুগী মহুত্তা ( বাকৎপগী মহুত্তা ) চি-ঙ্গাক্তুগী সেমপল থম্মা ঐনা থমজিনখি। ঐনা মদু ইস্কাল সেন্ত্রেল জেলদা পুরকখি অমসুং মদু জেল ওখোয়িটিনা হকচাং সার্চ তৌবদা থেত্তনদুনা ফাজিনখি। খুদক্তা ঐনা মদু ঐঙোন্দা পীরুবা অগাপোৎনি হায়বসি থোংদোকখি অমসুং সুপরিনটেন্ডেন্টতা পোৎশক্তু ইশামক্তা শিন্নগা কেমিষ্ট অমগী তেংবাংগা লোয়ননা

পোৎশক্কু আইদেন্তিকাই তৌরগা অকুপ্পা মরোল থঙহনবীনবা হায়জখি। ঐনা হায়জবগী মতুং চয়া থবক অদু মাগা ঐগতা থঙনবা ইবানিতগী ওইবা কনার ওইনা থমসি হায়জখি। মানা মাগী অয়াবা পীখি।

থা কয়া হৌখ্রে। অদুবু মহোন্দগী (এস. পী.) মতিক চাবা পাউখুম লাকখিদে। ভেম ফংহন্দ্রিবনা ঐগী কোক (ব্রেন) গী মরাইথংবা অমদি তুংথ'বা শরুক্তা সেল্ল ইরাং রাংপগুম্বা 'তীথোক ওইথোক্কবা ঈহুল কাওরকখি। থোইদোক্লসু, ঐ মহৌশাগী নংখিদ্রে, শাখিনা নিংশিংবগী শক্তি মাংখিবা অমসুং তোংশাদা চীক-থোংপা, চাকথাও অমদি থীরিন্দা চাং নাইর-ক্কবনচিংবা কয়া কাওরকখি।

অদুম্না ওইহল্লিংদবা তৌথোক ওইথোক্কনা কয়া নাংম নোংমগী তেনগৎলকখি। অদুদদি ঐনা মহোন্দ চুম্না হায়জবা তোক্কনা ঐগী হল্লবক্লিবা হকচাং থহৌনবা তকাশনখি মাগী থুম্বা লৈরিবা পোৎশক অদু থিগৎপীয়ু হায়জখি অদুবু মানা বাশকলমহুনসু মনাদা ঐগী বাকমসি হাপ্পীখিদে।

ঐনা হোৎনখিবা ঃ—ঐনা উপায় থীরকপদা, চীফ জুডিসিয়েল মেজিস্ট্রেট সেন্ত্রেলদা মাগী মমাংদা এম. এল. এ, ও, 'ভাম্বগা উনহনবীয়ু হায়জখি।

## ঐনা ও, তোম্ববু করিগী থনখি ?

ঐগী পুন্সিবু থুদোংথীবদা তারবা অসিগুম্বা চীরবা মীকুপ অসিদা ঐগা নক্লবা কনাগুম্বা অমগা উনগে হোৎনবা থৌরাং পুম্বা অরেম্বদা তাশ্রে মরম অসিনা ঐগী অমত্তা হায়রবা উপায় হায়রবু ঐগী মুমদগী লৈতুম্না লংবদা য়োবা মফমদা লৈবা ঐগী কৈরোয় লৈকায়গী ইচিম্নাও ও, তোম্বা নত্তনা লৈখিদে।

থোইদোক্লন্থ ঐখোয় অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা অমণা অংগ ঙেংবাংনরকপা লৈকায়গী ইচিন ইনাওশিংনি।

উনবা অহুদা ঐনা মঙোন্দা ঐঙৈ ন্দা পীজবা পোংশক অহু ফংননবা অমদি মহু কেমিস্ট অমদা য়েংহন্নব' অমস্তুং মতিক চাব' লায়েং পীনবা হন্না হন্না হায়জখি অমস্তুং থৌশিল অহু ইবানিত্র খংনবা ওইনা ফোংদোকপীদনবা হায়জখি। অহুবু ঐঙোন্দ' থৌওং অহু মথংগী মুমিত্তা পাউচেদা কোংই হায়না খঙহন্নকখি। অদুম্না, ঐগী তঙাইফদনা থুনা লায়েনবগী থৌরাং হন্দোক্লগ, ঐনা ফোংদোকপগী থবক অমা, ইপং পংনা তৌরুবদগী ঐগী থৌরাং পুম্বা উৎকৌ মপৈ ওইনা মাংখ্রে। ঐবুঙা চৈজবা নত্তন' কনাবুম্থ বারৌরুনিঙ'ই লৈত্রে।

ঐগী কোকঙাও বাখল: ঐবু মশক খঙদবা ছিদাক মচা থবা চিঙাক্তা য়ানশিন্দুনা পীজরে হায়বা অ'স ঐনা লোৎশিনর পামখি। করিগীনো?

থম্মোয় শেংনা হায়রবদা, মহুগী ঐগী লম্নাই অপাম্বগা মরী থরা টৈনৈ। ঐনা খল্লি, লৈমখোংদা লৈরিঙৈদা বাকৎলুরক্তি মখোয়না ঐবু হেন্না মওং তানা নিয়ম চুম্না ঐবু অমুক হন্না হু পীজরংগনি ইম্ফাল জেলদন্থু এস. পী অহু মশাক অশিংবা মখৌ খঙবা সরকারগী মনাই অমা ওইবনিনা সরকারবু কনখিবা তাবনি। মাগী সরকারগী মনা থুন চাবিবনিনা মাগী সরকারগী ফজবা শক্তম থম্বা হায়বসি মশানা তাবনি। চিঙাক্তা হু য়ানশিনবগী পাউ অসি মালংদা হেক তিনখিবদা হৌজিক মঙোন্দা লৈরিবা পোংশক অহু মাংহনখিবা হায়বসিমা শোয়ত্র-বনি। গেম অসিদা মাংজরিবসি ঐঙনি।

ঐগীদমক্তা য়াম্না তঙাই ফত্রিবদি পরিসিটি ঙৌরমগী মহুতা ঐহ'ক্কী লায়েং চংথরমগদবনি। লায়েংববু হন্দোক্লগা পরিসিটি

তৌরুবা অসি থ্রেগী অপাম্বগী ওম্ন ইতনবনি। মরমদি পরিসিটি তৌরুবনা দরকার ওইরিবা পোংশক অহু অমুক লৈররোই হায়বা থ্রে থওই অমস্তং থ্রে লায়েংবা ভারবস্থ সরকার অসিনা নিংবু নিংলবদি থ্রেবু অমুক হন্না হু শীজরকপা য়াই।

থ্রেনা পোংশক অহু থ্রেগা লোয়নবা থম্নবা লাক্লখি অহুবু ভনহেত্রে। মরম অসিনা থ্রেনা লাউথোংনা চীন্দ্রা পাউদানদনা (তুমিন্না) লাংয়েংনবগী অপাম্বা ওইরবা থ্রেগী বাখলহু নমহুনা কোংদোকপ ভাখিশনি ভশেংনমক থ্রেথোয়গী এস. পীস্থ থ্রেবু মমুং ভানা থওবীখি। থ্রেনা অরোয়বা উপায় ওইনা চিঞ্জা হু য়ানশিনবগী মরীম কোর্টতা বাকংকনি হায়না মতোন্দা কি-চন্দুনস্থ মহ'ক তুমিন লৈখি, মহাক্কা থ্রেবু চানবীরম্নবদি অহুগা থ্রেনা মাবু থাজহনবা ভম্নগদি ও, তোম্বগী মতেং নীহুনা থবক অসি গোশংলম্মোইদবনি। কেরিয়রিষ্ট অমগুম্ন: অরানবা পুম্নমক থ্রেনা মাঙান্দা ভাইশিল্লম্মোইদবনি। মতাংসিদা থ্রেগী অশেংবা অমস্থি মরাল থীগংনবা অমদি পুথোক্নবগী চহুত্ত লায়েংবা চয়বসিনা হেন্না মরু ওইবনি হায়বসি মতোন্দা থওহন্নিংহুনা থ্রে মাবু ইচম চম্না কোনশিঞ্জরি।

য়াম্না কিখি কিরুম্না অমদি পাংদনা থ্রেহাকপু অমুক হন্না হেন্না মচু তাবা হু শিজিন্নরকনি অমস্তং করিগুম্বা উপায় শি-জিন্নহুনা হাংতোকপীখিগত্রা হায়ন. থ্রেগী কেস্থ লৈতবা পুন্সি-সিগীদমক থ্রে বাখি। থ্রে হায়নিঙায় লৈতন, কীস্থরে হায়বসি থল্লুবদা অবাবগী মশক্কি। হকচাংগী ওইনা রখলগী ওইনা অমদি লমচংকী ওইনা থ্রে হান্নগী ফীভমদা অমুক হন্না লাকপা ভম্ন-রোই। থ্রে শিগদোরবা মী অমনি অহুবু নোক্লিংলিবদি, থ্রে শিববু কিখি। অহুনা থ্রেথোয়গী জাতি, মীওইশিংগী চাউথংন-বগীদমক কথোকপা অমনি হায়বসি থওহন্নহুনা থ্রেগী মীশিংদা

ঐখোয়না থাজরিবা ফীদম অমদি ইচিন ইনাওশিংগী য়াইফনবগীদমক মখোয়গী পুন্সি থৌনা লৈনা কখোক্লবা পাউতাক পীখি অমদি তম্বীখি ।

ঐ ইশাগী থাক অমা লৈজবা মীনি হায়জরি । ঐনা ঐগী প্রিন্সিপল অমদি বাথললোন উবা ওমজদে । শম্মা হায়রবদা শিগনি হায়বগী কিবনা ঐবু য়াম্না শোক্কদ্রে । মসি ঐগী ইরৈ-বাক নিংজবা, লানহৌবা অমা ওইবা অমসুং হায়নরিবা থৌনা ফবা হায়বদুবু নোক্লিংহনবা পাখোং অমনি । ঐবু কনানসু ভাকপীরোই হায়না থল্লি । ঐবু চুম্মক অয়ম্বা অমা হায়না মিংথোল পীবিগদবনি । মতুংদা ঐগী মরুপশিনা মতম চুপ্পগী চংগ্রবা ঐগুম্বা তৌদনা অতৈগী অহা-অনংগীদমক থৌনা ফনা চংগ্রবা মকম অদুদা ঐ ইশামক অমসুং থবায়না পোত্থাজগনি অমসুং পেজরুগনি । য়েক্কবনা পুখোক্লিবা মীনম্বা অসিগী মতুংদা ঐগুম্বা মীশক অমগীদমক'দ বিশেশ্বর মাগী য়েক্কবদা সবেন্দ্র তৌরে হায়বা থবরগী পাউ অসিনদি মতিক চাবনি । ঐবু সরেন্দর তৌরবা মীশক অমা হায়না কৌবীগদবনি অমসুং ঐবু হাত্তোকপীগদবনি । মসি ঐগী অপাম্বনি ।

ঐগী অরোয়বা পুংফম অসিদা ঐনা কাউথোক্কে হোংন-বদসু ওমদ্রবা এলাহবাদকী নাইনী সেন্ট্রেল জেল কম্পাউন্দ' ইন্তোরে'গেসনগী মতমদা ঐনা থুং লোম্লহুনা ঐবু হাংলগে কি-হল্লকপদা হাংপীদনবা কোক নোনখিবা অদু নিংশি লুবদা ঐগী থম্মোয় অসি ঈ থোকই । ঐনা মসিমসু য়াজৈ মতুংদি ঐগী কোক থুগাইখিবা ইন্দিয়ান আর্মীগী কমান্দর ব্রিগেদিয়র অদু তশেংনমক 'হেরো' অমনি অদুগা ঐনা মীকিথী অমনি ।

হৌজিক্কি ঐগী তোপিক্কা ল.ক্রু.না মতাং চানা বারোইশিন পীননবা ঐগী বাথলগী চময়বা অসি অতৌবা চেবাংদা মুক্তাজরি ।

ঐগী লনাই অপাম পামদদগী হেন্দোক্লুনা হু পীজবগী থোদোক অসি লোংখাংলংখিবগী থোইদোকপা মরম খরা লৈরে। ইন্দিয়াগী চংনবীগী মতুংইন্না ঐনা হেক থাকংলুবদা ইরায় লায়না [illegible]লবা বলীগী হায়েং অহুদি মরাল নিংখিনা পীগদবনি অমসুং [illegible]ন্দনা হাত্তোক্কদবনি হায়বসি ঐনা উবা ঙমখি। অহুমশা বলীগী হায়েংশিং অহু পুকচাক্লীদনক্কা থক তৌরিবা মখোয়শিং অহুগী হুকুমদা মথৌ পাংথোকলিবা তেংজরবা ঐগী ইন্দিয়াগী [illegible]চন ইনাওশিং অসিবু যুংশিদবা ঙমজদে মসি ইশামকন্থু চরাম [illegible]চংলরবা যুম লৈজদবা মীশক অমা ওইবনা ঐগী লমচংকী [illegible]থাংনি হায়না খল্লে। চরান্নরবা [illegible] ঐখোয়দি [illegible] [illegible]রা হায়হুনা হায়। [illegible] চপ মান্নব ঈরাইবক [illegible] [illegible]রবা [illegible]নি।

যুংশিরবা মতম, ঐত্তোন্দুন্থু চঙ্গুনা থোক্লবা অচম্বা থা-[illegible]দোক অসি নত্তনা অদোম্বু লৌশিং তাকন্দুনা থাজহন্নবা [illegible]তোপ্পা উপায় অমা লৈজরে। চমচ্নবনি, ওইথোক্লিঙাইনি [illegible]মদি ঐনা ইঞ্জিরিবাসগী মরমদি খিজিন হুমজিন্নবা নত্রগা [illegible]তে অমগী নত্তে, গুপ্ততগী ঐগী বারবা মাংলমচংপু নিংশিংহুনা [illegible]গী লৈজবী থম্মোয় শেংবা অহু ভাইবং মপুগী মিংদা অদোম্বু খঙহঞ্জনিংবদগী ইবনি। থাগৎচরি।

## ২৩। গান্ধী পিস কেম্পকী মরমদা অমসুং মসিগী কন্নদবদা মশোং ফনবা

“গান্ধী পিস কেম্প” অমসুং “এন আপীল বাই দ গো-র্নমেন্ট অফ মনিপুর” কৌবা লীফলেট অনিথক্কা সরকারনা

মনিপুরগী লানহৌবশিংদা মখোয়গী থুংলাইশিংগা লোয়নন (সৃ কারনা) লেপ্পা অকরবা মতমগী মমুংদা সরেন্দ্র ভৌরংবা হায়রি। মখোয়না মহু লানহৌবশিংনা "য়ুমদা হল্লকপা মুরিং হায়না পালন তৌই। লানহৌবশিংবু লেংপনা লমজিংবীরে হায়রুনা পি শিল্লবীরুনা খাইগী পুক্তি মরেলদ, অমদি জাতিগী মপুং ঈচেলদা অমুক হল্লকবা মখোয়না বা ওকশিল্লি। থোংদো অহুদা মখোয়না হায়রিবা ওফিসিয়েল লীফলেট অসিদা "এক্সত্রিমিষ্টশিংদি ঐখোয়গী ইচাশিংনি" হায়না থোনা ফনা ইরি। ভশেংনমক সরকার অমসুং মাগী থুংইবু লাল্লি হায়বদি ঐগী পাঙ্গলগী বাংমদা লৈ। অহুম ওইনমক, ঐগী অচুম অরানবী বাখলনা মসিমদি হায়দবা ভমজে মহুদি, এক্সত্রিমিষ্টশিংবু মচারি হায়রিবা অহুঙবা সরকার অহুদি এক্সত্রিমিষ্টশিংগী মপী মপা ওইবনি তারে। আট্রেলিয়াগী থুংলাম 'বুমরেং' হায়রবহুগী মতুংইন, ঐগী বারেংগী সিং "কাম্নদবদা মশোং ফনবা" হায়না থমজরি।

## ২৪। কাম্নদবদা মশোং ফনবা

হৈথোই শিংথোইরবা কুনস্তবা শতন্দীগী মপী মপানি। মখোয়গী মচাশিংনা সরেন্দ্র ভৌংবু শায়রুবনি হায়না লৌই

ঐখোয়গী জাতিগী মরাইবক ওইরিবা এক্সত্রিমিষ্টশিং ঐখোয়গী য়েরুবা নত্তে। অহুগী মতুত্তা ঐখোয়গী থম্মোয় অসি মখোংবু মুংশিবনা থুমহংলি। থোইদোক হেন্দে'ক্না মখোয় অসি ঐখোয়গী থম্মোয়দা নক্লশিল্লবা মুংশিজরবশিং ওইবনা মখোয়না চংজুরকপসি ওঙাই ফদবা অমনি।

### মুংশিরবা এক্সত্রিমিষ্টশিং

সরেন্দর হায়বসি নংগী সধারনগী ওইবা শক্তি ওইরবা পুক্তি

অনৈগীদমক্তদা য়ুমদা চল্লকপগুম্বা অমনি। থা ৬ তি ঐখোয়না ভাক-লেনগনি হায়বগী শোয়ফত্রব অচেৎপা বাফম পীরি। পী-রিবা মতম অসিগী তুদা নংবু নংগী মরূপশিংনা হাত্তোকপীব্রবদি নহাক্না সরেন্দ্রগী মরমগীদমক মপুন্সি কৎথোকপনি হায়না প্রমান তৌরবনি। সরেন্দ্রগী ফিরালবু বাংনা পায়য়ু। ঐখোয়দি শান্তিবু শন্দোকপনি, সরেন্দ্রগী পাইখনা শান্তি পুরকপা হায়-বতুদি ঐখোয়গী বাথললোন নত্তে। ঐখোয়না মহুবু মীনমদনা ময়েক শেংবা পোলোয় অমা পামই।

ঐখোয়গী পিস কেম্পতি নং অমদি নংগী হকচাংগী অমাং অতাবু সরেন্দ্রগী নোংগোক্তগী কনগনি। নংগী মরূপশিংগী থুংবা নংনা কৈদৌনুদসু সরেন্দ্রগী চৈফু নংলোই। মরমদি ঐখোয়গী পিস কেম্পতা থা তরক্কীদমক নখোয়গী পুন্সিবু কনগনি হায়না অচেৎপা বাফম পীরি।

পিস কেম্প কুইনা লৈসনু
নংগী তুংলমচৎ অমদি সরেন্দ্র
সরেন্দ্রবু য়ু বা অসি তঙাইফদবনি
ঐখোয় নংগীদমক লেপলি।
মমা মপাগী মুংশিবগা লোয়ননা
মনিপুর সরকার,
এক্সত্রিমিষ্টশিংগী মপী মপা।

"এক্সত্রিমিষ্টশিং অসিদ ঐখোয়গী ইচা" হায়বতু মনিপুর সরকারদা ওইরবনা আইন য়াহনা লিংলবা সরকার অসি এক্স ত্রিমিষ্টশিংগী ফরবা মপী মপানি হায়না শোয়ফদনা মি থোনবা চুমলে।

অসুম মীভোন্দ পাল্লসনু লংথিবতু হল্লক্নুনা মশাদা পাল্লবে। অশোয়বা অসিবু থাগৎচরি।

এন, খিশেশ্বর

## ২৫। মনিপুর, মনিগী লম

ঐখোয়গী থৌজিনবা কল্লবা অচৌবশিংনা পৃথিবীদা লৈবা অপীকপা স্বর্গনি হায়বগী মতুংইন্না ঐদি মনিপুরদা স্বর্গ অমা নত্রগা হুইজরলেন্দ অমত্তা কংদে। অহোইনহুম পীক্লবা লমদম অসি অরংবা চুমিংকী মশেক মঙাল কংব্রবা পৃথিবীদা লৈবা নোংলোক অমনি।

থ্বায়গী ওইনা লমদম অসিগী মীনা মখোয় মশাগী থাক অমা থমজে, ফী ফজনা শেংলি, লু- চল্লি অমসুং মখোয়গী য়াই-খোং মতম চুপ্পা মোমোন নোংকই। অশেংবা পুক্নিংদা পোকপা অমা, লীলা কয়াদা মশাগী সংস্কৃত অমদি ধর্ম্মগী মপুক চোল্লবা পূক্নৈ লৈজবা রোমান্টিক ওইরবা মী কাংলুপনি মখোয় অহুব হংলিবা বাহংদি মনিনি—মখোয় লমচত্তা লু হেনবা, থুনায়গী ওইনা ফীজেৎ চাকচা নিংথিরবরা অমদ লৈঙাকলোনগী ওইনা মখোয়গী থাক অমা থমজম্মা?

কনাগুম্বনা থৌওঃ অমবু অশেংবনি হায়না দাবী তৌবা ঙম্মা, লীনগী হন্দোক্লম্বা মকুবু অশেংবা লীম্নি হায়বা ঙম্মা?

শেঙা থুমজা, য়ু অমদি ফুপীবু মখোয়গী হকচাংদা চেল্লিবা হিংনমবা ঈ ওইনা খঙল্লিবা ঐখোয়গী রাজনিতী নেতাশিংদদি মখোয়সি যাওত্রবদি হিংবা ঙম্মোইদোরিবা, মখোয়দদি লাইবা ওইরবা অসিগুম্বা থুনায় অসিবু শেংদে ফীনবা কনাগুম্বা লৈ-লাকপরা?

রাজনীতিগী ওইনা মরায় তাব্রবদা, শেল থুমগী ওইনা মোংলবদা, অমদি থুনাইগী ওইনা কাংথোং চায়রবদা ঐখোয়গী লমচৎকী থাকয় শাথীনা নেমত্রে অমসুং লৈথা ফাওবা তারে।

মনিপুরগী অতিয়াদা মংলিবা নোং অসি চাউখৎলবা পৃথিবী অমগী মচৎশিংদগী লাপথোকপ্রবা ইফোং কোংবা শেঙ্গা থুমজাবু থিংবা ভমজ্রিবা, রাজনীতিগী ওইবা মীহাৎ, থুৎলাই পায়রগা য়াম্ৎনবা, লাঙ্গপ্রবশিং হাৎপা, পাকতক্লনা নমহ্নুনা পাদোংবা, লুট তৌবা, মীনম শোরিবা কয়া অসিনি ।

অসিগুম্বা ওইরকলিবা শকওংশিং অসি মখোয়গী পংলবা প্রজাশিংগী অরেম অপা মথক্তা মখোয়গী সম্রাজ্য হায়বদি (রাজনীতিগী শেন্দোং) শাগৎপা ভম্বা থরগী অপাম্বদা শীরকপা খুদম চাংদম্নি হায়না খনবম্ হ্মাই । অদুম ওইনমক মসি মনিপুরগী মীয়ামগীদি অদাবা শমনি । মসি ফজরবা মনিপুরগী লমদমগী মতম অমদা লাইরমজেন ওইরম্বা হৌজিক্কা থম্মুং লৈপাক ওইবগী অশেংবা শক্তম্নি ।

ঐখোয়গী মীশিংনা অতেক অকায়গী মতোন্দা লেপ্পরবা অমদি মীহাৎপশিং অমদি কোম্বীং ওপরেসন (লোংউপ তানবা) গা লোয়ননা হিংব' তাপ্পবা তানক্রম অসিদা পেন্থোকপা ভম্বগী থাংল শন্নোক বু ঐনা য়াবা ভমদে । ভমথীবা শক্তম্না ঐখোয়গী হৌজিক ওইরিবা অদুগা ঐখোয়গী তু লমচৎনা মশেল মরাংলি । ঐখোয়গী ইরাইবক অসে দৎপীপ্রৎলম্না ঐখোয় পুন্সিগী হুংভাইবা অমদি হুংভাইরবা যুমদা লৈজবনু ইথাইবক্তা তম্বীরমজ্রে । মনিপুর তারক্লবা হুমিংনি অমম্বুং তারক্লবা থবানমিচাক্লি হায়বা পাম্বে অসি য়াম্না পাম্না শিজিন্নরক্লি ।

## মনিপুর অসি হিংলরোইদ্রা ? মসিবু তেক্লবা জহাজ অমগুম লুপথরবা ?

নত্তে., ঐখোয়গী পুন্সিগী লানকম মাই পাক্রবগীদমক ঐখোয় হিংং হৎপগদ্রা ? "চৌংথৈ হল্লবদি নোংতাজবনি" হায়বা অমবা

অহিংনা নোংডাম্নকপগী খুদম্নি হায়বা ঐখোয় মীতৈগী লিম্নবা থাজনবী অহুদা ঐখোয় থাজে।

ঐখোয়না হাজম্নক্পসি অমম্বা অহিংগী থাক অমা য়োর-বনিনা আশাগী মঙাল অমদি উরে হায়বা ভাকই।

অহুম ওইনমক, হৌঅবা হুমিংশিংগীদমক হাবনদি ঐখোয়-গীদমক অফবা করিস্ত পুরকলোইদবনিনা ঐখোয়না তেংথাহনা কমহুনা লৈখোকপদি চুমদে। পাপ অসিবু বর ওইনা ওম্থোকপা অমম্নুং হৌগত্নুনা মাংলোমদা চংশিনবা হংম্নবসিনা ঐখোয়গী ফিদম্নি।

## ২৬। কুম্মৈগা লোয়নরবা নিংথিরবী মনিপুর

থাবল চোংবনা য়াওশংগী ( হোলী ) য়াংলেন শক নত্তবরা? থাবল চোংবা য়াওদনা য়াওশং মথন্তা মপুং ফাগদ্রা? অহু-ওমহনা য়াওশং য়াওত্রবদা, মনিপুরদা হয়াও কুম্মৈগী অর্থ লৈতে।

ময়েকীদি হয়াও কুম্মৈশিং পুংলপদবা হুমিংশিং খুৎ থেক্নুনা পাবদা থবক চিনজবা মীনি ঐখোয়। হয়াও কুম্মৈ য়াওত্রবদি মীতৈগী পুন্সি য়াওত্রে হায়বদা অঙকপা নত্তে। হয়াও ভয়াম্বর পামজবা কুম্মৈনা লুপশিল্লবা মীওইনি ঐখোয়। মীতৈ খুনাইগী ধর্ম্ম অমদি কলচরদি হয়াও কুম্মৈগা শ গোম্নবা ওইবনা হয়াও কুম্মৈনা খুমাইসিগী শিংলিদা চেল্লিবা ঈ ওইরি। কনা অমত্তনা হুম্নকপবু থিংবা ওমদে। ঙসিগী নহা ওইরিবী হুপীমচাশিং হয়েংগী মমাশিংনি, নহা ওইরিবা হুপামচাশিং মথংগী মীয়োলগী মপাশিংনি। মরম অসিনা ঐখোয়মা কুম্মৈ থুদিংমকপু মথাদা চেংনা কোনজবগী য়াইত লৈ। মসি মীংয়েং অমত্তগী হানি।

মসিগী ওম-তৈনবদা, মীতৈ খুনাই অসি থম্মোয় মরাং

হৌহনবা কুম্মৈশিং অসিমা নীংহন্নবা ইনবীরে। চহিগী বা খিদনা মীপুম খুদিং চহি চুপ্পা ময়ায় কারবা কুম্মৈশিংদা তাওরে, মসিমদি পুন্সিগী মতমদা পাংথোক্কদবা মরু ওইবা থৌরমশিং পাংথোকহল্লে করিস্সু লৈতবা অপং থৌনাশিং অসিদা ঐখোয় অমুক থম্মোয় শেংনা মিংতাংলুরে। হয়াও কুম্মৈ তোক্লসি হায়বা নত্তে কা হেনবৰু হল্লসি হায়বনি।

চাওখৎপা খুনাইগী ওয়-তৈন্নবদা মনিপুরদা ঐখোয়না নোংমগী চরা হেল্লবদস্লু কেসন অমদি ফুরিৎ খোংগ্রাওগী মোডেল কটিংগী থাক হল্লদনবা লাক্লে। ময়েকৌদি লাইরবা হায়বসিনা খুনাই অসিগী কেসন অমা ওইরবা, শেঙ্গা-খুমজাবনা লেম্লবা মতম অসিদা ঐখোয় কেসন্দা য়াম্না ইনাক খুল্লি। ঐখোয়না হয়াও কুম্মৈদা কা হেনবা অসিনা পুরক্লিবা অমাঙবা অসি খিংনবা লাক্লে ভাহৌইমচুম পুক্লিং থৌগৎনরে। অনিংবা য়াওনা ঐখোয়না ঐখোয়গী তুংলমচৎপু হাত্তোকপা পাম্লে হায়বা য়াই।

য়াওশংগা লোয়নননা ঐখোয়গী নহারোলশিং মুংশি লৈকোন্দা শাংকায়, রোমিও অমসি জুলিয়েটশিং খুৎকা খুৎকা শয়না জগোই শাই, মিৎচাটৈ, থম্মোয় মহি চেঙ্গে। মখোয়দদি স্বর্গগী লৈকোন লৈরে অদুবু মদু পাপ্পা থন্নবা পৃথিবীসিদা ইডেন অমা ওইবস্লু য়াই। অদুবু ঐখোয়না মসি পামজবা ইডেনবু নত্তে,হায়বা খঙই অদুগী মতুঙ্গা নোংরোক ওইরবা পৃথিবীগী সন্তানশিংনা অপঙবশিংবু লাই ফত্তবা ওলহন্নবা অমসুং ঐখোয়গী নহারোলশিংবু লাইরমলেন্দা কাখিদনবগীদমক চাকঙ্গু খিংলিবা উইৰু অনিংবা অমগা লোয়ননা ইনশিনবনি।

চাকঙ্গু খিংলিবা উইহ চাকবদগী ঐখোয়গী নহারোলশিংনা নীংঙমদনা তেংথারকই মঙাক্লবগী ঈপাক্তা তাকৈ, মখোয়গী পুন্সিগী খতুদা, মরু হুলহৌগদবা মতমস্লু খাঙহৎকা ময়োল থৎলি—মুংশিরবা য়াওশং থারবা তুংলমচৎ।

## ২৭। মনিপুরদা পেন্সবগী ঈহৌশিং

(ক) য়োং-ভাং তৌরগা হেন্না ফবা ফল পুরকনি হায়বসি মীফং-ভশিংগী পাউতাক্নি। "রাজনীতিগী বা'শক" হায়না খঙনবা থা-জনবী অসিনা মখিং-মরাংহন্দুনা মনিপুরদা রাজনীতিগী শকওং অসিদি য়াম্না শাথীনা হোংঙবনি। মনিপুরদা ষ্ট্রাইক, ডেমোন্স-ট্রেসন, হিংসাগী নত্রগা অহিংসাগী পেন্দ ঈহৌশিং অসিনচিংবা খোক্লিবা অমদি হৌজিক্কী পেন্দরা কয়া লৈরিবসি বাশক (রাজ-নীতিগী) অসিগী খুদোলনি। মনিপুরদা ঈহৌশিং অসিনা নীংশিংহল্লি মহুদি থাজনিঙাই ওইবা বাশক অমা হায়বগা রাজ-নীতি নেতাশিং অমদি ইকাই খুম্নবা মন্ত্রীশিংতগী বা'নি। রাজনীতিগী থাক্তা থাংহল্লবা বাশক অমা য়াওদনা মনিপুর অসিদা ঈহৌরকপশিংবু পাক পাক নেমথনবা য়াদে হায়না ঐনা খল্লি।

(খ) মনিপুরদা, ঈহৌ হৌরিবা অমদি ষ্ট্রাইক তৌরিবশিংবু নমথনবা অনৌবা পাম্বৈ অমা লৈ। পুলিস এক্সান হায়বসিনা ভত্তনা উরিবা শকওংনি। ঐখোয়গী মচু তারবা পুলিসশিংদি হৌরম অসিদা অনিশুবদা লৈবা নত্তে (অহানবদা লৈ)। অহু-মকপু থুংথিজবা বাশক্তী মরুদি ঐখোয়গী প্রজাগী লুচিংবা ঈকায় খুম্নবা মন্ত্রীশিং অসিদতা ওইরি। মখোয়গী লেঙ্গাশিংদগী হুম্ববা নত্রবদি মখোয়সি বাশক অমা হায়বদি মীনম্বা বাশক অমা শক-পদদি লেঙ্গাশিংতুগী মথক থোংবনি হায়না খল্লি। ঐখোয় মখোয়গীদমক চাউথোক্তে।

(গ) ঈহৌ (ষ্ট্রাইক) কয়ানা মতমগী চংনবী ওইরক্লবদা লাল্লিবসি কদায়দনো হায়না ঐনা থিন্দুনা তাকপা ঙমদে। ঈহৌ অমা হৌরবদি মথংদা অমত্তু হৌরকনি। ঈহৌ অমদি ষ্ট্রাইক য়াওদনা মনিপুরদদি কয়িগুম্বা থবক অমত্তা পাঙথোকপা

ওমদে। মরম অসিনা আন্দোলন ( ষ্ট্রাইক ) নত্রগা ঈহৌ অমা ছায়বসি করিগুম্বা দাবী অমগী তঙাইফদবনি। মসিনা মতম মতমচুগী চৎনবী ওই। ঐখোয়গী মন্ত্রীশিং অমদি এম, এল, এ শিংনা তুমিন্না লৈখোক্লিবা কন্নিগীনো খনবদা ওকই। মখোয়মক মখোয়গী ওইব। ঈহৌ লৈফম খোকই নত্রগা মখোয়গী মীশিংগী ঈহৌদা মখোয়মক য়াওশিনগদবনি নত্রবদি মখোয় তোথাম্না তাহনা লৈগনি।

(ঘ) ডেমোক্রেসীদি ঈহৌশিংগী মকোননি। ষ্ট্রাইক তৌবা অমত্তং ঈহৌ হৌবগী অধিকার মসিনা নী। ঐখোয়না মসু মাংহন্নোইদবনি। ( অথম্বা ওপোজিসন্না অমদি মন্ত্রীশিংনা কীজং মরুমদগী মমাই চুম্নকপা ) ঈহৌশিংগী পান্দমসু মসি ওইম্বদি ঈহৌ হৌরিবা মীশিং অসি ডেমোক্রেসীগী পাখো তাকনি। ডেমোক্রেসীবু মুংশিবশিংনা মসিবু ( ঈহৌ ) য়োকখৎকদবনি।

(ঙ) ঐখোয়গী লাইবক মনিপুর ষ্ট্রাইকদি ইনাক খুল্লি। রাজনীতি লুচিংবশিংনা বাশক শক্নবা য়ান-চে চৎকনবা ওইবা মতমদা লোইনাংশিংদি ষ্ট্রাইক তৌগনবা হাক্তা ওই।

বাশকপা হায়বসি চুপা থওদে লানবা থওদে ষ্ট্রাইক তৌ-রিবশিংবু নমথবগী লান্দা শিন্দিন্নবা কাম্নবা মৈখু ফাংনি। অশেংবমক মসি তিন পুবনা লিনবু পামজবগুম ঈহৌ পামজ-বশিং অমদি মন্ত্রীশিংনা পুখোকপা অাট অমনি। গান্ধী তুপী উপলগা ঐখোয়গী মন্ত্রীশিংনা "ওম্মগা লোইনে অফ-কত্ত থওদে" হায়না লাউজবদা চিংনবা লৈতে। মোৎকে মোৎসমু য়াম্নমু লৌনম্বা অমদি শাথীবা ওইসমু ঐখোয়গী মন্ত্রীশিংনা হয়া হয়া মীনম্বা অমদি পাংথোক্লয়োইদবা বাশক শকপা তাই। তুং-কোয়বা লোন্সেন পীবগী মহত্তা হায়রিবশিং অসি মতম কুইদনা মীনম্বা শান্তি অমগী বাশকশিংনি হায়বদ' চিংনবদা লৈতে।

মসিনা মখোয়গী অপাম্বা ভাকই। মসি মতম চুপ্পদা মাই পাক্লনবা লৈরবা মন্ত্রীশিংগী, মন্ত্রীশিংগীদমক মন্ত্রীশিংনা শকপা বাশক্কি। ঐখোয়গী মন্ত্রীশিংনা হেন্না ফবা চংলমচং অমদি ফজ পুরক্লনা মীয়ামগী সেবা তৌরিবা নত্রা? মখোয়গী থাজবা অসি ময়েক শেংই অমদি মেৎনভাই লৈতে। মখোয়না থাজনা থবক তৌবা অহুদগী হেন্না ঐখোয়না পাম্নবদি ঐখোয়না অথাঙ কনবা অমসুং উটল কনবগী ডিসিপ্লিন ঔম্বাইগদবনি হায়না আশা তৌই।

অতোপ্পা অমরোমদা, রাজনীতিগী ওইবা স্ট্রাইক চত্থবা (অথম্বা কাংবু) রাজনীতিগী লুচিং যাওরবা নিউক্লিয়ার থুং-লাইশিংবু কবন্না অমসুং করম্বা মতমদা শিংজম্নগদগে থংবা কাং-বুম্ব লৈরি। মখোয়না মখোয়গী অকনবা ঈহৌগী লানগী থুঞ্জু থুংলাইশিং শিজিন্নহুনা মখোয়গী ত'র্গেত মাংহল্লবা মতমদা মখোয়না গেম অহু ভবগী মনা লৌই হায়না ঐদি থাজে। অহুবু ভশে'না লানগুম ফীরাল পার্টিরবদি কেবীনেটতা যাওবা কন'শুম্বা অমা নত্রগা ওপোজিসন্দা য় ওবা কনাশুম্বা অমনি।

রাজনিতীগী থৌরাং চিংনবা অসিদা মনিং তম্বা ভাবক অমা ওইনা ঐ অসুম কৈ থোক্লগদ্রা ?

(চ) ঐখোয়গী মীওইশিংগীদমক্তা ঐনা, ওইরিব রাজনীতিগী হোংলকলিবা ফীভম য়েংনা ঐখোয়গী মীয়াম্না য়াহুনা হাপ্লবা চীফ মিনিস্টর অমসুং মকমশিংদা সেন্তরনা য়াহুনা হাপ্লবা আর, কে, দো'রেন্দ্র অমা "নে রবেদ' রাজদূত ওইনা" থাদনবা অহুভম্বা রাজনীতিগী এবং অমা পুরক্লবা ঈহৌ অমা পুরকপা তারিবরা?

ঐনা হায়নিংলবদি মচাক (দোরেন্দ্র) কবিম্ব নভবদা থাবা র'কহুত্তনি। মানা Noiway দা চংপদ Norway বাকৈগী (R) লৌথোকপ্পগা No way দা ত রে। মরম অসিনা মরাঙংনা মহাক "মকম থঙদবদা থাবা রাজদূত" কী ফীভমদা হুহুনপ্রে।

চৎনরক্লিবা ঈহৌগী মওংনা কনাগীসু মঙিৎ থাকপা থুপ-ত্রবসু ঐখোয়গী মীশিং অসি ঈহৌবু মশক খঙবা কাংলুপনি হায়না আশা তৌই। চৈরক অসিদা, ঐনা অদোমগী মিৎয়েং চিংশিনজরি মহুদি ঐখোয়বু অত্তোপ্পনা চীলহায়দা শাসন তৌরিবা, ঐখোয়বু থাগৎপীরক্লবা কোক নোল্লিবা অসি ঈশ্বরগী কৃপাদগীনি।

মখোং তেকপা অমদি মরোল থোক্তবগী লমদা ঐখোয়না ঐখোয়গী ইথক্তা অচুম্বা অমসুং মীহুৎশিগী মহুত্তা মাগী পাম্বোম পাঙ্গলনা ঐখোয়গী ইথক্তা পানবীনবা অহুত্তম্বা কনবীবা ঙম্বা মীশক অমা তঙাই কত্রে। ঐখোয়গী অরোইবা নাপী মচা অমা ফংজহৌনবা ঐখোয়না করিগী উট ওইরোইদৌরিবনো ? ঐখোয়গী ইচ্চৌশিংগী সেবাগীদমক্তা করিগী ঐখোয়না পোৎলুম পুবা শা ওইরোইদৌরিবা ? ঐখোয়গী ইচৌশিংগী মরমগীদমক ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সি কথোকদবনি।

মখোয়গী চুম্‌ত্র ব হৈদা, অহানবদা ষ্টেট এসেমব্লীনা থন-খিবা অ.শংবদি সেক্তরনা হকথেংননা হাপলকপা দিল্লীদগী লাকপা সরকারদু ঐখোয়গী মীশি না তরায়া তৌই। মসিবু কনাগুম্বনা আইন কাংদেন চুম্ন লৌখৎপা সরকারনি হায়রবদি মহাকপু পাউ লাম্না পীরিবরে।

## ২৮। চহিংচা অসিগী অরানবা থবক

স্যার, ঐনা মনিপুর ভম্পাক্তা হৌরকখি হায়নরিবা লাল-হৌবু মায়োক য়ানবা লাম্মী খাজিন্নকখিবা ১৯৮০ গী মনিপুরগী দৃশ্য অহু মিৎয়েং ভাগীনবা অদোমগী মিৎয়েং চিংশিনজরি। ময়েক্কীদি লাম্মী ( ইন্দিয়ান আর্মীদি ) আর্ম কোর্সেস স্পিসিয়েল

পাবার এক্ত আসাম—নাগালেন্দ ১৯৫৮ গা লোয়নরবনি অমসুং অথরবা শক্তি অসিগা লোয়ননা মখোয়গী তমথীরবা, ঐনদি "লাজোই চন্দুনা পাদোংবা অমসুং হাংপা" হায়না খোজনিংবা কোম্বাং ওপরেসনশিং ( লোংউপ তানবা ) হৌরকখি।

তাজা ( পুংকম ) অহুদা অহুম্না লাম্মী থাজিনবা অসি মপুং ফাবা নত্রগা ফাদবরা হায়বহুতং প্রমান তৌনবা মতমহুগী ১৯৮০ গী দৃশ্য পুশিনজরবনি। চুম্মী, মতম অহুদা, অতৈ লানহৌবা থুংপুশিংগা লোয়ননা প্রিপাক অমসুং পি, এল, এ থুংশয়হনা লাকখি।

অহুবু হংনিংঙাই ওইরিবদ বাহংশিংসিনি :—

( ক ) ওর্গেনাইজেসন অমি অসিদা মীরৈপাকী থুং য়াওগ্র' ?

( খ ) লানহৌবশিংবু শোগৎনবা মীরৈপাকী থুংলাইশিং থুংলখিব্রা ?

( গ ) মতমহুগী লানহৌবশিং অহু অশেংবরা মীরৈপ ক্তা নত্রগা অতৈদা ট্রেনীং তৌরবা লানহৌবশিংলা ?

( ঘ ) মতম অহুদা লানহৌবাশিং অহুনা ইন্দিয়ান আর্মীবু আক্রমন তৌরবরা নত্রগা হাংলবরা ? ( মসি পনবা য়াই মহুদি থুদোং চায়বা মনিপুরগী চৌংশিং, নাগালেন্দ অমদি মিজোরামগী অকোয়বদা নাগা অমদি মিজো লানহৌবশিং লৈরিবা, মনিপুর তম্পাক অসি ইন্দিয়ান আর্মীগী ঈংনা চীক্লা লৈজকম য়য়ুম ওইরে। অহুবু মনিপুর তম্পাক্তা কোম্বাং ওপরেসনগা লোয়ননা আর্মীনা মাগী যুংশিরবা পোথাকম য়ুম মাংথি। মহুগী মহুতা মখোয় অয়বান গোরিলা মায়োক্নবা তাখি) ?

( ঙ ) প্রিপাক অমসুং পি, এল, এ না শাথীহল্লবা ফিভম অসি নক্সালবারী ঈহৌনা ফংহন্ত্রবা ফিভম অহুওম হেন্না ফিভম লুবরা ?

( চ ) মনিপুর ষ্টেটকীদমক্তদি অহু কস্ত্রোল তৌবা ঙমজবরা ?

মসি অচুম্বা বানি মহুদি মথকী চ.র্জশিং অসি ১৯৮০ গী মতমহুগী প্রিপাক অমদি পি, এল, এ গী মায়োক্তা অমত্তা থাং-গৎপা ঙম্মোই । ফিভম অহু কস্ত্রোল তৌবা ঙমজে হায়না অসিগুম্বা মরাল অনহা থাংগৎপা ঙম্মোই ।

ফিভম অসি খক্করগা, ১৯৮০ মানপুরদা আর্ম ফোর্সেস স্পিসিয়েল পাবার এক্ট পুশিন্দুনা সরকারনা ( M–Sector ) হাংদোকপা অসি সরকারগী অশিংবা বারেপ্রা ?

মতম অহুগী প্রিপাক অমসুং পি, এল, এদি মতমহুগী নক্সা-লাইটশিংনা বেঙ্গল, বিহারদা অমদি ইউ, পীদা তৌবগুম মপাঙ্গল কন্নে, মতমহুগী প্রিপাক্তি লাংলহৌবা ইন্সরজেন্ত তংখায় ফাওবা ওইত্রিবনি, মসিদা সরকারনা মতম অহুগী ঈরাংনা ১৯৮০ গী মনিপুর তম্পাকী ঈরাংদগী শরুক চামা হেন্না কল্লবহু বেঙ্গল সেক্তর অমদি বিহার সেক্তর হায়বা অমা হাংদোকপা তৌদনা আর্মীবু স্পিসিয়েল পাবার এক্টনা পাঙল পীরবা মনিপুর সেক্তর হাং-দোকলিবগী মরম চাবা করিনো হায়বা খঙদে । বেস্ট বেঙ্গল অসি মনিপুরগুম্বা সেনসিটিব ওইবা, মনিপুরগুম্বা বোর্ডরদা লৈবা ষ্টেট অমনি । অহুবু ১৯৮০ গী প্রিপাক অমসুং পি, এল, এগী থবকশিংদগী মতম অহুগী নক্সলাইটশিংগীনা শরুক চামা হেন্না চাউরবহু অমদি মতোল লোয়বহু ( আর্ম ফোর্সেস স্পিসিয়েল পাবার এক্টকা লোয়ননা বেঙ্গল সেক্তর হায়বা অমা হাংদোকখিদে) ।

মথকী বাফম অসি য়েংলগা, বারোইশিন অসি পীরি মহুদি ১৯৮০ দা মনিপুর সেক্তর হাংদোকখিবা অসি তশেংনমক রাজ-নীতিগী ঈথিল চংই । অহুবু ময়েকীদি, মসিনা লাউথোক্ত্রবা লান অমনা মাইথুম ওইহুনা প্রিপাক পি, এল, এ অমদি অতৈ থুংপুশিং অমদি থুংলাই পায়দবা অপাবা প্রজাশিংগী মথক্তা

লান্দারকপনি।

১৯৮০ দা মনিপুরদা হেঙ্গৎলকখিবা (তেমথেং) অসি লানগী ঈহৌ অমগুম থনবা নত্তে হায়বা ঐগী লমাই মিৎয়েং লৈতে। মসি ইন্দিয়াগী অপুনবা শক্তম অমদি সেক্যুরিটিদা শীঙ-নরকপা অময় নত্তে। অসিগুম্বা ইন্দিয়াবু চোইজাইনহন্নকদবা বাহং অমত্তা মতম অহুদদি লাক্তি। থোইদোক্লস্থ মসি দিল্লী-বালাশিং হায়না থঙনবা মনিং তম্নবা ইন্দিয়নশিংগী মায়োক্তা লৈংতমজ্রিবা ইন্দিয়ানশিংনা শোক্লজবা মীয়াম্গী কাংলুপ খুদিংমক্তা য়োকথৎ শোগৎকদবা লাম্বং অমনি। মতম অহুদা সেত্তরনা য়েৎশিনবা করিগুম্বা বাহম্লোক লৈতে, সেত্তরনা করিস্থ তৌ-নিংঙাই লৈতে।

মসি মতম অহুদা লাম্মীগী মীওইশিংনা ইম্ফাল সহরগী অকোয়বদা গার্ড অমদি প্রোতেক্সন য়াওদনা ইরায় লায়না এত্তেক তৌনবগী তংজা পীরবস্থ মতম অহুগী প্রিপাক অমম্বুং পি, এল, এ না ইন্দিয়ান আর্মীবু এত্তেক তৌংদে অমম্বুং হাৎ-খিদে হায়বা বাকম অসিনা বাকম অসি প্রমান তৌই। অচুম্বা-মক্তি মতম অহুদা প্রিপাক অমম্বুং পি, এল, এ না লাম্মীগা করিস্থ তৌনিংঙাই লৈতে। মহুগী ফলনা হৌজিকী অরবান গোরিলা লানহৌবু মপোক তমহনখিবা লাম্মীগী কোম্বীং ওপ-রেসন অমম্বুং মহুগী ফলনা প্রিপাক অমম্বুং কে, সী, পী, রেড আর্মী পি, এল, এ নচিংবনা লাম্মীদা লান্দাহনখিবনি।

হৌজিক্তি সরকারনা মথোয়না হোদোকচবা গোরিলা লান অমা হুকথেংনবা তাম্রি। মরম অসিনা, মথোয় ইরায় লায়না ফংগদবা বলীগী হাথেং অমা খিবদা থবক চিল্লি। সেত্তরনদি লাম্মী কৌশিল্লকপা অসি ষ্টেট সরকারনসি হায়রি। অহুবু অরোনবা ওফিসিয়েল পাওউ অমনা থংহাল্লি মহুদি আর্ম কোসে স

স্পিসিয়েল পাবার এক্টকী মথাদা অর্মী কৌশিন্নবা নমহ্নুনা সহী তৌহনখিবা মতম অহুগী চীফ মিনিষ্টর আর, কে, দোরেন্দ্রনা সেন্তরনা লান্মী থারকপবু মায়োক য়াখি। অহুম্না মহাক্না মায়োক য়াক্নবা অসি মাবু চীফ মিনিষ্টরগী ফমফমদগী থাংথখিবা মরম কয়াগী মরক্তা অমনি।

মরম অসিনা, অয়ে'ইবা মচা থায়না য়েংবা মিৎয়েংদা, ১৯৮০ গী সেপ্তেম্বর ৮ দা আর্ম কোর্সে'স স্পিসিয়েল পাবার এক্টপু চৎনহনখিবা ঒সি ঐাখ য়গী মীশিংগী মমিত্তা সরকারনা ঐখোয়গী পংজনবা প্রজাশিংবু মাইথুম উপ্পুনা লান্দারকপা অসিবু লোৎশিন্নবা মৈথু ফীজং ওইনা উহল্লি, মাফম অসিমা য়েৎনবি-ভাই লৈতনা য়ারবনি। মরমদি মসিনা মখোয়বু (সরকার) মনিপুরগী মীচম প্রজাদগী তোথায়না তাহল্লি।

হৌজিক্তি লোৎশিল্লবা মাইথুম অহু চাংদোক্লে অমহুং মহ্নুনা সরকারবু মবুক য়েকগল্লে। ময়েক্কীদি হায়রিবা থুৎলাই পায়বা লান্দাবা অ'স আর্ম কোর্সে'স স্পিসিয়েল পাবার এক্ট হায়বা মমিং অমা লৌরগা লান্দারকখিবনি। অহুম ওইনমক তৌশিন্নবা লাংলো কয়াদা লোৎশিন্নবা লাক্নহ্নুনস্থ ঐখোয়না লোৎলিবা মমায় অহুদি উবা ওমই।

অচুম্বমক্তি, মখোয়গী তুকচবা লোইলম শন্দোকপগী প্রো-গ্রামবু মীয়ামগী পাঙ্গল অমদি থিংওমজ্রবা ইতিহাসপু নাথৈবীরগা পাংথোক্লবদি মখোয় মৈগী চীং অমগী মথক্তা শাফরে থম্না কম-জরবস্থ মখোয়গী অশোয়বদি মসিনি মহুদি মখোয় অপংবগী লাই-রমলেন অমদা লৈরি।

তৌববুদি মীওইবা হায়বা জীবসি শোয়হৈদবা নত্তে, অহুবু তৌপে য়াওনা পাংথোকপা থবক অ'সি চিংনবা লৈতনা, ভাক-শীনিংভাই লৈত্রবনি। অমুক হন্না হায়রবদা, অসিগুম্বা থোপাং

অসিগী মীনম্বা লাংলৌ অসিনা অমুক হেন্না তাকপীকম থোকত্রবনি। মসি ভশেংনমক অয়ানবা থবক্তি। হায়রিবা মনিপুরদা আর্ম' কোর্সে'স স্পিসিয়েল পাৱার এক্ট অসিবু বাশক্না পুনবা থৌদাং ওইনা পাংথোক্লবদি, ঐনা শোয়দনা হায়বা ঙমই মহুদি. শেল-থুমগী, লৈতাকলোনগী অমদি খুনায়গী চাওখৎনবগী দমক্তা শেম্বা চুং-ফীয়ান চাবা লালওং অমদা ইন্দিয়ানাইজেসন পোরম য়াংথিবা অসি ভশেংনমক খুকউ-খুয়াই ভত্তুনা তুবা ভাবনি। মথোয়গীদিং মতাং অসিদা চেকশিন্না তুংিন্না লৈথোকপা ফগনি। মরিক চুম্বা শান্তিগী পুজারী শান্তিয়হুনা ঐখোয়গী ইরাইবক অমদি তুংলমচং শেমগংপীবগী মিংদা ঐখোয়বু লান্দাবীয়গা মাইথীবা পীনবা হোৎনরগা মখোয়না শান্তিগী ৱ.রী শায়িবসি মথোয়পীদমক্তা ইকাইবী।

ভসি ঐখোয়না কিগদবসি হকথেংননা লান্দায়কপা অমদি ফোংনা লোই চনশিন্নকপা অসিবু নত্তে। ঐখোয়না হেন্না কিগদবদি ডেমোক্রেসী (ডেমোক্রেটিক ইউনিয়ন) অমগী মিংদা ঐখোয়গী ইরাইবক শেম্বীবগী মিংদ ঐখোয়গী থোং-খুৎ য়োংহন্লিং চনশিনবীহুনা কনাসু থংহন্দনা ঐখোয়গী পুক্নিংবু মথক মথা ওনবীরিবা অহুগুম্বা মথক্তা পনপ্রবা ডেমোক্রেটিক ইউনিয়নগী মিংদা লোইচনশিনবা থংচন অমসুং মাইথুম উপ্তুনা লান্দায়কপা অসিনি।

ঐখোয়না মসিগী ভয়লাইশিংবু করিগী লানথেংনক্ফম থোকপগে? ঐখোয়না প্রোপেগন্দাবু প্রোপেগন্দভনা, বাথলবু বাথলভনা, খুৎলাইবু খুৎলাইভনা করিগীদমক লাম্থেংনগনি? মরমদি ঐখোয়না থওই মহু হম্বরবা অচুম অয়ানগী বাথলনি। ঐখোয়না মথোয়গী চুমদবা লালও.বু ঐখোয়বু অচুম্বা অমসুং ময়ম চাবা লালোংনা লাম্থেংনগদবনি।

পভজরবা প্রজাগী শান্তিপুর্ন' ওইবা পুন্সিবু শোকহল্লিবা

এক্সত্রিমিষ্টশিংগী শীঙনরককা বু মখোয়না মনিপুরদা ঙাকখোক্লিবনি হায়রি। মখোয়না মহু খুদোংথীরবা এক্সুস (লাংগোই চেনবা), এক্সত্রিমিষ্টশিংনা CID লোংউপ ও নবগী শাক্তেহৌববু থিংবগী থিংদা পাংখোকই। অহুবু, হোৌজক ওইরিবু ঈহৌবু পুরকথিবা ঐখোয়গী মীয়ামগী ময়েক শেংলবা অবাববুদি মখোয়না অনিংবা অমা য়াওনা থওইবীদে।

মখোয়না হায় মহুদি হ য়রিব এক্সত্রিমিষ্টশিংগী থবক থৌওংদগী ঐখোয়গী মীশিংগী পুন্সি কনবীনবা মখোয় মকম অসিদা মনিপুরদা লৈরিবনি। অহুবু মখোয়না কাউন্টর ইন্সরজেন্সীগী থিংদা চয়বা লাঞ্জবা প্রজাশিংবু তমথীনা হাৎপ, ওং-নৈবা অমদি ঐখোয়গী ঈমাশিং অমদি ইচল ইচেশিংবু নমহুনা পাদোংবদগী ভোকপদি লৈতে।

এক্সত্রিমিষ্টশিংনা হায়ন-ভান য়াদবা অসিগী মরমদা মখোয়না ঙাইওমদনা ঙাং-শকই অহুগা মখোয়গী "নমহুনা পাদোংবা অমসুং হাৎপগী মরমদদি বাহৈ অমা কাওবা পন্দে।" মখোয়না শাস্তি অমদি থবকী পাম্বৈ থিরি হায়না দাবী তৌই অহুগা নখোয়গী অয়ানবা লানঙং চথবদি ভোকপা লৈতে। মখোয়গী খুৎলাই পায়রবা ট্রেনিং পীরবা মীশিংনা ঐখোয়গী পংজরবা খুৎলাই পায়-রবা মীয়াদদা শক লোত্নুনা লান্দাবা ফাওবা চুমই হায়।

চুমই, মখোয়না ময়েকশেংবা শাস্তি অমবু অমদি শাস্তিবু দাবী তৌই। অহুবু মওম অমত্তদা, অপংবা মীয়ায়, ঙাকপী শেনবীবগী থিংদা ঈথেং ভারবা লাজং অমদদি অহুম লাজংলি।

অহুওম্বা ইন্দিয়ান ষ্টাইল অমগী মপক লোৎপা লানঙং অসি থিংবদা অবাবা অমনি। অসিওম্বা লানঙং অসিদগী ঐখোয়না হিংহৌনবা শোয়ফজবা লম্বীদি লান্দাবক্লিবা মখোয়না ঐখোয় অসিসু পৃথিবীদা লৈবা মী অতৈওম ঐখোয়সু ইন্দিয়ান

অমনি অমত্তুং ঐখোয়মু মখোয়দোনা মীওইবা ওইরিবনি হায়-বসি খঙজরক্তুনা মখোয়গী মরাল য়াজদ্রি ফাওবা ঐখোয়গী মী-শিংগী অপুনবা কীরেপ অমত্তুং মক্তদা মায়োক্নিংবা অসিত্তনি। ঐখোয়না মনিংতম্বা মীওই কাংলুপ অমগী হুংঙাইজবত্থু মখোয়না য়াবীদ্রিবা অসি মখোয়গীদমক্তি মীয়ুংশি খঙদবনি।

মখোয়না ঐখোয়গী কনবীবা, ঙাকপীবা অমদি শেম্নবীবনি হায়না তৌশিন্নহুনা মখোয়গী প্রদেশ্তা থুংহৈশিং অমদি বাহৈ-শিংনা থুমজিন্নগা মখোয়গী অয়োনব লানগুং অমদি লান্দারকপা অসি পুখোক-উংখোকপনা ঐখোয়গী থ্বায়দগী ফরবা লানগুং ওইগনি।

ঐখোয়দা লান্দারকপা মতমদা ঐখোয়দি থিংদোক্ত্রা? অশেংবনি, মীনম্বা অমদি নমথাক্তী কীচদা য়ুক্ষম ওইবা হৈ'ভিক্তী ইন্দিয়ানাইজেসনগী থিওরীগী মরুমদা লে'ংলিবা শীজনরকপা লাংলৌশিং ঐনা থোংদোক্লি। ঐহোন্দ'ম হৌজিক লৌরিবা ইন্দিয়ানাইজেসনগী শক্লোন অসি অথৎ অহৈ'শগী মরু ওইবা দিল্লীদগী অবাইবা আনোক্ত। পেংপু য়ে'বা হৈনরবা মীতৈ অমনি। মখোয়দদি দিল্লীদগী লাকপা থুদিং ইকাই থুয়ে অমত্তুং পুজা তৌই, দিল্লী মত্তবা থুদিং মীতৈলাক্তী অমত্তুং য়েক্লবনি।

স্যার, ঐনা অদোমদা ঐখোয়বু ঙাকপী-শনবীবগী মিংদা লোইচনশিনবগী শক্লোন শায়রিবা মখোয়গী শকলোংপা অত্থুবু প্রমান্দি চায়বা অশেংবা শক্তম অসি উৎচরি। মসি য়ায়দি বাজাও ওইনা চাংজবা তশেংনদি মাইথীরবা ইন্দিয়ানাইজেসন অত্থুমক্তি।

স্যার, দিল্লীগী মিং য়াওবনা উবা ওমত্রবা মীতৈ অথৎ হৈশিং অহূদা বাথল অসিমা মিংশিংবা য়াহমবীবু মহুদি মখোয়বু মীনম্বীরবা মীশিং (দিল্লীবালাশিং) অহূদা মখোয় কা হেমা

থম্মোয় শেংনা থাজরুরে। মখোয়না থম্মোয় শেংনা অহুকী মতিক মমিং তাংলম্বগীদমক ঐ মখোয়গীদমক অবাবা পোকই। স্যার, মসি অচুকপা নত্রে মহুদি মখোয়গী বাখল লৈকাং চুরে, মখোয়গী পুক্নিং হু চেন্নে অমসুং মখোয়গী লমচৎকী থাক মাংখ্রে। মখোয় অয়ুক থম্মোয় শেংনা মিং তাংখিবনো অমদি হুগী চৈথেং ফংখিবনো হল্লকবদা ঐ ভক্লিবনি। অচুম্বমক্তি, স্যার, ঐখোয় ইন্দিয়ান ওইবা তারবদি ঐখোয় লোই চনশিনবীরবা অমদি নম-থবীরবা ইন্দিয়ানশিংনি হায়বসি, মখোয় কয়ামুক য়াম্না ক্রী ওইরবা ইন্দিয়ানো হায়বসি মীতৈগী অথক অহৈশিংনা মখোয়গী মমিং পাংছনা য়েংখিবা তারি।

ঐখোয়গী লোৎলবা হকচাংশিং অমদি মোমোন মীনোক্না ঐখোয়গী ইমাশিং অমদি ইচল ইচেশিংনা, কোম্বীং ওপরেসনবু তরাম্না ওক্লমগনি হায়না থাজরুবদি অরানবা তাগনি। মীয়াম প্রজাশিং মকবাসিদ লান্নাবু কৌশিন্দুনা থম্মোয় শেংনা য়াম্না পান্নজনা তরাম্না ওকখিবনি হায়বসিমসু থাজরুবদা অরানবা ওইগনি।

ঐনা হায়জরিবদি মতম অমদা মাংথ্রবা ঐখোয়গী অচুম্বা বাক্ষম মতম চুপ্পী ওইনা মাংথ্রবা হায়বা নত্তে। ঐখোয়গী অথক-অহৈশিং অসি খ্রাইস্টদগী কবা শিক্ষনা কাওবা কোকহনবা ভমজবা মহোশাগী ওইবা ফত্তবা মচৎ অমদি লাইচুরে হায়রসু নত্তে। ঐনা থওইনা মখোয়বু শেরাম উনবা লাক্নদে। ঐনা চয় থওংজনিংলবদি ঐখোয়গী অথক-অহৈশিংনা তাইবংপানসিবু য়াম্না উবগী মতৌ থাদোক্লদবনি হায়বসিনি।

## ২৯। হৌজিক্কী নাগা লানহৌবশিংদা শিবা অসি কাগী ওইরবরা ?

মথুক্তা নোংমৈ পাম্নচন্ন হৌজিক্কী নাগা লানহৌবশিংনা খুংঙাই পামহনা নাগা খুন্তাশিংগী মথুত্তা নোক্লিংবা কাগী করাং থাবনা মীশিং শিরি। মসি নাগা-লানগী ইতিহাসতা অনোবা পন্দুপ অমনি।

হৌজিক মতমগী অচুম্বা থিবগী মওং অসি অমুক্কী মতিক থুগ্রে মহুদি মিংকুপ অমদা খবরগী রিপোর্টতগী এনলাইসিসতা, এনলাইসিসতগী জজমেন্টতা তাবা থমই। মসিমু নোক্লিংবা অচুম্বা থিবগী মওংনি।

খুন্তাশিংদি কাউন্টর ইন্সরজেন্সীগী চিঙ্গাক্লি। মহু ওইবা তারবদি মিংকুপ অহু নাগা লানহৌবগী অরোইবনি। চিংনবা লৈতনা হায়বা তাই, মহু লানহৌ পুম্নমক লোইশিন্নে হায়বা তাক্কক অমগী অরোইবনি। (নেসনেল সোসিয়েলিষ্ট কাউন্সিল ওফ নাগালেন্ড) এন এস সি এন গী চীনাদা ট্রেনিং পীকরবা মেম্বরশিংবু খুন্তাশিংনা হাংদীরে অমম্বুং মখোয়গী খুংলাই মুনবীরে হায়বা রিপোর্ট অসিনা পুক্নিং চংহনথিবগুম অতোপ্পা করিগুম্বা খবরগী রিপোর্ট অমত্তনা ঐবু অমুক পুক্নিং চংহনখিদ্রে। হৌজিকমু মরক মরক্তা ট্রেনিং পীরবা এন এস সি এন গী মীশিংনা ট্রেনিং তৌরবা খুন্তাশিংগী মথুত্তা নোক্লিংবা অসিগুম্বা মীশি শিরি হায়বসিনা নেসনেল প্রেসকী ঈ-পাউ ওইনা লাক্লি।

মসিগী মাদনিত্তাই লৈরবা বাকম অমনি মহুদি এন এস সি এন অসি ইন্দিয়ান সেক্যুরিটি ফোর্সশিংবু মং-মং লাউনা শীঙনরিবা অমনি। মসিবু খুন্তাশিংনা লাকশিনথি হায়বসি

ৱাথল খনল্লিংঙাইনি । অসিগুম্বা পাউ অসিগী মাইয়োক্তা অমুক মেনশিন্নিঙাই লৈত্রে হায়রবদি ঐখোয়না মসিবু "লানহৌশিংগী তাকক অমগী পোলোয়নি" হায়না মিংথোনবা য়াই অমসুং চিংনবা লৈ-ভনা ইন্দিয়ানা প্রথিবীদা কাউত্তর ইন্সরজেন্সীবু মাংজিন থাদি হায়রবা য়াই । অদুবু মসিনা ইন্সরজেন্সীবু ইন্সরজেন্সীনা মাই-থীবা শীনবা লানগং অমা ওইনা, ইন্সরজেন্ত অমবু ইন্সরজেন্ত অমগী মায়োক্তা খল ভুম্বা পাম্বৈ ওইনা শিজিন্নরকপা তারবদি ইন্দিয়ানা পোলোইদা অরোইবা মাইথিবা কংগনি অমসুং নাগাগী হিরম অসি লোইশিনবা ভমদনা লৈহৌরগনি ।

# ৩০ । থোমাস হর্ডীগী "ফার ফ্রোম মেডিং ক্রাউদ" কী মরমদা

মুংশিবা হায়বসি নমথাক ভোৌননবগী আর্ট অমরা, কার-বার ওইনা চথবরা নত্রগা তুং কোইদবরা ? মসি লমচৎ নাই-দবা সর্ভেন্ত ত্রেডইদাদ ওইবা য়াই । অদুমকপু, গেত্রায়েল ওক কুম্বা থম্মোয় শেংবা থাজরবা অমসুং নিংবা কল্লবা অমদি ময়েক শেংবা মুংশিবগী অশেংবা খুদমনি অদুগা অনরোমদনা মীহৌ চাওরবা বোলদরুভতি মিঃ গেত্রায়েলগী মত্তৌ চেন্দে, লৈশাবী অমবু কয়ম্না থেমগদগে খঙদে মহাক চহি নিফু চুপ্পা মরাচেৎপা পাথং ওইরক্তনসু থৌশাবীত্রবা প্রেমিক অমনি অমসুং মাগী মুং-শিজবী বাথসেবা ইভরদীনগী চৈফু নংলবা মীনি । ঐথোয় পুম্নমক্তা মহাক্না বাসেবাবু ভমথৈ নাইদনা মুংশি অমসুং অয়ুম্না মুংশি তাঙচৎনরুবা অসিনা বাথসেবাদা মুংশি লাইচুরুবা অসিনা মহুগী মমল ওইনা মশামক জেলদা লমথুংকম কংথি ।

বাথসেবা অসি তয়াং তশোয়বী অমদি ফত্তবী অমরা ? নত্তে, অহুদি মানা মাগী মতম অমগী মীনাই নুপী ওইরম্বী ফেনী য়োবীনবু তুক্কচরিবা করিগীনো ? ফেনীনা করম্বা মরাল লংজখি ? মহাক্না বাথসেবাগী লম্নাই পুন্সিদা করম্বা থুং থিংজিন্দুনা লৈ ? বাথসেবাগী লম্নাই পুন্সিদা য়েংশিন্দুনা ফেনীনা অৱানবা তৌখিবা লৈবগে ?

মসি য়াদবা ঙমদ্রবা ৱাকল্লি মহুদি য়ুমগী নুপীনা মখোয়গী মপুরোইবশিংবু অতোপ্পা নুপী কনা অমগা শরুক য়াগিবা ঙম্মোই য়ুমগী নুপী থুদিংমক্তা মপুরোইবা হায়বসি খ্বাইদগী অতাংবনি খ্বাইদগী নুংশিবনি। বাথসেবাসু তেঙ্ঙানবা নত্তে। মহাক্না মতাং চানা নিংখিনা থংবা ঙমখিদবদি তোল্লবী ফেনী য়োবীন অসি ফেনী অমসুং মাগী অঙাং শিবদা ব'বীনা উংখিদবা মাগী মপু-রোইবা মিঃ ত্রোইগী অহানবা অমসুং থংচনখিদ্রব নুপীনি হায়-বসিনি।

মাগী নিংথুংখিদ্রবা নুংশিবা অহু মপুরোইনা ত্রোইনা ফূডা অমা মাগী স্মৃতিদা শাবীখিবা মোংফমদা লোইখিবা অহুগুম্বা অরা পোলোয় লীলাগী নায়িকানি ফেনীদি।

মানা শিখিবা অসি ঈশৈ শকপীখিদবা, পি শিন্থবীখিদবা অমদি ঈরাৎ থৌরম পাংথোকপীখিদবা নত্তে। থোইদোক হেন-দোক্লহুম মহুনা মীপুম থুদিংগী থম্মোয় কায়হল্লি ত্রোই অমসুং ত্রোইগুম্বা মীহু পুন্সিগী অফবা পারা তম্বী। মহাকী অবাবা চৈনাথোল অসিনা ত্রোইবু থম্মোয় কায়হনখিবনি অমসুং ঙাওনা ফৈনা ত্তেংথাহনখিবনি।

বাথসেবানা ত্রোইগী মমিংতগী ওইবা নুপী ওইরবদি, ফেনীদি মাগী লমচৎকী ওইবা নুপীনি ( Moral wife ) ত্রোই মশামক নুং অনিগী মরক্তা হা ওইহনজখি। অমরোমদনা বাথসেবাগী

শুমহৎলবা মাইথোং অনৱোমদনা ফেনীগী থৈনাইদবা মুংশিবা মচোন্দদি শক ফজবনা মুংশিবনা হেল্লি। অবাবদি মাগী মিৎয়েং অসিগী ফল ওইনা মহাক শাথীবা মীশি অমা শিথি অমসুং ফেনীবু হিংলিবৈ অমদি শিরবা মতুংদসু থাদোক্লমুশি মতাগুম ফেনীগী মোংফমদা থোঙ্নন লীথি। মহাকসি হকচাংগী ওইনা অমসুং আইনগী ওইনা বাথসেবাগী ওইরবসু তশেংবদি মতম চুপ্পা মহাক ফেনী য়োবীনগীনি।

বাথসেবাদদি মুংশিবা হায়বসি মচু কোকথরবা কাম্রবা হৌরবা পোৎশক অমনি হায়ৎসি ত্রে ইনা তম্লম্বা থুদোলনি। মহাক ( বাথসেবা ) অতুকী মতিক থম্মোয় শোকথি মহুদি মাগী মতম অমগী প্রেমীক, মেনেজর, হৌজিক্কা মীনাই ওইরবা গেব্রা-য়েল ওকনা মতম চানা লুচোংনবগী বাফম হৌদোক্নুনা কল্লমত্রবদি মহাক মুংশি কায়ন মৈশা লাংথুনা মপুন্সি লোইশিল্লম্বা য়াই।

মথোয়গী অহনবা উনবদগী গেব্রায়েলদি মাবু চেকশিন্না থনবীবা প্রেমীক অমা ওইরকই। অদুবু মমৈদা বাথসেবাগী মুংশিরবা মপুরোইংসু ওইখি। মহাক মাগী মুংশিববু থিবদা মরিক চুমতা নত্তে মাগী শানৌ থেম্বদসু নিংথিনা তৈ। গে-ব্রায়েল অসি হনবগী বাথল তৌদনা মুংশি লাপ্পং অমদা, মুপী থেম্বা নৌবদা অমদি থুদুম চনবদা হনবা নাইদবা, মুপী থেম্বগী কুপ্লবা থবক্তা হৈশিংবা, চোকথবা থওদবা মীশক অমনি। মহাকী অনৌবা মুপী থেম্বগী হৈশিংবা লোয়নরবা মুংশিবগী থাক অসি মুংশি বিজ্ঞান্দা লাইপোক্নুবা মুংশি মুংওন্দা ডিগ্রী পায়রবা অমগী থাক্লি।

অরোয়বা মিৎয়েংদো মতম অমদা নোরকেম্বী চীংগী ওক ওইরম্বা গেব্র'য়েল অসি বাথসেবানা দরকার ওইরকপদা মাগী মুংশি থোংলোয় ওইথি। মহাক বাইথুংনরবা মুংশিবা অমা

মরাইবক্তা তমজহনা মুত্তাই পোলোয় অমা পুরকপদা ঐখোয় হরাওই। অমুক হন্না ঐখোয়না মচু নিংখিরবী বাথসেব গা মুংত্তাই য়াইফনা পানখিসন্নু নিংই। মাগী বাথসেবাদি মাগী কুইনা নিংজরক্লবা মত অমা মতফাওনবনি। অসেংবদি মি: ওকতি মুংশিবগী হেরোনি, মুপী থেম্বদা হৈশিংবা মীশক্লি। মফাকী মুংশিবদি অতিন্না অমসুং মালেমদা মরু ওইনা বাথসেবাগী খম্মোয়দা অমর ওইরবা অমরপ্রেমীনি।

পুকচেল চাউরবা, ঈংবা তপ্প প্রেমীক অমা ওইনা মি: গে-ব্রায়েল ওকতি মাগী বাহে অমসুং ফীদম ভাক্লা চংপা মুপানি। মহাক্লা বোলদবুড অমদি ত্রোই আস মাগী খম্মোয়দা যুরখিবা ত্তিংথ নি হায়বা খতলবন্থ মহাক্লা বাথসেবা অমসুং মুপা অনিন্থগী বোমাল্পতা থক যেংশিনখিদে। মহাক্লা বোলদবুডপু তেংবাংখিবা অমদি বাথসেবাগী মু শিববু মত্তেন্দগী ঈথৈনখিবগী মরু ত্রোইবু ইকাই খুম্নবা অতুদা মাগী পুকচেল চউবা উই। অতুম ওই-তুনসু ঈশ্বরনা বোলদবুডপু তেলদা লৈহনখিহনা অমদি ত্রোইবু শিহনখিহনা মাবু তেংবাংবীরক্রিফাও বাথসেবাবু মাগী থদ য়গীস্থ থবায়নি হায়না থজখি।

মি: ফ্রান্সিস ত্রোই অসি মাগী মরমচং লৌপুন য়াওদবনা মরম ওইহনা মাগী অফোংবা অমসুং ফোংদবা মুপী অনি বাথ-সেবাবুনা মতম থরগী ফেনীবুনা মতম চুপ্পগী লোইনাইজরবা অবাবা নংখিবা অহুগুম্বা মীশক্লি। মহাক জুদ দ ওবস্কারগী জুডকুম্বা অফোংবা অমসুং ফোংদবা মুপী অনিগী হেরো ওইরু-বদগী মখোয়গী পুন্সি পোলোয় ওইহনখিবা, ময়েক শেংজবা ট্রেজদীগী হেরো ভাক্তনি। মচু অমত্তগী মীওই ওইরবা হেরো অনি অসি প্রেমীকাশিং, মখোয়গী ফমুং খোংলোয়শিং অমদি অরোনবা মুপীশিংগী মথিং পাংহনবা ঐখোয়গী "নেগেটিব টিচর"

শিংনি। পনথ্রিবা হেরো অনিসিগী চৈফু নংলবী ফেনী রোবীন, বাথসেবা ইভরদীন অহুগা অরাবেলা অমসুং হুং ( জুদ দ ওবস্ক্যর ) নচিংবীগী মপুন্সি য়েংলুবদা থম্মোয় কায়নিখ্রাইনি। চিংনদনা হায়রবদা ঐখোয়গী হচল ইচেশিংগী মরক্তা ফেনী কয়া, বাথ-সেবা কয়া অরাবেলা অমদি হুয় কথা য়াওরি। মখোয় ঐখোয়গী মুপাশিংনা সর্জেন্ত ত্রোই অমদি জুদকুম্না লমচং চংশীরবদা বাথ-সেবা অমসুং অরাবেলাগুম্বা মনীং ওস্মো অমদি যোর্ডন ওই, ফেনী অমদি হুয়কুম্বা পংজৈ, জ্ঞান লৈতে অহুগ. য়ু, হুপী অমদি পৈশাদা লৃপ্লবা ঐখোয়গী রাজনীতি লুচিংবশিংনা মতমগী ত্রোই অমদি জুদ কয়াগা থুংশম্নবুনা থবক তৌরকপদা মখোয় ( ইচল ইচেশিং ) থ্বায়দগী অবাংবা চৈফু নংঙৈ অমসুং মখোয়দদি ( লু-চিংবশিং, ত্রোই, জুদ ) ঐখোয়না বারি-নংলিবহু হুংজাইববা ফাগী লৌলানি। য়ু, হুপী অমদি পৈশানা ঐখোয়গী রাজনীতি লুচিং-বশিংগী পুন্সিগী খোংলোয় ওইবনিংঙ্গ মতমগী ত্রোই অমদি জুদ কয়া অসি লুচিংবশিং অসিনা মাই পাক্লবা রাজনীতি পুন্সি অমা লেপ্লবা লাক্লকপদা লুচিংবশিং অসিগী য়েংকী পাম্বোম ওই-রকপা তাবনি। শক্তি লৈরবা পৈশাগী নাওতুমদা তাইবং মপুনা রাজনীতিগী মহাত্মাশিং অসিবু অহাওবা য়ু অমদি শকহেনবী লৈশাবীশিংগা লোয়নন্না য়াইফ লনকুবীসনু।

মসি নিংশিংবা মাই মচুদি খোংকম চেৎলবা চীনাগী বিভোলু-সনবীশিংনা জাপানীজশিংবু মাইথীবা পীবা মতমচুদা জাপান্দি অনিশুবা লংজাওদা এলাইদ ফোর্সশিংনা মংংজোননা মাইথীবা পীরবা মাইথীরবা য়েক্লবনি ।

মে ৩, ১৯৮৪ এন, বিশেশ্বর
মনিপুর সেন্ত্রেল জেল
ইম্ফাল ।

—লাইরিক ফংফম—

1. **King Book Fair**
   M. P. P. Road, Imphal

2. **Jagat Mata Book Store**
   Near Pologround, Imphal

3. **Writer Book Store**
   Paona Bazar, Imphal